মনিপুর নহারোল সাহিত্য সভাগী

# "কনানা হায়রবীগনি"

(উপন্যাস)



অইবা :—

কোইজম বীরেন

অইবা- কোইজম ধীরেন

অফোংবা—

মনিপুর নহারোল সাহিত্য সভা

ইম্ফাল।



অহানবা কোংবা

কোপী মশিং—১০০০

মে তাং ১—১৯৭০ ইং

মমল—লুপা ৩·৫০



নমকম:—দি সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস,
সেগা রোদ ইম্ফাল।

# Fore word

শ্রীকোইজম ধীরেন সিংহ অসি ঐহাক্না মহারোন সাহিত্য সভাগী প্রেসিডেন্ট ওইনা পুবা মতমদা সভাগী থবক কয়া য়াউগা অমস্তুং সাহিত্যদা থরাই লুপ্পা মী ওইনা উই। য়াম্না হরাউবগা লোয়নবা মহাক্কী উপন্যাস ( novel ) 'কনানা হায়বিগনি' হায়বসি পারে। লাইরিক অসিগী মশুংদদি মাগী ইমাজিনেসন অসি হৌজিক্কী মতমগী থোকলিবা থৌদোক্তা পানলগা ইবা creation নি। চংলক্লিবা থৌদোক কয়া—কলেজ অমতদা তম্মিন্নবা ছাত্র ছাত্রী উনবদগী মনি লৈনবা, অস্থুম স্কৌনরুপদগী, সিনেমা য়েংমিন্নবা, ফোটো পীনবা, থুদোন পীনবা, মকুল মপাং তিন্নবগী চিঠি থানবা অসিনচিংবা মখোক শেংনা উংলি। লাইরিক অসি য়াম্না informed ওই।

'খুত্তা পাইবা ইতাউগী, য়াদা হুকপা ইচাগী, কুং লাউবনা ঐগী' হায়বা মৈতৈ পাউরৌ অসি জগৎ অসিদা ফজনা চংলৈ। অরোইবা থবক পাংথোক্তুবদি হুংশিবা হায়বসিসু মতম থরলদা মশক হোংলকই। হুপীমচা অমা অহন লমম্না হায়নশিংনবা অমস্তুং লুহোংবা কান্দা মাং অমস্তুং তুংদা dominate তৌরিবা রাখনদি অহনলমন ফবা, হুপাহ্গী মহৈমশিং অমস্তুং তানগদবা শেনফমনি। পূম্নদা খ্বাইদগী ফবহু মখোয়সিদগী থোকখিবনি হায়বসি যুগ অসিগী থিমনি।

মথোক কাররকপা মতমগী লুংশি-খোঙচত্তা মাইথিবা নংখিবা সমাজগী চংনলোন কয়ানা কোইসনখিবা, অরাবা, অমস্তুং নিংবা থুংদবনা ওংপিবদগী মী অমগী পুন্সি অমম্বদা খোঙচং থাংজিনলি।

Tragedy (অরাবা) গী ড্রামাদা Hero অমসুং Actor ওই। শিবগী হুকুমদগী নাম্বোকপা ভমদে। অচুম ওইনমক মী হায়বসি নিংতম্বা কংই। তেলনবা পুন্সিদা অচুম অরান য়েংবা, অরানবা অচু মায়োক্নবা থংবা অমসুং শেমগৎপগী শক্তি লৈ। মসি লাইরিক অসিগী নায়ক ওই-রিবা হেরামনিনা উৎলি।

লাইরিক অসি সাহিত্যদা পুক্নিং চংবা অতৈ অশিং কয়ানা পান্নগনি হনলি। লাইরিক শঙ অমসু ক্লব কয়াদা সাহিত্যগী সেকসন্দা অফবা মফম ফংফম থোকই।

শ্রী এমঃ কীর্ত্তি সিংহ
প্রেসিডেন্ট,
মণিপুর মহারোন সাহিত্য সভা।
ইম্ফাল

ইম্ফাল
তাং ১৮ | ৫ | ৭০ ইং

# পাবিদ্রিডৈঙ্গ

ওইজবা থিবা তাইবং অসিদা, ওইজবা থাদোকপা ঙম্নবা হুংশিনবা অমগা লেংগোন্নহুনা চৎমিন্নবা অসি য়ারগদ্রা নত্রগা য়ারোইদ্রা হায়বদি রাকন অসিনি মরু ওইনা নৈনজনিংবদি। থম্মোইগী মপাউখোলদি লৈবাক্তু, ঈশিংদা, হুংশিত্তু মরু হুন খিবনা নাংলরোইদবা হুংশিবা অমদি থম্মোইতগী রাখন্নী, মপান্থোংগী নত্তে, হায়বসিনি রাখলগী শক্লাইবা শক্তমদা তোংহুনা উৎনিংলিবা অমনা, অহুবু অনৌবা খোর্জেই থাবা মতাং ওইবনা রারী অসি নিংথিজনা কজনা পুথোকপা ঙম্নবা ঙমদ্রবা হায়বদি পাবিরিবা কাংবুগী রাখলদা লৈরে।

লাইরিক অসিবু ফোংনবা তোৎনবদা মহৈ মশিং লোইশংগী তেংবাং ”র পিবিবগীদমক্ত থাগৎচরি—লোইননা নহারোল সাহিত্য সভানা লাইরিক অসিবু পুথোকনবা তোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবগীদমক্ত সভাগী লমন অমা তোনশিঙ্কবে।

কে, ধীরেন

তাং ২৭ । ৪ । ৭০ ইং

খুরাই কন্থোং, বাজার

# মিংয়েং অমা

'কনান হায়বিগনি' হায়বা শ্রী কোইজম ধীরেননা ইবা উপন্যাস অসি পাবা য়াবা অমনি। উপন্যাস অসিদা চৌজিক্কী সমাজদা ওইরিবা শকওং কয়া নিংথিনা মমি তাই। উপন্যাসকার অসিনা রারী অসিগী মপুংদা য়াহং কয়া হংলি—ঐখোয় মীওইবনা করিগীদমক হিংলিবা? নিংবা কায়বনা মীওইবগী পুন্সিবু মাংহল্লগদ্রা? অমবু চুংশিবগা ময়ামবু চুংশিবগা কনানা ফজননিংঙাই ওইবগে? কায়না মৈশা লাংলবা নায়ক হেরামনিনা মমৈথংদা মথন্তু পাওথুম পীজদি—"ঐহাক শিরবসু ঈরৈবাক্কীদমক, হিংলবসু ঈরৈবাক্কীদমক"। চুংশিবা হায়বা অসিমক অমতগা তুংবগী মতুংতা মীওইবা কাংলুপপু চুংশিবনা পুন্সিগী অচুম্বা লম্বেলনি হায়না অহৈনা উংলি।

উপন্যাস অসিগী নায়ক অমসুং নায়িকাগী শাজং, য়াথল অমদি মিংয়েংদা নৈনানিংঙাই ওইবা মতাং কয়া য়াওই। ইরিবা য়াহৈ-য়াতাদি পাবদা য়াম্না নুংঙাইনা থোকই; মরক মরক্তা শৈরেংগী লোন্দা কয়া থেংনৈ—অদুবু শৈরেংগী অঙাওবা শাথেকতি নত্তে। তশেংনমক, উপন্যাস অসি মণিপুর সাহিত্যগী পুক্কন দান অমা ওইগনি খল্লি।

রাজকুমার থম্বালম্না
ইডিটর, 'কলচরেল ফ্লো'

# কনানা হায়রিবগনি

## অহানবা মতাং

নোংজু পম্বানি।

নুমিৎ নিনি-হুমনি শুরে মিৎ-মাই পাংবা ঙমদনা তারক্লীবা, মকুমথানি। থাশিরমদাইগী মচেৎ ওইরবা থাবলনা শেংফাওনা মূৎশিং মূৎশি ঙাল্লি। লৈচিল পোমাইনা থাজগী ইথাই কোক-থুম্লরি। নুংশি কনাগী যৈচাক্লা থাজ মাইহিং কাবনে ? হংনিংই, ওইরদগত্রা মহাক্সু ঐশুম — থুম্লক্তে, ইতোম্মত্তা শোজবা য়াহংনি।

লেপ্তনা তারকপা নোংগী ঈশিংনা, পাৎ-পুখ্রি, খোংবাল মচা, লমপাক্কী অকুৎপা লমদম কয়া লৈতেং ওইনরি; থাবলগী মঙালনা যৈবদা। অহিংগী লৈরাং খিবিক্ল মকা লাম্না মালংবদা নুংশি মপাউ চেন্দুনা থম্মোইগী অন্নাবা কোঙ্গাই পোখানরি।

নোং মংদ্রবা, লৈচিন থাংজ্রবা অতিয়াদ থোকপা থন্নান-মিচাকনগা পূক্লিং শুমহৎলি, হৌখিবা য় রী কয়াবু নিংশিংলুবদা লিরি শিংপা মালংবগী শঙমদা ঈপোম লাংবা লাইজগুম, থম্মোই নুংগী রাখল কয়া, মতম্ন পুরক্কুনা নিংশিংলকই।

থেংলবা অহিং অমদনি। নুংসাম্বর মশি ফুইন ফুইন হানখি, অনা হৌগৎলকপন্তু কুইত্রি। থলুই পুন্সিবু মঙলানগুম্না, চাক্লবা মৈম্নি মতোমত মূৎচখিনি। ময়েং তাবা থক লৈতে, অহোয়নক্তম

হেনগৎলক্লি। মৈবু শাই থংল-থংল পায়রুবগুম থম্মোই মৈচাক ওইনি থংল-থংল মুংশিদবা থক ভুম্মুদে।

নিংথাইরবা, অয়েকপা শক্তমগী মাংগ্রবা ম্নারীগুম, থাশীগী অহিংদা মেরাগী থাবল কয়াগী ম্নারী নিংশিংহল্লি, অহমঙাই নিংথাইরবা শক্তম্মু উরুবদা ফজবগী ম্নারী কয়া নিংশিংদনিংঙাই লৈতে।

জগোয় শাবী কয়াগী শাথেক্লা শুমহৎলবা ভাইবং, কাউরমগনি পুক্নিংদো মতম থর মুংঙাইবগী ঈথক্ত তাওহুনা। মিৎকুপ অমত্তকাওবা নিংশিংলুব্রবা অরাবদো, নিংশিংনবা মতম লাকখিনি।

ইতোম্মত লেপ্লুই—মীচিক মীখোল তাব্রবা অহিং অমদা পুক্নিবু মঙলানগুম্না থনখি। ম্নাহং কয়া হংলকই—ওইজবা থাদোকব্রা হায়হুনা। চংশিল্লি মিৎয়েংদি মাংমক্তদা শাৎলিবী ফজরবী লৈরাং শুডু ওম্না—নাকন্দাং য়েংলুবা কান্দদি মীনোক, চংনবী, সমাজ মুংশিহৈতব ম্নাথলনা পিক থল্লি, ঐগী থম্মোই-মুংসে কুপকদবগী লাক্নরিবা. থনকম থোক্তুবা ঐগী ম্নাথল। চমম্নখি।

কলেনগী লৈতঙ্গাই মথক্ত মচোয় কেন্দুনা তাম্নবা নাচোমসে অমুক শেমজিনখিগদ্রা? নব্রগা মাগী পুক্নিবু অহুমক লৈচল চাদনা মাংগ্রগদ্রা? তিংথং পাল্লি থল্লবা লৈরাং, অহুমক ফজে, পূক্লিং শুমহৎলি।

বসন্ত লোটখিহুনা হেমন্ত চংলক্লবদা লৈরাং খুদিংমকী ম্নারীনা তাইবং শনগ্রগনি। লাকখোগবা বসন্ত ঋতু, নংবু থোরাংনা ভাইজবী লৈরাং খিবিক, মপাং থোইমু, পিরমদনা মতম নংনা

পুথ্রবোই, তুংঙাইবা ঋতুত, নংতনা হৌদোক্লম্বা থম্মোই ইরাং অসে, ঙসি হেমন্ত ঋতু লাক্লকাও অতুমক মরৈরি। তুমিৎ খুদিংগী শিবগী চাং তম্লীবা, মাগী পুক্নিংগী লমথুংকম কদাইদনো?

মালংবা লিশিং কয়ানা হুম্লকপদা হৌবা সমুদ্রগী ঈথকপু করম্না হায়সিগে মালংবগী মরাল নত্তে। শাংলিবী লৈরাংবু উবদা শুমহৎলবা নংগী পুক্নিংদো, করম্না হায়সিগে নংগী মরাল নত্তে। শাংচবীনি লৈরাংদি, মীনোক-মীশা লাংদনা।

নিংবা কাইরবী শিঙেল কয়াদি, কুমগী নোং লাকপদা অনৌবা আশাগা লোইননা ফুগাইনা শাংখিনি। অদুবু মহাক্কী কুম-গাংখিবনা অনৌবা আশাগী মৈরিদা মৈরাম্বী ওইখিগদ্রা? চিংনৈ।

---

## অনিশুবা মতাং

হৌগ্রবা মতমনি।

পরিক্ষা পাস তৌরদুনা ঐহাক কলেজ কারে।

ওক্টোবর থা হৌগৎলকপনি। য়াম্না ইংদ্রবা, য়াম্না শাদ্রবা মতম্নী। অরৈবা মীশীনা সুট হেক-মক শেৎলকপা, লৈতবা ঐখোয়গীসু লংজমগী থাটক তৌবা ফুরিৎ-ফিরোলনা লেম্লবা য়াবা মতমনি। থাংজ তুমিৎনি, নোংখি মংই, নোং ঙানি নক্ত্রগা তারোই হায়বগী পল্লেপকম লৈত্তে। তুংশাসু তাক্লি তাক্লি শাবনিনা অরাম্বা মীনসু ছাটিন পুবসি ইতন-তৈম্নে, পুন্ত পুনরক্তে।

অহুবু ঐগী ইমানদি—"নহাক্কী নখোংনা চংপনিনা লম্বেল লমথাংদা কম্বিগুম্বা নোং-চিং নংবা য়াওরবদি, খুদোং চাদবা য়াই হায়দুনা অয়াম্বা মতমদা ছাটিন পুহনা হেক-হেক চংলি। অহুগা পুরোই হায়বসু য়াদে, হেক্তা পুহল্লি।

ঐগী ছাটিন অহু য়ামত্রবদা কুম্বী-কালেন অনি-অহুম্রক য়াওরক্লবনি। ছাটিন কি অতু মচু রাওরি-রাওরি তৌরবনি। তঙ্কমশংদা কেবা তাম্নবগুম লাক্লিবা ছাত্র ছাত্রী, কলেজ অনৌবা কাবগী সাইকল অহনবা, ফুরিং-খোঙ্গাও নানবা তাম্নরিবা মরক্তা মীতৈরংগী ফুরিং-খোঙ্গাও চনাংনা কজবা মালহল্লিবা; ঐনা ছাটিন রাওরি-রাওরি তৌবা অমগা লাকপদা ইতোম্নতা ইকাইজরকই, করিগুম্বা খল্লুবা হুমিত্তা— অতুবু ঐনা ইমান্নবা ময়ামগী থাক অতু য়োবা ঙমদবনিন', ইকাইরবসু ইকাইনা অহুম মচংলো করিনা?—লৈত্তবনা। তংশংনা হুক্তিকী নোক্ক চাউরবা সমাজ অসিদদি লাইরবা অসি লৈহৈত্রবনি।

ঙস'ইনা হায়তুনি, নোংলিক্লা খুবী-খুবী চাউন', অতুগী মথক্তা নেং হুমদোকপা ঙম্বা হুংশিংনা ইমা লাওদে হায়বদা থাকএ। নোংদি হাংনি হাংডোই খংদমখৈ চুরি। ছাত্র ময়ামসু ছুটি থানরবা কাওবদা চংপা য়াক্রহুনা ভেরেন্দাগী মচি-মচি খুদিংদা, সাইকল সেট্রা নোং হাংবা ভাইহুনা লৈনরি। কনা অমনা হায়রকই—"বিজ্ঞান হৈরবা সাইন্সকী ছাত্র! নোং তারোই হায়বদো কমদৌরে? ঐনা নহাক্না হায়ত্রা, নোংসি লৈপাকপোকপা হুমিত্তগী তাথিবনি, পাক হাংলেই"

"হোয়নে. আর্টসকী ছাত্র পাঞ্জিরালা নংনা চুম্ব। শকচরো।"

মী য়াম্মদি রা য়ামই, ফাগিবু ভৌনরকপনে, লকপু লক্নরকপনে ঐভোন্দসু লক্নরকই। ঐখোয়গী ক্লাসকি ফাগি য়াম্না ভৌগনবা 'ইবাই করোকচাক' হায়বহুনা ঐঙোন্দা সুম্না ফাগি ভৌরকই—

"মী' মচা অশিংবা হায়বসিদি মাম্নপোৎ নত্তে, ছাটিন নাকন্দা য়েম্লগী মহন্ন চারেদনা।"

অমনসু—"নংনা ইশিং শিংই।" হায়তুনা ফাগি-ওই, নোক্নবোই ময়াম রা রা নোকমিন্নে, ফাগি ভৌনৈ। রারী শাত্তুন, ফাগি ভৌনদুনা ময়াম অতু নোং হাংবা ঙাইনরি। তাঞ্জাতুদ ইনথৎ-লকপা নহাগী থিংঙমদ্রবা অপাম্বগী তথকপা মমিৎশিংনা, কজবী লৈশাবীশিংবু অমম্ভা চিৎথদমথে, য়েংগদবগী লাক্নরি। ইরাংদা হারবী লৈশাবীগী তমদনা হৈরক্রবা মিৎচিনা পামজবা পাথংদা কম্না য়েংবদি ঙমজদ- য়েংদশন্নবোই মিৎচি হুন-হুনা য়েংজরি। নৌনা শকথংনবগী ভাজুনা মমিং কৌনবদি ইকাইনা, মমিন্দা নোক্নরি। নোং তাবা অতুনা মহৌশাগী কজবা দম্মুগী মৎত্তে অনৌবা থুংশেমগী কজবা দৃশ্য অমগা অন্নক হাপকৎহল্লি।

হায়নৈ খন্নন—নোংসিদ ফুমিৎ তাবা ফাওবা তারবদি ফগদবা; থরমনদি হাংহন্নিংবনা লোইরবনি। অতুবু মখোয়গী রাকৎ কনানসু লৌবিদে, তাবিদে চুগদবা অমনা অতৎপা লৈত্রনা চুরবনিনা। উচিন নাচিন্না সুম্না হায়নরিবৈগী তাজ অসিদ নোংসি পাথরক্লে, হাংখ্রে। অতুবু য়াম্না কুপ্পপ্রদা নোং মকুপ মিৎনা উবা ঙমজবা অতুদি হাংবা লৈত্তরি।

সাইকল য়াওবনা সাইকলনা, খোঙগী হাৎনা খোঙনা, ময়াম অতু দুংশিংকী শাফুনা তেরা কুয়োম থুগাইবদা, তাশিন্নম্নিবা ভেরা

মকোলশিংনা মশা কন্সোকুনা থেংক্লকপগুম, নোং হাংখিবগী লাংলুবী ময়াম্না মশা খগুনা পাইথোরকপগুম, লৈরম্লিবা ময়াম অতু ন্না-ন্না হাদোক্লরকই।

ময়াম অদুগী মরক্ত থোংনা ঐহাক্স, ছটিন অমনবা অতু তুপ্লহনা, খোঙথাং থয় থুনা ডিঃ এমঃ কলেজগী মমাংথংবা ডিমাপুর লম্বেলদা মাই মথা ওল্লহনা য়ুমদা হল্লক্লম্মী। লম্বেলদা নোং কুংশিংত্তা তেক্লবা অথাকপা অকংবা উশা, উনা অমম্লুং কৌবিলা মপালশিং অভনা, চুম্লবা লম্বীগী পাক্লবা সোরোক মায়াইদা, মতাইদা তারম্লীবশিং অতু কনাগুম্বা শিনবা লৈবা অমনা য়ায়া কজনা শিনবগুম তৌরি।

ঐগী ইমাংমক্তদা কনাগুম্বী অমস্তু য়াম্না হাথু হাথু নোং নংনি মতাগুম, চেনবোই চৎপোই শাথেক্লা ঈপোম লাংনা চৎখ্রি। অপাইবা নোংনি পল্লেপকম লৈতবা ; থংহোদনা নোংলিক অমময়া খুবী-খুবীমুক চাউনা হুংশিংনা হমজিল্লক্লম্মী। ছাটিন মচা অসিত্তনা থনবা য়ারোই হায়হনা নক্লবা লোইশিন্দ্রিবা ছুকান অমদা ঐহাক হোংচল্লম্মী। “ও : মহাক্স” ঙসাই ঐগী মাংদ চংখিবহনি।

নহালমথৈদি ইভং-ভত্তনা জীপতা নত্রগা কারদা খিল্লকপা কুশীমচাহনি। অতুবু ঙসিদি কলেজস্থ হাপ হোলিদে তৌই। অতুবু ঙসিদি ভাঞ্জ চানদবা হায়বনরা নত্রগা করিননো মথোঙনা চংলম্লীবা—ওইরম্বা তাই, য়ুম য়োনিংবা মক্তনা মহাক পন্থরমক্তত্রা? —খংদে: মহাক ঐগা ক্লাস অমত্তদা তমিন্নবনি।

নোং খ জক্রুং নংলবা হকচাংগী মাং থংবা শক্লকথৈ হকচাংগী মওং অহুনক মায়া তপ নপশিম্না কজনা উবা অহুদ থংহোদনা

হকচাংদ লাংতক্লবগুম্বা অমা ফাওখি। অদুগা মিং কুপ্তমথৈন্নু য়েংলুই। ঐনা হায়কেং য়েংবা অদু থংলদুনা মহাক ইকাইহুনা থৈলথোকখি। অদুগা মকি-মরোল অদু য়াম্না চেকশিন্না শেমজিনখি।

নহানমথৈ শক্তি থংনরবনি, অদুবু থক কৌনদে। কলেজগী ভোট হুমিংতুদংদি মানা ঐঙোন্দা ভোট খোমজিল্লকখি, অদুদগী হেন্না অমুক্তম্ভ ঙাংনখিত্রি।

তালকনি, মীম্নু য়াম্না চিকই, অদুবু অহাংবা কা অদুদ ঐখোয় অনি রা অমত্তা ঙাংনখিদে। ঐগী থম্মোইমুংদদি রা কয়ামরুম ঙাংলি, মহ কী থম্মোইমুংদম্নু মরোল লোল্লমগত্রা? মখোল থোক্তুনা, লোল্লমগনি—মরমদি মাগী মমিং অদু ঙাইহাক্তু পোথাদে, ঐঙোন্দা তত্তুনা য়েংবগুম তৌই।

ইনাকখুনবা ইমুংদ হৌরকপগী হৌনবী মী কয়া উশিল্লে অদুনা মানা ঐঙোন্দা নাকচেক ওইবা রাঙাংশিংনা মচেক্না য়ৈবা হৌরক্লম্মী। রাহু মপুং ফানা হায়রক্তে মচেৎ মচেৎ ওইনা—

"অ!—নোংম্নু ... ... ... ।"

অদুদগী ঐনা মঙোন্দ ওনশিনতুনা য়েংলুবদা রা ঙাংখিত্রে। তুমিন্না লুকথতুনা ঐখোয় অনি মাইসি নাকল নাকল ওম্মোক্লম্নি। অদুদগী ঐহাক্ন মহাক ইকাইখনি মতাগুম—

"হন্দকী ভোটটি অদোম্না য়াওবহুনা জেনেরেল সেক্রেটরি কায়েনে ঐখোয়ম্নু থাদজেরে। ভোট খোম্নবু কনবিগ্রেনে।"

মহাক ঐঙোন্দ য়েংলগা হায়ফেং নোক্লকই—অদুগা হৈলা লোইশিনখিদবা রা অদু সুম্না মথা ভায়কই—

—"ছাটিন য়াওনা য়াওনা নোং থুম্মী রিবসিবু—

ফুবাদ

—কল্লবা ভুংশিংসি কিন্থনা থুপচবনি. মোংশী হাদি চিং-নজনেদ, আঃ কৈনৌ ··· ··· ··· ···। থুপমীয়নিংঙ্গবশু হেক্ত চৎচখিগেদ্বা— ।

চৎকে তৌই, খুদক অদুমক্তদ—

—"অদোম্বু ভাঙ্গবগী রাকমদি নৎচদে, ঐনা হায়জরিবসি। ঐদকাও ছাটিন অমা য়াওরবদি ··· ··· ··· ···। খংজেনে, অুপা ওইবগী পুক্সিসিনা হেল্লা শোল্লবা ?

ঐ খংই। য়াঙাং অসে মানা হেক্কলক্তদোরে হায়রসে. ঐশু মানাদি হেক্কিনবা য়াদে হায়ত্থনা—

—"হোয় ! হাংক্রিসিনদি—কবিশুম্বা ছাটিন য়াওরম্বা তারবদি ··· ··· ···।"

"মানি, অদুম্বা হায়জবা তারেদনা— ।"

"চৎপবু ভক্তীগনি হায়রবদি ছাটিন অসে হেক্ত লৌবিজোনে। মচিনবান ওইখংবা নাকলত্ত চিকশিল্লগা নোকফেং তৌনা —'ভমশু ভম্মোইদ্দ, নতাং তৌরিবনি।"

—"হুজিক ভম্মদি ঐগী মাংদ চোপকনিদো।"

—"ইকাইদৈ শরুকপুদি ইকাইভরোইএ, অদুগা হোরেল গপকা তৌরুরগা, পাম্মুরক্তুনা তোকচনি। ঐনা হায়রিবসিবু মী চোপহনবা ভারগত্রা ?"

—"ভমশু ভম্মোইদবা ! সে লোরো বৈদোরগে—সেমী লোরো।"

—"ভক্তি কৈসু, নংদি কমাই চৎখিনি, নোং নংঙনি, ঈপ চোৎপ ঐ অদুম চোৎচরগে।"

মওং

ঙুংশিৎ শিৎপা লেপখ্রে, নোংদি থিৎলি-থিৎলি অঙুম মতাম্রি। মরক-মরক্তা ঙুংশিৎনা হেক-হেক হায়জিল্লক্লুবা শিৎ-লকপদা নাল্লবা মাইথোংদা অচোইবা নোংলিক্লা মরিক-মরিক পক্লি। মতাং অসিমক্তদা ঐনা ওইনাদ খাইবগী লুমাংদ জ্রাই-জ্রাই তাম্রিবা শম অদু হাইগৎলগা শুগ্গা হায়রম্মী—"ঐনা ঙসাইনা হায়জহুনি, ঙম্মোই হায়হুনা— ইমাংদ জুপীমচা অমা চংশি হেক শিদা—চো : চো : চো : য়েংবা ঙমজদ্রে। সে : লৌশিল্লো সে : সেম্মী।"

হায়দুনা ঐনা ছাটিন অসি মাঙোম্দা লাল্লম্মী, মহাক্না—"হোয়নে, হায়ত্তিল্লুরবনিনা কমদৌনি, লাইৎক য়েংবা হাযবত্তু মঙাইরে। নত্তে! নত্তে!! ঐ লৌররোই।"

—"অমুক কৈদৌরবা?"

লাংতক্লবা পাউথুম্মী—"কৈত্ত হৌদে।"

—'খংজে, মল্লবা, ফত্রবা ছাটিন্না হায়তুনা অমুক ইনৌ নৌনা ইকাইবা পিাবারবনি, নত্রদবু কম্লিগী অমুক লৎনরুগদগে।"

"নত্তে, রাকম অদু ওম্নরে, ঐনা হায়জবদি ... ...।"

—"খংজরে, নোক্লবা নত্তবা কৈত্ত ওইরম্লোই।"

—"অদোম্বু চোৎকনি হায়রুনা তৌজবনিদা।"

—"চোংপা-চোত্তবগী রাকমদি খোইনা খনবিরুদু আ—মাংদ উরিবা অসি, ঐখোয়গী য়ুমথংনবদা কৈবা থুড়া অমথকী হুকাম্রি। মাগা অঙুম হনমীগ্গথ্রবম্মু য়াই। করেনে, পিজনিংঙুবা ঐগী ইরাল ওইজরবা হায়বহুনি। থৌ কৈতনা থৌ থিক্লবদি খর চোপচবা হায়রহুনি।

—লংনজরয়োই খিং পিবিরক্রো, মঙসঙ্, নোং লিত্রগা লোইরেনে, পিবিরক্লিসিঙ্ম ঐগীদি লাইবক ফবনি। অদুগা ছাটিন-শিংদি হয়েং কলেজ কারকপদা পুৎচরকপা হায়বছুনি।

—"হয়েংদি ছুটিনে।"

—"অদু ওইরগনা হংচিং তারেদনা—অদোমগী মীংদি থংজত্রি, করম তৌনা থিজরক্কনি।"

—"ঐ হেক্ক থিজরক্কদা"

—তাকপিংদবব্ কনদোনেগে, থংজনিংবগী অদুক হংজ-রুদ্দনি। মীং তাকথোকপব্ কা—কৈদৌই হায়বগে।"

—"হোয়, অদুবুদি ওচুম্বনি। হায়দোক্লিংদবগী য়াকমদি নংচদে। ফরেনে ওসিদগী শকথানবা হায়বহুনি।"

—"ঐদি হান্না থংজরবনি, অদুদা মীং থংজদবনিনা কোবা ওমজদত্না লৈজরবনি। অদুগা চিংনজবা অমনা—কৌরুবগা থুখীরক্লোইত্রা?"

—"কৌক্রইত্বো হান্না খুমজনিংগনি। অদুদা ... !"

—"চীনবাম্বোংগী য়াহয়দি অদু ওক্কনি। হয়েং লম্বেল লমথাংদ উরকাওদ থৈদোক্তুনা চৎপিখিনি, কোংখদি হায়রুস্ন, হম্ন ফাওবা য়েংবিরম্লোই।"

—"হয়েং ঐখোয়দি মীয়ক শাইতুনা থিজরক্কদৌরিবনি য়েং-জদবদি হায়রুস্ন, পেম্না য়েংজগদৌরিবনি।"

—"অদু তাইয়ে ... ... ...। হুজক্কাও মীং তাকথোকপিয়ু য়াত্রিসিনদি—।"

—"ফরেনে ঐগীবুদি তাকথোকচরগে, অদুবা হোয়েল অদোম-গীদি তাকাপয়ু য়াত্রনা।"

—"খুৎশিন্নসি কৈদোবগে, অদোমগী হান্না হায়বিরকউ।"

মানা অতুম্না হেক হায়রকপদা ঐগী মহৌশাগী ফুগী মমাংদ ম্না থাংবা ঙমদবা অমু হৌরকই। হান্নকম থংদে লৎ-লৎ তৌরকই টতোম্মতা পঞবা হেক্ত হক্নোইরম্মী। অতুবু মঙোন্দ ঐগী করিগুম্বা থম্মোইঙ্গুংগী লৈজবা খুদিংমক অমম্বা চিখদনা হায়দোকে থল্লি। তকশিন্নকপনা হেল্লকপা মাগী রাঙাং, থজাই কুৎনা রাশি লৈবী অতুনা নোকক্নেৎ তৌরকপদা—

—"হেরামনি কৌই" হায়না হায়দোকখিরম্মী।

—"করে, অতুদি ঐস্‌ু চৎচরগে, হয়েং থিবদ ন্নাররোই মীংদি য়াম্না ফজরিপোৎনি।"

—"পুক্নিংনা থোয়দাবিছুনা তৌবা ওইরিনিদা, কম্বিনো হুজিক্ত খুৎশিন্নসি হায়রম্লগা ... ... ...।"

—"য়াম্না পাম্মুজে, তাকথোকচররোইয়ে।"

—"লাংতক্নহল্লগজবা থম্মোইসে অমুক—হায়দ হায়বি-ক্নরোইদ্রা?"

—"ফাগি তৌনিদ—ঐগী মীংদি বী-নো-দি-নী।"

খোজেন নিংথিবী মরক্ত, ফজবা মীং অতুগা তারুবদ ঐস্‌ু হায়হৌরগে মতাগুম;

—"ঐনা পামজবা, নুংশিজবা মীংদা অত হেক থোকইদ, শরুগা ফজবমে মীংনগা ফজবনে, ইক্নদ কজেদ, পুক্সিসিমগী শিক্রকাও কাউজরোই।"

—"চোঃ তল্লি ইকাইজে কৈগু—"

হায়রম্লগা ঐঙোন্দা ছাটিন মখোক অতুনা কল্লগা অতুমক চৎখ্রে। ওইনরম্বগী মওংনি। খুদক অদুমক্তদ থংহৌদনা পাংলুং

তুংশিখিরম্মী। মীনোনা চংখিবা লম্বেল অহু মুল্লা য়েংখিরম্মী অদুবু মহাক মিংয়েংদগী অস্থম-অস্থম তামখিরম্মী। খল্লকই, মহাক অসিবু ঐগী ওইবা ফংলকখিগদ্রা ?

অদুবু, সমাজ অসিগী অনেম-অরাংগী থাক, লৈত-লাইংগী রাকম অসিনা ঐগী তুংশিবা অদু ফেংদোক্লনা ফাজিন্দুনা থগা তমখিগদ্রা ? থনখি—ওয়োই। অদুবু, তুংশিবগী মফমদগি লাইর-ইনাকথুনবা, অচৌ-পিশক, শাগৈ-জাৎ পুম্নমক চপ মান্নে। সমাজগী মপাম্বোংগী কুয়োমগী মীয়োক অমদি থম্মোইদুংগী রাকম তুংশিবা হায়বা অনিসিগী চাংয়েংনা ঐগী খোঙ্গা চিকপা হোরকখিরম্মী।

মপা লাকপা ওমত্রবা তাইবংগী তুংশিবগী পন্থুং কদাইদ লেপকদগে খল্লম্মী। সমুদ্রগী বোঙ্গোল, পুক্নিগী খোঙচৎ থং-হোদনা তাকখিবগুম, তাকখিগদ্রা, মাংখিগদ্রা। ঐগী তুংশিবগুথম্মোইদুংদ অদুম্মক। চিংনমিঙাইদনি। লাইর মচা ঐখোয়গীসু তুংশিবগী চাথুং য়াওরম্লোইদ্রনে ? তত্তনা হংবা থম্মোইগী হাংনি। থনখিরম্মী—থম্মোইগী য়াহং, থম্মোইতনা থুম্লকনি।

তুংশিনবা হায়বা অসিমক তুপা অমসুং তুপী অদুগী হায়নবা খুদিংমক য়ানবগী খ্বাইদগী থুদোংচাবা পিক্রবা মিংকুপ অমগী তাঞ্জ অদুনি। অদুদসু নত্তনা থম্মোইগী রাকম থম্মোইনা থং-লকপগী তুডাইবগী মহাও লৈরিভৈদনি।

তিল্লকখিনি নোংমদি খিংওমদবা য়াথলগী তুংশি ঈচেলনা সমাজগী কল্লক য়েংথিগী মপান্দ, চেম্বখিনি অদুগা তিল্লুনি মাং তুংশি ঈচেলদা, ওইজগে মতমদুদ ঐগী অপেনবা।

লৈনমগী মপাল তাংদুনা লৈরাংনা শাংচবগুম ফুহাইবা রাখলগী মপাল তাংদুনা, লৈচিলশী দোলায় অপাইবিদ স্বর্গ য়োক্লরবা ঐগী ভাবকী রাখল ; তাবিনবা কনা লৈত্রবা মফমদুদা ফুংশি রাবংলুরি। ফুংশিবগী চোয়রোল অভাওবগী পাজ্যাক্ল। মী থুদিংমক মভাও খেন্নবদনি, ভাওদবা অমত্তা লৈতে—ভাওত্রবদি ফুহাইবা ঙমদেনে, হায়বত্ত ঐহোন্দা তাখিরম্মী। মসুমা ভাইহাক্কং খন্দুনা তুমিন্না চোয়রোল লোল্লিরৈ. নোং পুমহাং হাংখ্রে। লৈচিল থাংত্রবা অতিয়া ফুমিদাংরঃইরমগী ফুমিৎনা চিংয়া পক্লা কয়াদ নিংথিনা হায়থরকখিবা।

পোকচৈদগী ওসিগী অম্মম হায়না ফুভাইখিবা অমুক্ত থেং-নখিত্রি, ওসাই ঐখোয় অনিনা রারী শানখিবা অতুদ নিংশিতুনা লৈরে—থনখিরম্মী মহাক্ত, নিংশিংলমগত্রা ? থম্মোইনদি থাক্তরুই নিংশিংলম্মী।

লম্বেল চৎনা চৎনা থল্লি—হোরেল করিগুম্বা ইমানা নংগী চাটিন্দি কদাইদঃ থনগ্লে হায়দুনা হংলক্রবদ—হায়দোক্লগা লোইরে "নমৌম্নুপীনা পুথ্রে হায়দুনা।" ফুপামচা ওইনা পোক্লগবু লাইনা তম্বা অমা লাক্লগনি।

ফুভাইমনখিদুনা থংহোদে য়ুম য়োবা. হায়বগা তৌবগা মাম্নরে—"কৈদোরে ইবুংঙো—অসুক থেংনা কুম্লকইবদি, অদুগা চাটিন্না কদাইদা থনম্লবা ?"

থুমদে ইকাইদুনা—য়াঙাং অমা তৌদুনা রাংকোয়ননা মসুমা হায়খিরম্মী—"চরা রাম্নবা চাক থাকইবা নত্রা ? চাক লাম্বনা লোইরে, চাক্কুম হান্না চারুখিগে।" হায়রম্লগা ঐহাক ইমুংদা অদুম্মক চংলে।

ংহিং অদুমদি থ্রাই ফুভাইমনখিদুনা অহিং অদুমা রাথংনা তুম্বা য়াখিদে।

## অহুমশুবা মতাং

হায়দোক্লুনো অতৈদ, থাজয়োই।

মহুম্না খংলকনি ঐগী মুংশিবা নোংমা নক্লগা নোংমদি।

অক্না মাইথোং লাংক্লবা মুঙাইবগী ওমথৈগী আশাদ ওসিদি ওমুক নৌহৌনন অপাম-মুংশিগী ব্লাখল থম্মোইদ কাওরক্লে। লোল থোক্লুবা কনানা মমঙদা লোল থোক্লুনা ব্লারী শারম্মুম. ঐগী ফোংওমক্লবা ব্লাইশিংড় ওরাং অহিং মঙদা লোইনা কোংদোক্লম্মী। অদুগা মহাক্লা-ঐহাক্লা অপাম-মুংশি ব্লারীদ সংসারগী অক্লা-অনা য়াওক্লবা মতম চুপ্পদা বসন্ত ঋতুদা য়াওক্লবা নৈকোল অমদা অহিং অহুমা লেকমিন্নরম্মী। অদুবু থুমাং চাউশিনবা মঙ অডু নিকপ থোক্লক্লুনা তাইবং মঙকাওনরকপদ ঐগী অমুংগী ওইথংবা নাকলদ মাহুনা য়েংলুই। নৈরমদে, থল্লুবদ ওতোম্মত ইকাইখৈ।

শল্লু নংনা তাইবং শম্না, ঐগী মুংশিবগী ইপাওসে, নোং-ঙাল্লমদাই শাংপি শিঙ্গাইরতফাও পুক্লিগী অক্লাবা কোঙ্গই তাইবংদ উংলি।

থাজবনা হাকমনখিবনা অঙাং ওইরিবৈঙগী ব্লাকমশিং নিংশিং-লকই—মীংগী ব্লাহয়গী ময়েক কক্লুনা য়েংবদ চাম্নবা, অদুগা ব্লাহয়গী ছন্দশিং অড় চানবা উবদ. ঐঙোন্দ অমুক হেন্না মাগা নকশিন্নবগী মন্নি অহু লাপথোকহন্দে। মাগীস্নু থোম্মোক মন্নি শুই, ঐগীস্নু।

মাগী কক্লবা, নিংথিবা, অমদি নোকফেং তোবা মাইথোংশিং অহুনা ঐগী ব্লাংলগী মিংয়েংদগী থকল পথোকখিদে নকশিন্নহুনত

শাগেন্নহুনা ফোং-ফোং শাবগী মতৌগুম, ঐগী য়াথলনা মাগী শকতম্ থম্মোইদ চেৎনা থমজখি। থাংজিল্লুরবা খোঙথাংনি, ঐ অমুক লেপকে হায়বসে থজ্রে, চংশিল্লগনি অন্নুমক লেপ্পা লৈতনা।

খল্লবনি ঐ, করিগুম্বা থয় মাচৌন্দ হায়গে হায়রুনা, অদুবু য়াম্না চিংনবা ইকাইবা অমনা—মান তৌজ-শাম্নিসে হায়রুনা শিংথানবিরোই, মতুগী মহুত্তুম নোক্লবিরকত্রা অসিনি ঐনা তম্বনা থল্লিবা। অদুবু, হৌখিবা য়ারী কয়া নিংশিংলুবদা পুস্লিগী খোদাংনি হায়রুনা ঐহাক্ত করিগুম্বদা নিংহন্নগে থনখিদ্রে।

পাথং ওইরিবৈদ জুংশিবগীদমক্ত চেপ্প, ইকাইবা নংবা— ইকাইথংদবদ শিংথানদে। চোপ্পগী শিংদ চন্নদে। লৈশাবীনা মপামদা লৈরিবৈদ জুংশিনবা জুপাগা য়ারী-য়াত্তাই শাহুনা মমা-মপাগী মমাংদ চংলিবা লিচং অদুস্থু চোপ্পা, ইকাইথংদবগী খুদমনি হায়না অয়াম্বনদি লৌনদে। নত্রা ওইরকপগী মথৌনি হায়রুনা অজুম্মক থম্মোক্লবনরা?

ছুটি পাম্বদগী লাইব্রিক তম্বা লোইদনা চেন্নিংলবা ছাত্রগী পুস্লিনি। অদুবু ঐহাক ওয়াংদগী ছুটিগী মহুত্তা কলেজদ চংনিংই— মরমদি লাইব্রিক তম্বগী য়াফমগীদি তরাই খোকথহুনা থীনোবু উনননিংবদগী অয়াম্বনি। য়াখল হোংলকপগী মতুংইন্না ফিজেৎ হোংলকই। মহৌশাদি ঐহাক ফি-য়োল য়াম্না জু নাম্না শেৎপগী য়াফম লৈরমদে অদুবু ঐহাক ওসিদগী লৈজ লৈজবা থরমখৈদি কেহুনা চংলমই। মাইদগী হেম্ন চম্নবা মিংশেল অহুম তরেং নিপাল্লকা য়েংলিপোংনি।

য়ুমদগী কলেজ য়ৌরকপদা লম্বেল লমশাং লাকপগী, রাবগী ছুকথবা অহু ঐঙোন্দা লৈরমদে। কলেজ য়ৌরে। লোয়েল থেংনরগা করি-করম হায়সিবা—থন্ন-থন্ন ঐহাক ইমান্নবা অমসু হৌরুখিগে হায়তুনা ভেরেন্দাদ ইত্তোম্বতা চৎলিরৈদ থংহৌদনা চুপীগী খোঙেল অমনা কৌথিবগুম তাথি হন্না য়েংথোক্লুবদা ইনক-নক্লা বীনো অমসুং মাগা তিন্নবা ইবেনি লেপ্লুনা লৈরম্লে।

বীনোনা—"য়ারৌবিবা য়াদে, ছাটিন অসি পুবীরো, থেংনরিঙৈসিদ--হোরেল খোঙ য়াম্বি-না থিবা থংদবা য়াই হায়তুনা— ।"

ঐহাক তুমিন লেপ্লুনা লৈরি। লাকমিন্নবা মমান্নবী অহুনা য়াপাংশল্লকই— ।

—"ঙসাইদগী লাক্রম্লগদ্রা হায়তুনা য়েংতুনতা লৈরবনি। পিশ্রোদনা কৈরোরে।"

—"কোয়ডান তান্নতুনা থিবিরক্লুবসু ঐনা অহুম থিজরকপা য়াবনি।"

—"অহু ওইরবসু মীগী মপোৎনিন, য়াইজরুবা ঐখোয়নদি মপু তাদনা কন্না নোংলেন হল্লুনি থজুতুনা— । হান্না করিগুম্বা থংলম্বা খোক্লবদি য়ুমগাসি কোইহং হংতুনা হেক্ত থিজরক্লে থল্লম্বনি।"

—"হায়রিসিনদি ছাটিন শানবনি হায়তুনা নোক্ল চাউবা লৈকাই ময়াম মমাংদ ইকাইহনবীগে খনবিরম্লীবা জাৎনিদ।"

—"ইকাইহনবগী য়াকম নৎচদে, য়ুমসু থংজনিংতুনা তৌবনি, থংহন্নিংত্রবসু কৈদা।"

ইবেনি—"ঐঙোন্দ চৎজুসি হায়তুনা ডকপনা লোইরুদনি ঐনা য়াদহুনা লৈরিবনি।"

—"তৌগঙ্গীসিদি, মাগী হৌনবী তৌরকঅদনি।"

ইবেনি—"নখোয়গীসি য়া শাংখনগদৌরি, ঐ চৎঅম্লগে ঐ লৈরবদি য়া লোইশিন্নবা য়ায়োইদৌরমাল্লে।"

—"ভাইখোমী! ইতোম্মত ... ... ...।"

—"নংদি অতত্তাইনি, কদায়দগী চৎপা য়াগদগে।"

হায়রম্লগা ইবেনিদি চৎখ্রে। ইবেনি মখল কয়াগী নুপা নুংশিনরক্লবা মীশক্নী। অদুন ঐখোয় অনিগী লৈনরিবা মতৌ অদুদ মহাক খংলদুনা চৎখ্রবনি। অদুদগী বীনোদি তুমিন্না লৈখ্রে য়া অমত্তা ভাংখিদ্রে, ঐনু করি হায়গদবনো খংদে, তুমিন্না অদুম লেপ্লি। অদুম তৌরিবৈ তাঙদ ইমায়বা অমনা নঙ্গদা—"ভায় ক্লাস য়াওরোইদ্রা?" হংঙ্গমী।

ঐ খংপ্রেক খংনা—"য়াওদৌরিবনি।"

—"ও: ও: লৈবিহৌখো, লৈবিহৌখো।" য়াম্না য়াচোই ভাংবা পাম্বা ইমায়বা অদুনা শোয়দনা হোরেলদি ক্লাসতা লক্লগনি খল্লুবদা ঐ ইকাইখি।

—"য়েঙোই বীনো! ঐ য়া মত্তা হায়গে নং য়াগদ্রা?—হা হায়য়োমী"

—"করি য়ানো, হেক্ত হায়যু কৈদৌগে?"

—"ইক্তি য়ান্না ইকাইজে, অদুবু ... ... ...।"

—"অদুবু কৈদৌরবা?"

—"হায়রম্লোইদ, হয়েং কোম্না হায়রগে. হুজিক্ক হায়গে খল্লম্বনি কাউখ্রে।"

ইবেম্বিনা অমুক হল্লকুনা শুয়া লল্লরক্লম্মী– "হো ইবেম্মা থোইবী শাবী, লেংঙকও কৈদৌরগে, পুং তারে। হয়েং কোয়া চিকথনৌও!"

—"মিৎলাওবীসিদি, ভুংশিখিদ্রে।"

অনিগুবা পেরোদ য়ৈরক্লম্মী। ক্লাসতগী ময়াম রা-রা তৌনবা অহুম ঐস্সু অহুম চৎকে তৌই, অছুদগী মানা শুয়া হায়রক্লম্মী—

—"হয়েং ইবেনিদ হেক হায়বিরক্লো।"

ঐগী ছাটিন অহু পিবিরমদ্রে, অছুম্মক চৎপ্রে ঐস্সু হায়কৌদ্রে, রা ভাংবা গুমদনা ইক-য়া, ইক-য়া তৌদুনা অহুম কৈহৌরে। ছজিক ঐখোয় অনি ক্লাসতা অমুক শোয়দনা থেংনররনি। কমদৌবা? —ভুংশাম্বর মপি হোনথি।

খল্লকই—হায়দোক্লম্রবসু কগদবা! অদুবু হায়গে থল্লি থম্মোইনা, থাম্মী ভতুনা রাখলনা।

ঐনা ক্লাস চংখিবদা ইমান্নবা ভসাই উহৌবা থরনা বীনোগী মমিং পন্দুনা লল্লরক্লে। লল্লরক্লিবা অসি ঐভোন্দনি হায়বা থংলবনি অছু ওইরবসু ঐনা ঐভোন্দা নওবোই নিংনবা ইমান্নবা অতৈনা য়েংলম্মী। ময়ায়া লল্লরকপা অদুদ ঐহাক ক্লাসতা কম্বা ভম্মোইদৌরি। অদুবু ক্লাস লোইদ্রিকাওদি ঐ অছুম্মক তাশিন্নদনা লৈথিরম্মী।

পাউনিংথোল অদুম্মক ঐহাক পেঞ্জরমগদবনি, কন্নিগুম্বা অশেংবা ওইরম্রবদি, অদুবু চাননা অশেংবা নল্লিমথৈদি ঐহাক হায়হল্লিংদে। অদুবু, রারেম গুহুনা ভুভাইজবা পামজবশিংগী মচিন অছু করম্না মেল্লুগনি, ওইথোক্তবনি। ঐনা শাক্লরবদি

অমুক্তা হন্না লক্করক্তনি খন্দুনা ঐ ভুঞিন্না অদুম হৈরেজরে, খদাং চোকঅগা মরাইনা তোকচখিনি।

খনখি—ঙসিমক হায়রোক্রসিন্না! অদুবু, হায়দোক্লত্রিবঙেগী মমাংদ ইবেনিদগী পাউ অমত্তংদি থংখিগে। নহালক্ত শকথং-নখিবত্তা ঙাইরিবী মহাক্না ঐঙোন্দ য়ান্না লোন্দিন্নবগী মতংগুম ইতং তত্তনা তৌরিবসিনদি, ঐনা'মুক হংবগী দরকার ওইখিগত্রা?

হংলরোই, মাঙেন্দ হেক্ত হায়রগে, করিগুম্বা ইকাইখ্রবদি তোকপা তারগত্রা? খনবু থঞ্জনলুরবদি চিংননিঙাইগী চিংন-নিঙাই ঙাক্তনি। খল্লরোই।

পূক্লিংগী অপাম্ববু ফাজিন্দুনা খম্বগী মহুত্তা মনিং তম্না লৈজবন লাংজক্রব খম্মোই অসে পোথাজবা ফংজগনি। মহাক লোয়দনা ছুটি থারকপা মতমদা থেংনখিনি. নক্তবদি ইবেম্মিনা য়ূমদা পূরকপা লোয়দে। কনা ভাত্রদ', কনা উত্রবা অহাংবা মফমদদি পূক্লিংগী অপান্বা থুদিংমক ফোংদোকপা ঙম্মী। অদুবু, বীনোগী মমাংদত্তদি ঐগী ব্রাহয় থুদিংমক কদায়দা লোংখিবনো খংদে, 'মুংশিজৈ' হায়বা অসিত্তফাওবা ইরৈ অসিনা থংপা ঙমখিদে।

মুংশিনবগী হোৌগংলকপগী ইন্নাইখিবা হায়বসিদি মহৌশানি, হায়বা ঐ খংখি।

---

# মরিশুবা মতাং

মিতুগী পি শিন্থখিবা থংহৌদে।
অয়েকপা পদ্মোগী শকম অতু উরুবদা।

কপ্প বদনি থম্মোই শোক্ন, কনানসু তাবিখিদে। হুভাইরিবৈঙে মতমদদি কনাসু য়াংপা লৈতে ঐগী মী ভাক্ত ওইরবগুম খল্লম্মী। অতুবু, ভসি লাইরবা, নংথরবা ঐগী খোঙজিন্দ কনাসু লেপ্পী-নিঙাই লৈত্রে। য়ুমথংনবা কাওবনা নিরকনি থমবনরা অরাংবা চেকপল খাগতুনা মীওইবযু কুংশিবগী খোজালগী মিংয়েং পৈশানা থংহনখ্রি।

লাইররবী ইমানা নোংমত মাইখোং মকালমাখিত্রে, ঐগী মহৈ-মশিং তম্বগী অমদি নোংমগী চন্না খিবদা, লাইরবনা মরম ওইদুনা অরেং অরেং পুখবা পুক্নি অমদ ঐখোয় অনি পুথরি। খুবাক-খুনমতগী তাইবংনি অমুক কক্সা, অমুক নোকপা।

জ্ঞান তাত্রিবৈদ চারগা হিংবতগী য়াখলদা লৈরিবৈঙে, পদ্মো লৈতবগী অমদি নিংবা থুংদবগী য়াখল লৈরমদে। অতুবু, ভসি চাউশিল্লক্রবা ইমান্নবা মীরক তিল্লক্রবা অসিদদি পদ্মো লৈতবগী অরাবা অতুম্মক ঐতোন্দা থংলম্মী। লৈুত লাইরগীদি ভরাই-খোক্রহনা, চন্না-হেনজরসু ইচাগীদমক্ত নি হায়দুনা পাম্মোম হিংবিনবা কনাসু লৈত্রে। ঐ জ্ঞান থর-থর তারকপদগী ভসি ফাওবদা অমুখা চন্দোল, পুডৌকনেক্কা ইম্নক্সিদগী হেন্না থবক-ইনথাং চখোক পদা শেংখিত্রবিনি।

পোকমিন্নবা ঐগী খুড়াতোল অতুগু লুপী ময়ুমগী থুজিন্দা লৈগ্রবনি। ঐখোয়দ নোংমতকাওবা করম তৌরি হায়রুনা হংবিরবদি হায়রবু থোকজিন্দ ফাওবা লেপ্লিরম্রে। থমু! লাইরবগীদমক্ত কনা লৈ, ঈশ্বর মহাক নত্তন —

অদুবু, ঐগী ইমানা ইচা চাউরক্রে, লাইরিক হৈরগা তলব চারগা হুণ্ডাইরকখিনি হায়বগী আশাদ ভসি ফাওবা হিংবা ঙম্লীবনি, ঐ অমা লৈরমদ্রবদি মহাক হিংবগী অর্থ য়াওরমদবা য়াই। লাগে নাতে, মরুপ-মপাং লুণ্ডাইরিবৈঙদ নোকমিন্নবা ঙাক্তনি—য়ারবা অততাই ভারবদি কনাসু লৈত্তেনে।

ঙক্লিঙাই কন্নিসু ওইদে, ভসি নিংথৌ ওইরম্বা অমনা হয়েং চাক্লিবগুম চৎপা, অহোংবা নাহবা তাইবংনি। ঐগী ইমাগা পোকমিন্নবা মাম্বা, মচা পোক্তে, হকানগী অচৌবা মহাক্তম্লি, অদুবু ইমানদি নোংমত্তসু লৈত-লইরগী য়াকম পল্লুদে। অদুগী মথক্ত, ইমাবুদি লৈশারিবৈঙদ হায়বা হন্দে হায়দুনা ইহোকখিবদগী ভসি ফাওবা চংলুদে হায়।

ঐগী ফুরিং অমা, কিয়োল অমা শেংপ চাবগীদি থোয়না মানা মনিন নাই-দে, অদুবু লুপা ১০০/২০০ গী থবক, পজ্জাও লাক্লবদি কদাইদগীনো ইমানা হজিক তৌগদবা অদুবু ঐহাক ভসিদি, য়াক্রম অসিমক হৌদোক্তবা য়াদবনি।

মিরাং থূরবা, শেংদোকপিত্রবা কল্লাং অহুদ থেংলিবা পাবুংগী কোটোশিং অদু উরগা ঐহাক থংহৌদনা থম্মোইদা থাংজমদবা কয়া ফাওরকথি। অকোন অহানগী য়াতনি নোংম শিবা হায়বসি ঐখোয় থুদিংমক অতুম শোইত্রবনি।

ইসিদি ঐহাক ঐগী ইমাদ সাইকল লৈবগী য়াকম অসে হৌদোক্লগে হায়হুনা খল্লি অদুবু ইমাদ য়াম্না রাগদবা ওইরদি তোক্লসিন্না হায়নশু খল্লি।

শেংলম্নীবা কি-রোল, শাগৎসম্নীবা কজরবা, নিংথিরবা কয়া অসিনা লোইশিনবা ঙমদনা মাংখ্রবা। কিম্বুরক্লবশিং অসি উরুবদ করিগুম্বা থোয়না শুঙাইকম লৈতে। মিয়াং থুরবা, কম কারিগৈঙী মোংশিল্লবা মিংশেল চনবা অয়েকপা কোটো অদু কিপ্নংনা নাম্থো-ক্তুনা লৈরি।

ইমান —“কৈদোরে ইবুঙো! ইশুক শুকথন নথরাই শুঙাইতনা উববু। করি তৌরবগে?”

(থংহৌদমা মিৎলুদ ঈরা চেনখি, অসি গুইরেকো পু-পাং শুনা লৈঙগী অরাবা। ইতোম্মত খঞ্জবনি অদুবু মাইথোঃদাদ নোক্তবা য়াদতুনা নোকখি। ঐহাক ইমাগী মতো উবদা হায়গে খল্লম্বা পূন্নমক হায়বা ঙমখিদে।) কিবান শেগাইরবা ইন্নফি উরুবদা, শেল-থুম লৈত-লাইরগী করিগুম্বা অমত্তা কাংথোকপা ঙমখিদে।

খল্লকই-পুল্লি অসিবু অসুক য়ানা লোইখিগদ্রা? অরাবগী ঙমখৈদগী হেন্দোক্তুনা নোক্লিংবা অমা য়াওরক্লে। মীওইবসিদি য়ামল্লতুনা শুঙাইথোকপ অমা য়াওরকই হায়বতুনি। ঐহাক শুঙাইথোক্লম্মী, নোকথোক্লম্মী; লৈতনা অদুবু, মিত্তগী অতংপা পিদি, নোকপা থুদিংগী থিংবা ঙমদখৈ চত্নম-চত্নম তারক্লি।

ঐগী মত্তো অদু উবদা ইমাশু হিক-হিক লাওনা কপ্লক্লম্মী। ঐ তোকম থংদে, শুংসাম্বর মপি হোল্লহুনা —“ইমা”—

ইমানা রাদবা অমুক শাশিন্নহুনা—

"করিগী নোনে নংনা কপ্পীবনু ! ইমা লৈরি হায়বসে কাউরব্রা ?"

থংহৌদনা থৌনা ফগংলকপগুম তৌখি। অম্নাবা লৈত-লাইরগী য়োম্লিং থাংলবা ঐহান্না করম তৌনা থৌনা কবা শারুগনি। ওইথোক্কবনি।

—"তায়ম্ ! ননিং থুংদবা খুদিংমক তায়মু, ইচাগী নিংবা থু নবগীদমক্তু ইমানা ইশা মীনাই ওট্টরফাও হোৎনগনি।"

—ইমানা হায়রিবা অসি চীনবাম্বোংগী রাহয়তনি। অহল ওইরবা অমনা নহা ওইরিঙৈগী শিগন্দবা থৌনা ফবা মশিংথা অতুগী মরিংজেল ফুথোকপদনি। থবক ওইনা পাংথোকপদি কদাই-দগী হুম্মুগনি। ঐগী ইমাসু অহুগুম্বনি। শেল-পাইরিঙৈ, মীনাই-মীশল থান্নৈঙেদা লৈরম্বা আশাহুত মহাইরবনি, থবক্তী কনানসু তুংইনবা ঙমদ্রবনি।

ঐনা সাইকল অমা লৈনবা রাফম অসি ইমাদা হোৎনোক্লে। অদুবু লুপা মঙা-তরাগী রাফম নত্তবনিনা, ইমানা তরাই-তরাইনা হেক্তু হায়দোকপা ঙমদ্রে। তুমিন্না মক্ক লুকথত্নুনা লৈখ্রে। ঐসু তৌফম থংদ্রে, হায়রমদ্রবসু ফগদবা থল্লকই।

নুমিৎ অতুমক্তদ কুইনা উখিদ্রবা, ঙমুক্তসু মফম অসিদা লাকখিদ্রবা, লুপা অমা থোংজিন্দ লেপ্লে, মহাক কনাসু নত্তে, ঐগী মাম্মনি।

মাম্মনা ইমাদ—"পাবুংসু অহল ওইশিল্লক্লে, অতুগীসু মথক্ত লৈকাইগী অহল-লমনগী মমাংদসু ঐথোয়বু ফজদবা তংরে অঙনা হুম্লক্তী নিঙোল চাকৌবা অসিদা নহাকপু চংন-থোক্ক য়ানবা

তৌহৌরবনি হায়বনি অহুনা নহাক লাকবা য়াদে হায়রুগে হায়-হায়রহুনা ঐ থারক্লীবনি, অতুগা হেয়াবনি নহাক্ল লাকউ, নথোয় শোরে, নহাক্কী নশক য়েংনিংঙই হায়রহুনা তস্তনা শোক্লি।”

মাম্ম চংখ্রে, হন্দক্কী ঐগী লাইবক ফবগা লোইননা অনৌবা খোঙ্গাল অমস্তু ঈশ্বরনা পিবিরগনি।

---

## মঙাঙ্গুব মতাং

মশামক্তদি হায়দোকপা ঙমদে।

কব্রিগুম্বা থরদি হায়নিংবগুম, নাকন্দ লেপ্লরি।

হুংশিং-শিঙ্গনা উনা লেংদে, পোং খুদিংমক্কী হৌরককম লৈ অহুগা পোলোয়স্ত লৈ। অসিমক ঐহাক থাজে—অহুবু মহাক্তদি ঐগী থম্মোই অসি ঙসি ফাওবা থাজবা ঙমদ্রিব্রা?

বীনোগী মবুং-মৌপা, মচল-মনিং কনমত্তা লৈজদে। মমা-মপাগী অমত্তা ঙাইজবা হুমিং-থাঙ্গম য়েংজরিবা মচানি। হুমিং তাশিল্লক্কদোরে, মম্রি-মম্রি তৌরক্রবা মতমনি।

ঐসু কুইম্মেদগী মীয়ক থাইহুনা মাগী ঙাইহাক য়েংনহুনা মিংচানক্রবা তুংদ যুমদা হনবা খোংপ্রগনি হায়রহুনা তৌরিঙৈগী তাঙ্গা অসিমক্তদ বীনোনা শম্মা হায়রক্কই—

—“অমুক্ত ঙাইবিখো!”

য়েংখোকখিবদা বীনো অমস্তুং ইবেনি লেপ্তুম্মা লৈরম্মী। মহাক য়া মখা তারক্তে অহুম তুমিন লৈখ্রে। য়া মথাদি ইবেনিনা তারকই—

—"রা 'মত্তা হায়গে, নং য়াগত্রা ?"

—"করি য়ানো' করিগী য়াদনি হায়গে।"

—"বীনোসে চৎমিন্নবা মমান্নবীস কনামত্তা লৈত্রে, লোইনা চৎনব্রে। অদু হুজিক কমাই তৌদোরিনো ?"

—"খংদেনে কমাই তৌসে হায়রিনো ?"

—"অদু য়ায়দি নহাক ময়ুমকাওদ থিনবিয়ু হায়গে হায়দুনা লাক্লিবনি।"

—"হুজিকপু………………। নংনদ হায়বা ওইনা তৌইদ চৎমিন্নগদৌবা মীনদি ইহার হায়রক্তৌনে।"

—"য়াবীরক্লোইদ্রা হায়তুনা হায়জদবনি।"

—"অদু য়াগনি হায়না হায়জরিবসিদি—"

"গুপীচা পাঙ্গল শোনবিনে, ইতোম্বত করম তৌনা চৎকদৌরিবনো ? তাদ অহম্বনা, নিঙোল মোংবা খরাই থোঙ্গাল য়োংদ্রক্লাওবদি থাকবা কনবা লেপ্পীয়ুনে। হায়জরেদনা, য়াবিখিরোইদ্রা ? ওস্তোক্ক নিডাই তৌবরু হৈবিগ্রেনে।"

ইবেনি—"অতুদি বীনো নংস্তু য়োত্রো, থেংনবদি য়ুমদা শোইদনা থিনরম্লগনি, এস্তু থেংব্রে হনখ্রগে।"

"ইবেনি নংদি কনাগা চৎমিন্নগদৌরি ?"

—"এগীদুদ গাবিক্রুহু, নখোয় নখোয়গীচুম য়োননবা তৌ ?"

অসি হায়রম্লগা ইবেনিদি চৎখ্রে। ঐখোয় অনিতমক লাইতৌরে। ইবেনি য়াওরবদি ঐখোয় অনি খর মথৈদি ইকাইনদে, ওঙ্গোইনদে। অদুগা ঐখোয় 'নিদ লাইরবদি হক্তঃ ইকাইনৈ। করিনো ?—হংবা য়াবা য়াহংনি।

সাইকল থমকমদনী ঐখোয় অনি সাইকল অমমম্ তোংছনা লাকখিন্নৱে। মাস্তু ভাংদে, ঐস্তু ভাংদে—ইকাইবৈ। ঐনা হৌ-দোক্লবদি ইকাইবা তারে হায়ছনা খংলবা মাগী লৈকম অস্তু ভমুক হন্না হংলি—

“কদোমদা চৎপনা লম্বেলসি নকদগে? অমুক্তমু চন্ত্রি, অতুগা ভশম্বা লম্বেলস্তু কদোমদা চৎপনো খংদে।”

—“মীমুখোং লাম্বোক্লগা পাক্কল তারিবা হাপ্তগী অসিদা চংখিবনা য়াম্না নকই, অদোমদা হেক্ত চৎপ্রসি। অতৈদি লম্বেলস্তু কয়া কছে।”

“ঐদি কৱিমত্তা খংদেকো—”

—“খংভিরোই, য়াম্না খংভিরোই—”

—“থাজদমাল্লেনে নং! করে, লম্বেলস্তু তেন্নবা ৱারী খর-খর লিনসি, নং হান্ন হৌরকও।”

—“ঐদি কোম্না, হান্না হৌদোকপা মীনা হান্না লিনসি। নাকোং অসে শেংদোকচরগে হৌবিরক্লো।”

—“ক্লাসি তৌনিদ, ঐদি হৈন্ত হৈতনা, ভসাইগী কলেজগী অক্ক অমগী লিলা ( One act play ) দো করুজা? হেরোইন মালতীগী নুংশুন্না কন্নবা খম্মোই অস্তু লাইরবা ব্রজোগী চুংশিবগী নমাংদ শাংব ভমখিদে।”

—“কৈক্ত কজদেন, অমুক কনবা খম্মোইস্তুবু চুপীনবু, ঐদি পামজদে।”

—“অস্তু ওইরবস্তু বীনো! ব্রজো লাইরবা চুপানি, গুরগা চাহনা হিংলিবনি হুঁক্কী সমাক্ত অসিদা মাগুম্বা লাইরবা

অমদা করম তৌবা মালতীনা হেক্ত ফুংশিবা। ওইথোক্তবা য়াকমনি।"

—"করিগী? ঐদি য়ানিংদে—ফুংশিবদবু লাইরবা ইনাক-খুনবা অমুক খাইবা হৌনব্রা?"

—নংবদি পুকচেল চাউথোক্লিবা, হক্তিকী মতমদদি খঙ্গা-থোইবীগী বা কানদ্রে, লাইরব মরা লৌবিদ্রে, ইনাক-খুনবা চাব য়াম্ববা লোংবাল্দ গাক্ত—নংন খংদফুনা তৌবনি, ফুটর মনিংদ নপুনা, কার তোংবগী আশাদ, মমল য়ায়বা মতম কয়া, অদুগা লোইননা মমল য়ায়বা অরং-অরাক কয়ানা ছাত্রী ওইবদা চহি লিফুনা—থুইরবী মাইশিং অদু তেকথৎনব লাক্লবদ, অদনা ফুগাইবা পাম্ব কাংবু অদুগা, ককই চুরবা লয়াইগী কৌগু-লংগু, ফি-শাবী অদুগদি কয়াম্নো থেন্নরিবা, য়াথলদা, ফিজেত্তা, চাকচাদ পুয়ম-ক্তুনি। অদুননি মালতীবু ইহান-হানবা ফুংশিবা কোংদোক্লবা কাপ্দ য়ায় তুকচনা, হম্বব খোলনা তথি তথি হায়রুরিবদো। অদুবু নিংজবা কনবা ব্রজোগী আশাদু অরোইবদবুদি মহৈ য়ানখিদনা।

—'অদু ওইরবসু ঐদি মীওোন্দগাসে তথি-তথি হেক্তা হায়-দোকপসে ওমজরোই, অদুগা কোয়সু ফুগাইজরক্তে। ঐদি হায়সু কায়জরোই।"

—অদুগা ওসাই মালতীনা থিনা হায়রম্মগা চৎখিবদা ব্রজোন মতোম্মত শোঙ্গবদো—"ফুংশিববু নংনা য়েক্লবগুম খল্লব, খম্মোইগী য়াকম খম্মোইতনা খংবনি। নিংথৌকোলগী গমলা খক্ত শাংগী নৈরাং কাওবা চংজরকপা থোইমুবু কাইদোংকম পিবনি। অদুবু, খম্মোই পান্দবী নহাক্ক ফুংশিবা মশক খংলকখিনিদন।'—

"তশেংন, মুপী ওইবীগী লাইবক লেপ্পা হায়বগে লুবা লাংনি। নৈত্ত লাইরগীদি লাইথোকপ্রংনা নৈমিয়রিবৈদ চাম-চিন্নরা মুংশিননা নৈবা অদুনা খ্বাইদগী মুডাইনা হিংবা মওংনি।"

—"বীনো! ঐ নঙোন্দ রা-'মত্তা হায়গে য়াগব্রা?"

—"করি য়ানো? হেক্ক হায়য়ু কৈদোগে।"

—"অদু, য়াবু য়াগব্রা হায়বা—"

—"অদু, হায়রো কৈদোরগে।"

—"হেরা, নং য়ারকওইদো' মান্নি, তোকহ্নগেদ হায়ররোই।"

—"হোয়নে হোয়নে য়ারগেনে।"

—"থাজদে কৈগু—"

—"করি পন্দুনা য়াশকউগে, থাজগদবা অমা হেক্ক হায়-বিরকউ, য়াশকচগে।"

—"ঐদি নংবুনে............।"

—"কৈদোয়ে অমুক তোকপ্রবদি।"

—"ইকাইরে, হায়ররোইদা, হয়েং কোয়া হায়রগে"

—"নং হায়দোরিছু ঐদি খংই।"

বীনো ঐঙোনলোমদা য়েংলগা নোকফেং নোকফেং তৌই। ঐসু করিনো মানা খংলিবহু হায়দুনা স্বাই লাওই।

—"ফরে বীনো, নং শোয়দনা য়ানি হায়দুনা য়াশকউ। অদু ওইরবদি ঐ হায়দোক্রগে।"

—"নৈত্য, নৈত্যনা শাখি। থাজবিব্রব্রা? হায়রকপা খুদিং-মক ঐ শোয়দনা য়াজগনি। হায়জখিবা বাঙাং হোংজরোই।"

"ফরেনে, মসিগী য়াকম সিমনা হয়েং কোয়া য়াবিয়ু হায়জ-বহুনি, ওসিদি নত্রে। মতম লাক্রগা য়াশক অদু নিজরকে।"

পাকন তারিবা হাত্তাশী চিক্লবা মযেন অসিদ ঐথোয় অনিতনি লাক্লিবা. ইংথমথা চংলকপশী অতাংশিং মৈ তিকপা থয় মতমা উদে। ত্নামম্নিনি পামবা থাবলগী মতাপনথা য়ৈবদা য়াগী শয়েং-মথাওগী মৈ অহুনা নোংথাং কুমওম, তত্তবা মীপাই হন্নি. ঐগী থম্মোইদুংদ, থম্মোইগী মপাও দুংশি নাপদা চিরোলগে চংলুই. চিনবাহোংদ হায়দোকপা ওমজদে, লম্বুরৈ. দুংশি কাদ। অদুবু মীওইবগী থুদোংচাবা তাঙ অসি নাহোকখিনি হায়বগী মরোল অমা মিপাইরকই। থল্লক্লে, হেক হায়দোক্লগে— হায়দোক্লে।

"বীনো! মহাক্না থংবীরমগক্না ?"

—"করিবো……… ?"

হায়গদবা য়ানা হায়হৌরে, হায়রোইদবা য়ানা হায়দোকখ্রে। হায়বা হৌরুরবনিন ইকাইবদি কখ্রে অদুবু ঐগী থোক্কেল্লি কিবগুম্না থর-থর নিকই।

—"ঐগী কোংগমত্রবা দুংশিবদো—"

—"মহাক হায়বদুবু কনানো ?

—"কনাগু নত্তে, মহাক অদু নহাক্না হান্না থংলম্লগনি।"

—"মমিংনা করি কৌই অদুগা কদাইদা লৈ ?"

—"মমিংসু নংগ চপ মান্নে, লৈকমসু তাংদাংবা থংত্রি, অদুবু থংলক্লগনি। নংসু মশক উরদি থংগনিদ, থংলোইত্রনে ?"

—"মরাইবক্ক ফবী কনাবু ওইরিগবা, থংজনিংত্রেদ, অদুবু তাকথোকপিয়ু য়াদবনিনা, অসুম্মক থংনিলসু থংদবা তারেদনা।"

—"হায়য়ু বীনো, মহাক্না ঐবু দুংশিরমগত্রা ? ঐদি যাবু তশেংনা দুংশিজে। পুন্সিগী অরা-দুওই কয়াদা শরুক য়ারিমগে

হায়রবনু খল্লি। অদুগা মহাক ঐগী পুন্সিগী খোঙলোয় ওইদ্রিবগে খল্লি, হায়দু মহাক্না ঐবু হুংশিল্লমগন্‌দ্রা ?"

"খংজেনে, মশক-মশামু খংদবা মীগী পুক্সিংবু। কল্লিগু-ম্বা ঐগী পুকচেল অসিগুম্বা মীওং ওইরম্লবদি শোয়দনা হুংশি-ল্লকনি। মরম্‌তুনা......... মহাক্না হুংশিবীবা ওইসমু।"

—"কল্লিগুম্বা মহাক হুংশিদে হায়রক্লবদি ঐহাক হেক শিখিসিল্লা, হুংশিবীত্রবা হকচাংসে মাগী মমাংদ থল্লাই থাহুনা।"

—"ওইরম্লবদি মহাক অদুনা ঐগুম্বীগী পুকচেল, হুংশিদবা খক ল্লারোইনে। ওইনচাউবীগী ঙাইহাক ওইনদুবা মুপা ওইবগী পুকচেল থোহনা য়েংশন্নবনু হুংশিদবু নমথাক্না কৈদৌঙৈদঙ কুপ্তুনা থম্বা ঙম্লোই।"

"হোয়, অদুবুদি ঙসি ঐনা ইকাই-ইকি ল্লাংমা লাম্না হায়জরুগদৌল্লিবা অসি মাবু হুংশিবদগী থোক্লিবা ঙাক্তনি। করে, অদুদি ঐহাক ঙসিমক মাগী মকমদা শোয়দনা থম্মোইহুংগী কৈজবা খুদিংমক কোংদোক্লুল্লগনি। মতমদুদ খংগনি—হুংশি-ববু কদাই ক্লাওবা হুংশিজরুবা হায়বসে।"

"মহাক খংলমগনি ঐগী পুক্সিংগী আশা, হুংশিবা হায়বা অসে তশেংনমক খংদবা পোংশক অমা খংনিংহুনা তাল্লবগুম হুন্ডাইরি। হুংশিবদি হৌজিক্লুরে, অদুবু কদায়দনো মসিগী পল্লে-কম হায়বা অমদি ঐহাক খংজ্রি। খংলকখিগদ্রা ? মতম অদু লাক্লবদা।"

"খংলকখিনি হুংশি মপাউ তারগা।"

হুংশি-ল্লারী কোঙাইদ শাংলবা লংখল কয়া তেম্লক্লি। কনা-নসু হোৌখিবা পামদে, হুন্ডাইবগী মতম, হুংশিবগী ল্লারী! অদুবু লেপ্তবা তাইবং! নংগী ঈচেলদাদি মীপুম খুদিং তাওখনরি, মাগী মাগী লমথুং য়োনবা।

চিংনজবা মাগী থম্মোইদো, থুদক অহুমক্তদ ঐনা মীশক অমু তাবথোক্লম্লবদি মহাক কয়াগী মতিক হল্লাওজগনবা, অদুবু লাংজক্লবা থম্মোইনা পূক্লিংবু শম্বি তাম্মোক্লগা শংঙবা মচুদি পাক্কোকপা ওয়ৌবাই। মতম চুপ্পা অচেৎপা মচুনা শংবগুম থম্মোইস্কুংদ ময়েক লানা লৈগনি।

রারৌদ লম্বীগী অশাংবা থংহোদে। বীনোমী ময়ুম য়োয়ব্রে ঐহাক মাঙোন্দা চৎখিনবা হায়রে— অদুবু, মহাক্না য়াক্রে। য়াক্রবদুবু দি য়াক্রসনু, অদুগীসু মথক্ত ঐনগা থর চংজনিংবগা, অদু ওইরবসু ঐহাক য়াম্লিমখৈদি চংদনবা হায়রম্মী। অদুগীসু মথক্ত করম তৌনা মাগী ময়ুমদ হেক্ত: চংজুগদগে হায়না হায়রে। অদুদ বীনোন, অসুক থেংলগা কনাগা লাকমিন্নৈ হায়রক্লবদি—'ঐহাক্কা' অহুমক মহাক্না হায়নিংবগী য়াঙাংনি ঐঙোন্দা 'শুম্না হায়ক্লিবদো—

—"য়াথোকচরবসু রাথোকচগে। তামোগা লাকমিন্নৈ হেক্ত: হায়জগে, চংবু চংবিরবদি।"

নহালমখৈদি ঊমীং পন্দুনা ইত্তৎ-তক্তুনা কৌরম্মনি। অদুবু ওসি ইথং-থংহোদনা মীঙৌকম অমা হোংলকপসিদ ঐগী আশাগী অনোবা মুংশি-পামেলদা ঈশিং থিকপগুম থোকখ্রে।

মহাক্না চংদবা য়ারোই, চংথিসি হায়তুনা কম্না তকশিল্লকপা মতম অদুদা ঐহাক্না খংখি—"মুংশিবা হায়বা অসিমক ইশাগী ওইজবা থিবা অমসুং ওইজবা থাদোকপা হায়বা অসিগী লৈরাইনা চপ্লনা থম্বা ঈচেল অমনি। অদুবু, মুংশিরুবা, মুংলনরুবা হেক হৌবদগী পুক্লিংগী নিং-থাতম্বা অসিদি কথোকপা তাই-

[illegible]বদি ফুংশিবসি মহৈ মায়োই হায়বসি ঐহাক্তী থাজবা অচেৎপা [illegible] ওইখিরম্বী।"

ফুংখিবগী লিচিংবা ওক্ত চুইগং থাংলবা ঐহাক্না ফুংশিবনা [illegible]িংলিবা মাইকৈদা কয়য়া চৎলোই। ঐহাক বীনোগী য়ুমদ চংবা [illegible]রে। চংলে, মহাক্তী য়িদিং রুম অচুদা ঐবু কমহল্লগা মহাক্তী [illegible] লোয়ুখিনি হায়চুনা অচুমক চংব্রে। মহাক্না লৈরিবা য়ুমসিগা ঐহাক্তী য়ুমচুগা চাংদম্নরুবদি তশেংনমক লৈখোমগা মনি-মুক্তাগা [illegible]বগা অমহাদনি হায়নিংই।

খেন্নবা অমদি হিংবগী য়াকম অসি লাকপদগীনি তোহ্নবা, [illegible]বা খুদিংমক্তী থম্মোইদা খুতুম ওদবা কনা লৈরমগদগে। পুন্সি [illegible]নি ওথোক্না খেন্নব্রে।

বীনোনা পুখোৎকপা চা অচু থক্ল-থক্ল ওাইহাক কমচুনা [illegible] শাবরি। য়ারী শাচুনা ওাইহাক লাংলিঠৈ মতমদা বীনোগী [illegible] চংলকপা থংহোৎদে। বীনোনা ঐবু হায়না থংহন্নুব্রা করিনো [illegible]না মখানা হেক চংলকপগা—

—"ইবুঙো! নচলসে করিগুম্বা খুদোং চাদবা লৈরবম্নু [illegible] হেক লাকমিন্নৌ, ঐখোয়গীদি মীয়োল লৈজ্রদবনিনা ওন্তোক্না [illegible]ব্রে।" হায়রম্লগা অনুক খোকাব্রে।

ঐহাক ইকাইচুনা য়া ঙাংদে, অচুবু ওক্তি হায়কেৎ নোম-খিবগুম তৌই। ওসাই চংলমদাইদ ইকাই খংদবগী মওং অচুগ চু-ক্লিক্না চংলুয়গা ইকাইবগী মওং অসিগা ওন্নোক্না থিনমকম্নু খেন্নখরে। ইকাইবনদি মীওইবগী পুক্নিংবু অশেংবা, অচুম্বা মওংদা পুরকপা [illegible]বী।

থুহূনা মথোংদ কল্লি হায়বহূনি, ওসাইমথৈ ইকাই থিমী শায়বা বীবোমা ইকাইদবা শাহূনা—

"তাখোদি মবুক য়াম্না কবনি।" হায়হূনা কাপি তৌরকই।

ঐহাক্ থেংগ্নহূনা মাংতোন্দা চৎলগে হায়রে। অদুবু মহাক্না নিংশিংলম্লী ওসাই তাংনখিবা বাকমদো, অহূনা মানা অমুক ইন্নৌ নৌনা হৌদোরক্লে।"

—"তাখো, নং য়াম্না কত্তে।"

—"করিগী ?"

—"ওসাই মীদো হায়দোক্লো হায়বা য়াদে, থংহল্লিংদবা কাংনি ঐখোয়গাসে।"

—"থম্মোইশুংদদ লাংচবনিদ, কনানা কোংদোকচবা ওক-ককগবনো। মীশক অহু হায়দোক্লগেদো।"

—"হায়দোক্লো কনানো ? য়াম্না থংনিংঙমী।"

—"নংন, থংনিংলে হায়রদি হায়দোক্লগে, তু আদ কমহূন্না লৈরিবসে।"

—"কদায় ?"

মানা হেক য়েংথৎলকপদা ঐনা মিংশেল অহূদ থুদোম্বী থিল্লহূমা, মাগী ফজরবা মশক অহূনা মিংশেল চনবা হকচাং অহুম পূমথন-থম্না তাব। মশক্তু উকরগা—

—"ঐ ওইরে" হায়হূনা তুমিন্না লুকথখি।

—"হায়মু বীনো ! নহাক য়াম্না শাওনিংলম্না ?
ঐনা থজরুরিবা আশা পূম্নমক ইচলগী
অনিংবদা য়াম্না অকাইবা থোক্লগজনে ? মহাক্না
ঐগী পূন্সিগী অহানবনি।"
"ঐগীদি লাইবক কবনি। অদুবু……… ।"

"নখোয় ইমা চংলক্নে, ঐন্দু হনথরগে।" হায়রক্লগা ঐহাক অান তাদনা মাপী মিদিং কুমদগী খোজাদ য়ৌখিরম্মী। মহাক্না ঐগী লাইবিক কাউরক্নে, লোখো হায়তুনা ঐবু কৌহৌই। ঐহাক অানা তানা ইকাইখনখিতুনা অতুম্নক তাশিন্নদকে।

ঐহাক মুন য়োঁবা থংখিয়ে।

---

## তরুকশুবা মতাং

ঈশিং ঈচাউশুম হেনগৎলক্নি।
চেম্বখিনি মতোমত, নুংশি ঈচেলসু।

মপাল নাইত্রবা মুংশিবগী রাথলনা হকচাং পুম্বা থুমহৎখিরম্মী। ঈরাক্লরম্মী ইতোমতা হায়কম থংদবা রাথলগী ঈচেল অমগী মুংশিবগী তোরৈদ। ইথৌবু কাউথোকুনা লাংতক্লবা পুক্নিংগীদমক্ত মিপাইক্লবা ঐমক্ল থওরিবা রাথল হায়কম থংদে।

চাকচা তোকপগা ঐহাক চিঠি ইনবা খৌরাং তোরে। অদুবু কয়ম তৌনা, করম্বা রাহয়না কোংদোক্কদবনো হায়বসি ঐহাক থংদে। ওসি কাওবদা কনাগুম্বী মুপা অমদা মুংশিনবগী চিঠী ইখিত্রে। অদুগা ঐনসু অসিগুম্বা মুংশি-মুংওনগী থবক য়াক্না থুনাং চাউশিন্নবা ইমাগ্নবদা তামক্লবদি হায়কমু, খোয়না হেন্নতুম ইকাইকৈ।

ইদবদি য়াদে, কমদৌনি ইবা হৌরে। চিঠি ইবগী অহানবা অমাইগী অহৌবা মক্তদা, ডিয়ার সিসটর (Dear Sister), পুনিগী চায়খোইরবী, থম্মোইগী মবেম্মা, মুংশিবী, হাক্লরিবা মরাম-

শিংসিনা হৌবদা ঐডোম্মা পেল্লদে হায়রূনা ঐনা চেনা মরি মন্তায়রোম শেম্ভোক্লে, থুংকা থরু থিবগী য়েংনিংদবগা—ঐনা অরোইংবদা য়ায়া থল্লবা তুংদ অম্বুয়া ইবা হৌখিরম্বী—

পুন্সিগী লোয়নবী !

থক্লে অতুগা ইরক্লবসিনি।

পুন্সিসিদ অহানবসু নংনি। য়েজ্ঞোই নিংশিংলমগনি নংগী থম্মোইদা, হৌরবা মতমগী থোদোকশিং হায়কম থংজবা ঐগী য়াথলগী ঈচেল, তিনথিনি নংগী তুংশি ঈপাক্ত। সমাজ, চৎনবী, লৈঙ-লাইরগী য়াথল, লুপথিগনি নং-ঐগী তুংশি মিৎয়েংদা ?

মৈতায় য়াখৈরগা লোইরবা মীওইবগী পুন্সিদা ; হায়বু বীনো ! তুংশিবগী তোর্বান্দ লেপ্লুনা কল্লক-য়েংথি য়াওজবা মরক্ত ঐখোয় অনিজা চংথিরোইদ্রা ?

ফোংঙমদবা থম্মোইতুংগী য়াহয় কয়া নংগী তুংশি মিৎয়েংগী ইঙ্গিত্তা, শাখিবনি লগোয়গী শাথেক ইপোম লাংমা ; অদুবু থজরুবা আশা, নুংগা য়েরুমগা কাওনবা অতুনা তোক্লগজনে ?

ঈরাক্লরবা মীনা ইকা অম কাওবা য়ায়রুনা হিংথিগনি হায়বগী আশাদ ঙাইহাক তাওবগুম. নংতগী মাইথোং য়েংজয়গা তুংশিববু মঙলানগুম থনবদি পামজদে।

তুংশিবা হায়বসি মীওইবগী দোষ নত্তে, কর্ম্ম তৌবনি। কোংদোক্লীংবা, থম্মোইতুংদ লৈজবা থুদিংমক শাগী-জিংথং মরক্ত লমথুংকম থিরিবা ঐহাক, করয়া উরমজদ হনথোগে-চংশিল্লরুবনি।

য়ারোমু ! শাওমুকো !!

হায়জরকবা খুদিংমক অয়েকপা মুত্তিদ ভাংডুবদি তাহনবিগনু। ঐগী তুংশিজরকবা পূরমক আশাগী মৈরিদা মৈরানবীদি ওইহনবিনু।

নংত্তবু তুংশিজরিবা—

“হেয়ামনি”—।

পাত্তদা হাপ্পা ঈশিংতবা হৈদেক্লগা ময়েং তাবনি অদুবু থম্মোইদুংদ লৈরিবা তুংশিবদি হায়দোক্লুরগা, কোংদেক্লুরগা হেন্ন-হেন্নদুম হেনগৎলকই।

পুন্সিগী লানকম ময়াইদ চংলবা ঐনা তুংশিবগী ইথুংত্ত থাত্তবু করম্না ইকাইবগী য়েক্লবদা শিন্নরুগনি। ওইথোক্তবা রাকমনি। অনৌবা তুংশিবা য়াথলগী কিজেত্তা, মন্নবা, ইকাইবগী কিজোল হোংলবা ইকাইথংদবা মীশক অমা ওইরক্লে। ঐহাক্ত থংখিবা অমা লৈ মতুদি—মাগী-মাগী অত্তাই তারক্লবদি মীসে চেনবা য়াদে।

হমাং অনপ্পা কারবা খুৎশিনা পায়শনবদগী চেথাও নাকল মরিমক্ত মকোল খোক্লবা চিঠী অসিতদি য়োহনখিগে হায়বসি ঐহাক খল্লে। মাচোম্দা হেক্ত: নত্তে— ইকাইয়ে, মশাক অমুক ঊনবা ওয়্রয়োই। অতুদি তোক্লগত্রা, তোক্লোই। অতুদি করাদ য়োহনখিসিসে। ঊচিন-নাচিন্না চিঠিদি ইবেনিদা পিদুনা য়োহনখ্রে।

অদুবু, ইবেনিনা মানা 'শুন্না হায়রকই হায়—“মশা ঊমদুনা বা ভাংনত্রবদি চিঠী হন্নকপা ওয়্রোই হায়, অদুগা ঐবু কৈদোনো ইকাইরিবনো?”

করম তোগদৌরিবনো থনকম থংদে, পুক্লিং থর পোথাবা কংগত্রা হায়দুনা তোক্লবনি, অদুবু পোথাবদি হায়কনু খোয়না

হেয়্রা মিপাইরে। লাংজক্রবা থম্মোইসে ফুংশি মপাউ তাকয়বদি কয়াগী মতিক হয়াওজগদবা! অহুবু—থম্নুবদা থয়া থক পকপা লাইজওম থম্মোই অসে তনিকই।

থংহৌদে মতম, মিকুপ, পুংজা, কয়া হেক্ত হৌখিবা। ঐহাক বীনোবু উবদা হমাং অনপ্পা কাংখি, ইতোম্মতা ইকাইজখি ইংথমথাদ হমাং অনপ্পা কাংবা অসি থম্নুবদা ইতোমতা নোক্লিংই। ফুংশিবগী মমাংদ ইতোম্মতা চুয়া কাওবা চৎচবা ওমদে। ফুংশিনবা হৌগংলকপগী অনৌবা লিচৎলা?—ওইরম্বা তাই।

পুং তারক্লা ক্লাস য়াওবা ছাত্র পুম্নমক চংমল্লে। ঐতদি পূকচেল মাংবনয়া নক্রগা যীমে। উনগনি হায়বগী ইকাইবা মক্তনা ক্লাস চংবা হন্দোইরে। অহুবু নোংমগী পায়া চিথবা পাম্নুবদগী চংদবা য়াদক্লা চংলে। ওঝানা তাকপদা থোয়দোক্লা পূক্লিং চংলু-দে। ওঝানা পায়া তাক্লিঙ্গেদ ঐথোয় অনি ওক্লি নাবমথৈ য়েংনবা হায়বক্তু য়োরবনি। মাস্তু ঐঙোন্দ নোকমি নোকমি তৌরকই ঐনস্তু—ইকাইনৈ, নোক্লৈ ঝারোন্দি ইথং থংনদে। ঐহাক হোরেল ক্লাস লোইবগী ছুটি থায়গা হংলগে হায়ক্লা থম্লে।

থল্লি, মানা শোরদনা তাকথোক্লমগনি। ময়মদি মাগী মমা-মবীশিং অপ্তনা ঐঙোন্দা য়েংলগা হেক-হেক নোক্লকই। হৌনশায়া? —ফুংশিববু শয়া শনবা পামজবা, ফুংশিনবগী লিচৎলা?—কমদৌনি ইকাইথিগনবা মাইসে কয়িফুংগী পাল্লিবনো থম্লক্লে।

থংহৌদে মতম, ছুটি থানরক্লে। য়ারে কয়ে, য়াল্লে কয়ে—লাইবক্লা ওথা অমা লাক্লগনি হায়ক্লা মাগী মনাক তায়া চংশি-ল্লে। ঐনা য়াম্ভ মথৈ-মকোক থক্তুনা হেক্ত হংলে।

—'বীনো !'—খুমদে, থল্লি মহাক শাওগ্রমাগ্নে হায়রদুনা অহুবু ঐঙোন্দা ইকাইবা ওইরম্রে।

—"অহুক পাংদবা।"

—"অহু কমদোসে হায়রিবনো ?"

—"ঐদি ভাবপু ইত্তা তাজত্রিনে।"

—"হায়, ঐনা লানবা হায়বতুনি, মীগী পুকচেল থংদনা হুংশিবীরমগত্রা হায়জরুবনি, থম্মোই পান্দে হায়বা থংজরেদনা। শক কজে পোংলমগনি হায়বসু থংজৈয়ে— অতুবু………।"

—"পোংজবগী রাকম নৎচদেয়ে।"

—"নত্রবদি করম্বা অনৌবা আশা অমুক ?"

—"মত্তিক চারোইত্রনে খঙ্ংনা তৌজবনি। পুক্নিংবু চপ মুংনা লেপ্পিরব্র ? নত্রগা চিন্নাম্বোংগী ঙাইহাকী হুঙাইনবা, রারী হুঙাইনবা হায়দুনা তৌবিরিব্রা ? অহুত খংজগে হায়তুনা তৌজবনি"

—"মত্তিক চাত্রিবদি ঐভনি, হয়েং থাজ মাবু পামজবা নোংইন চেক্লা তাদুনা তৌকপসু কনানা থংনি।"

"মশা পানবা চেক্লাবু করম্না পাইরোই হায়সিগে।"

"থাংলগা লোইরেদনা, হুংশি যোহ্নিং—চেক্লা চাদি হায়রুদু হুংশিবনা পুনবা ঙমদবা করম্বা থম্মোই লৈরিগদগে, থংজনিংদ্রেদ। হায়রো বীনো, নহাক ঐগীদমক্ত করিমত্ত থম্বিরম্রোইত্রা ? পুক্নিগী অন্না-হুঙাই থুদিংদ ঐদি নংবু খোঙলোয় ওইমিন্নগে খজরুবা মাললংদা তেন কাপ্পগুম, লৈরাং অত্তিঙাদ তাদুনা তোক্লগত্রা ?"

"মুংশিবীরয়োইত্রা হায়না হাজরুবনি। অদুবু তাখোশী ভাংদাংবা পুকচেল অধা খংজরবদি করিগী অমুক হাজরুখিগদগো"

—"বীনো, নং যহৌশাগুম ঐগী মীং অদু অছম্বক পম্মুনা হায়দু। তামো হায়রকদু।"

"কোহম্নিংজবন্থু কৈদ—আ—মীং পনবা ব্যভার খোঙ্কে হায়ত্থনা তৌজবনি। ভশ্মোই ! ভশ্মোই !! ঐ মীং পম্মুন কৌজবা ভবজরোই।"

"হোয়। ব্যভার খোঙ্কে হায়রগদি খংত্রে। খংত্রেনে—নংনা কগদবত্থু হেক্ক কৌরক্লো। অমবু ওইরবন্থু অমবূ ওইরবন্থু কৌবু কোররক্লিবসে ইরাইবক করিবনি। করেনে, ছজিক কমদোবা তারিবগে? নহালগী ইবেনিদ পিখিবা অতুগী পাউনা কমদোবা তারিবগে?"

"ইববু খোয়না কৈজদেদ, অতুদ পুক্লৌ-পাউরৌ চাউ-গনবা ওইবসিদ অমুক রারৌবিখিগত্রা হায়ত্থনা অমথক্তি হজগে হায়ত্থনা পুজরক্লি। অতুগনে, চিঠী ভাক্তনা রাহয়-রাতা থর কজবা ভাক্তনা মুংশিববু নমথাক তৌবসিন্থু কায়দে হায়ত্থনা থজক্রবদগী অয়াম্বা পামদত্থনা উন্নরগা ভাংনগে হায়ত্থনা লৈজরম্লীবনি। অদুবু অহানবগী ওইনদি মুঙাইররোই থন্দুনা ইজরক্লবনি।"

—"করেনে, অথাম্নদন্থু কৈবা নত্তবনিনা, মতুং মনাওদি শক উম্নরগা হেক-হেক ভাংনবা হায়বত্থনি। করে, ঐন্থু লৈহৌ-রগে। নখোয়গী মী উনরগা কজদে।"

—"ঐদি লেমজগে হায়ত্থনা পুজরক্লিবনি, কদাইদগী মুম য়োবা কাওবা থিমবিয়ম্মু।"

"কমদৌনি তুংশি ওক তুইগং ্থাংবদিনা, চিংহ্না পূবা হায়-সিদি মশান তাবনি।"

অমুম তৌনা ঐহাক ঐখোয় অনি রারী শাহ্না মমুম ময়া কাওবা চৎমিন্নরুরে। ঐনা নহাল পিথিবা চিঠিগী মরোল অমহ্ হন্নরুম্মী। চিঠীগী মতুংদ করি করি য়াওবা হেক পিরকপগা পানিংবনা খ্রো-খ্রো খোৎলম্মী। করি হায়রমগদবা লাংতক্করম্মী।

ঐনা হেন্নহুম পাম্লীবনি, চিঠী পিনবদগী রারী-শাবনা হেন্ন, মহুমক মহাক্না পাম্লবা অহুদ ঐনা হেন্নহুম তুতাইরে। অহুবু থবক মদল ওইরবনিনা ইবেনিগী সিন্নিমা টিকেট অমদি তোনশিন্নেদনা।

---

## তরেৎশুবা মতাং

প্রেমচান্দ ঐগী মরুপনি।

পিশক-পিক্লিবৈদগী লুনা-চায়া তিন্নরকই।

হৌখিবা পুন্দি নিংশিংলুবদা খোয়দোক্না তুতাইগনি। মহাক্না মীরৈবাক্ত ডাক্তর তম্বা চৎখিবৈদগী ঐখোয় অনি মরুপ-মপাং তিন্নবগী অনৌবা রারী কয়া চিঠীগী লামাই মচেৎ মরগী শরুক্তুদা থংনবা অহুনা য়াম্না তোং-তিন্নবগী রাকম মথৈদি রাংলি। অহুবু মরুপ অনি তুংশিনবগী রাকম অসিদি থক হন্ত্রি।

হায়রৈ, ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংদ পোকপা মীনা ডাক্তর তম্বসি মীতুংশি চাউগদে। অহুবু মহাক্কী পিশক-পিক্লিবৈদগী

মবুক-মপাউ য়ান্না কবা, মীনুংশি থংগনবা মীশক অমনি। অদুনা মহাকমক মণিপুরদা থোরক্লগা লৈবাকী সেবা তৌবা ঙম্বা ডাক্তর অমা শোয়দনা ওইরকনি হায়বসি ঐগী থাজবনি।

মহাক্না চহিগী অরোইবা পরিক্ষা পিরক্লগা থোরকপা হৌথিবা চহিদনি। মাগা-ঐগা নোংম মোইরাংদ কোইকশি হায়দুনা শেক্রা টুরিষ্ট হাউসতা ইবানি মক চৎলুবগী রায়ী, মোইরাং হয়াওরিদৈদেনি। লোক্তাকী কজবা য়েংলুবগী রায়ী, ঐখোয় অনি পুম্না হি অমতদা তোংদুনা হৈকক চারুবগী নুঙাইবা মতৌ ওসি কাওবদা নিংশিংলি। পুক্লিং চুনবগী মশক্লি। লোক্তাকী ঈশিংদা নুংশিৎনা হুবদা ঈপোম কায়িদৈদা নুমিদাংবাইরমগী ঙাওনবা নুমিৎকী মশেক্লা রৈবদা মিংশেল কাংলোল হাইবগুম নিংথিজে। নুংশিৎকী কল্লবা শাফুদ ফুমদিশিংনা তাউবা উক্লরগা, য়েংবগী পেনবা নাইদবা থম্মোইসে নুংওল্লি। লোক্তাকতা পুন্সি হিংলিবা কয়ানা, লৈয়্রে ঙা থৌবগী হিবান্দ নৌন ফুমদ থোকপা কতক-কতক্ কতক্-কতক্ লাওবা তাম্বা নাইবা থোজেল অরাপ্পদগী নুংশিৎনা পুরকপা মিরবা-নুংশিবা থোজেল তাক্লবদা থংহৌদনা পুন্সিগী অরাবা কোন্নাই কাউথোকহল্লি। নোংমদোল থকী শংবানরবা লৈচিলদা, কুমগী নোংনা মনিং-মথা তমদুনা ওল্লিংবা মওন-ওন্দুনা নাপোম নাইরবা চৌংগী মঙং শাদুনা অতিয়া থক্ল লৈবগী মতৌগুম, লোক্তাকী ফজবা অতুগী মথক্ত থাঙ্গ, ঈথিং, কারাং-চৌংদুনা শংবানবা ঈশিং মত্তুংদা মমি তাবদুনা উরগা তশেংনমক স্বর্গ অসে কুমথতুনা মালেম লৈবাক্ত তিল্লবোই নিংই। মফম অদুদ লেপ্লগ য়েংবদা স্বর্গগী নুঙাইবা অদুম্মক ফংল-ব্রা হায়দুনা ইশাদ থাজরুই। পেল্লমগদবনি, করিগুম্বা বীনোনা ঐগী

মাক্ত লেপ্তুনা, লাংভক্লবা থম্মোইগী, থাংভমরবা মুংশি-রার কোম্বাই লিনরবদি।

অশংবা হৈকক মনানা ঈশিংগী কজবা অহু পুমকুপ কুপ-শিল্ল, অত্তবু চরাংনা য়েংশল্লবু থরোনা কজবগুম হৈকক পাম্বীশিং-দুদা লোক্তাক্কী কজবগী রাশিত্তম হাপল্লে। কজবা খুংশেম্বু য়েংবদা মুনবা মহোশানি। ঈশিং কংথখিবগী দৃশ্য অত্তস্ম মকহৈ-চৌরী চৌংয়া নাকন্দা শমপক্কী পরেং-পরেং, কংলবা শিংনাংশিং, হৈজাম-লেং পাম্বী, রাকাচংগী উলেন্দা তুবথরবা হানৌ-পুম্মাইশিং অনৌবা কুমগী নোংবু ভাহনা লৈবদো উক্রবদা, আশাগী মপান্ন ভাংহনা হিংলবা মীওইবগী পাংখক্কী শক্লুবদা থম্মোইদা অনৌবা অভুগী মুত্তাইবা কাওরম্মী।

ঈকং থাদি ওইবনা য়েংবদা পুক্লিং তুক্লবস্থ ঈপান্ন থাগী আশাদ হিংলিবা লোক্তাকপু উবদা অরিবা মীতৈ সাহিত্যবু নিংশিং-দবা ওয়োই। মুংশি-মুংওনগী শৈশক্ত অশৈবনা শৈনকাখিগদবা, থাইনগী ইনাংপু নিংশিংনবা উরোং খিল্লিবা লোক্তক্লি।

লোক্তাক মশা মাপল পানবদা থম্বা থোইবীগী রারী, খোয়োন হাওবা লোংখিবগী রারী, মুংশি-মুংওনগী মহাউনা থল্লবা কয়া মতমগী ঈরোলমুংদ লুপথ্রবস্থ নিংশিংনিঙাইনি। কাউতমক্রবা তিনবগী মুত্তাইবা থোদোক কয়া শাসিনা মরুপ অনিগী মুংশিনবগী মরা চেংশিল্লি। মহাকা ঐহাকা শিনক পিত্রি হৈতগী পুম্না নমমিন্নবা ফোটো অত্তস্ম পেমচান্দখোয়গী নাল্লবা মাজোলগী থোঙজাউ মথক্ত নোক্তুনা লৈহৌবা ঐহাক তুখিরম্মী।

আশা চাউবা মী অমা ওইদুনসু মীরৈবাক্ত থাদুনা ইমানা ঐবু লাইরিক তমহনবগী থয়চ হনবা ওইখোক্তবনি। অদুগীসু মথক্ত ইমানা ঐবু মীকুপ অমত্তকাও থাদোকপা ঙম্রোই। ইমুং অদুদ ঐখোয় অসিদ লৈমিন্নবদা করম্না ইমাবু ঐনা হদোক্ত্না চৎকনি। অদুবু ইমান্নবা কয়ামা ট্রেনিংগী ছুটি খোক্লকপা উরুবদা লাইরবগী মুঙাইতবা অমা ঐঙোন্দ হেক-হেক কাওই। কংদবা পোক্তা মীকৌবদি মীওইবা ঐখোয়গী হৌনশানি। অদুবু পেন্থোকপা থর্ম্মোইগী চাংয়েংদা অতম্মক পেন্থোকক্ত্না লৈরি।

চাক্লক অমক্তমা ক্ষমতনা চামীম্নরকপা মরুপ্পী ঐগী ইমানা মচামক্লি থম্না লুনা চান্ন তৌরে। করিগুম্বা মমুমদগী থৎনতুনা লাক্লবসু অয়াম্বা মতমদা ঐখোয়দ লেক-চাদুনা লৈ। অদুবু, মহাক ডাক্তর তমখিঙৈদগী মতম শংদতুনা ঐখোয়গী য়ুমদা ইরাক লাকখি-জ্রে, ইচঙ-চংলকখিজ্রে ;

মহাক্না হয়েং ইম্ফাল থাদোকনি হায়রক্তদ চাক কৌদুনা চামিন্নখিবা অদুদগী ৎসি ক্ষাওবা মশক উনখিজ্রে, ছুটিগাসু থোক-খিজ্রে। অতুবু মহাক হন্দকী ছুটিদদি শোয়দনা থোক্লকনি।

ঐনা মাবু সুম্না কয়েম্নখি।

"ডাক্তর প্রেমচান্দ! নহাক্তী ডাক্তরনিনা হয়েং করিগুম্বা কৌজরুবা মতমদগা অম্রামল মতিক চারোই থন্দুনা শংদে, ঙমদে হায়কদবা শাক্তা মামজ্রেদা।"

প্রেমচন্দ—"ঙেরা নংসু পংহায় মহায়রেদ—লৈবাকী সেবা তৌগে হায়দুনা চৎচরিবনি। ওইজিইউন নংনা হেক থংবিরে। ইমা অমদি মরুপকী খৌঙালনগী অমুক্ত ওইজরকখিগে।"

অসুম্না ইবানি ঙাইহাক য়ারী য়াত্তাই শাহুনা কাপ্পি-জোপাক্ত থোনবা অহু লোইশিল্লে। চংলমদাইগী মতমদা ঐগী ইমাবু পুরক্লগা চংখিরম্মী। মাগী কঙবা ব্যতার উবদা ইমানা কপখি অদুবু মাগী মঙ্গল ওইসনু হায়দুনা আশির্বাদ তৌবিখি। অদুগীসু মথক্ত মহাক লেপ্পমক মঙ্গল ওইরক্লনি হায়বসি ঐগী থাজবনি।

ছৌখিবা থৌদোক কয়া অসি নিংশিংলুবদা করম তৌনা মরুপ অমনা মনথাক তৌগদগে, কন লুবা য়াকমনি। মরুপ তিম্নবগী চুংশিবা ঙাক্লবগীদমক্ত ঐহাক ইশাগী ওইজবা থাদোকপা তাই। ঐহাক মসিমক ঙমগনি।

অদুবু বীনোনা ঐবু করিনি থমখিনি। তশেংনমক মীচুংশি থংম্নবা শাগী লিচৎনি হায়খিনে।

---

## নিপালগুবা মতাং

“ঙসাই লাক্রগদ্র কনানো ?”

“নহাক য়াবু মশক খংজ্রা ?”

“খংদে. অমুক্তসু উক্লিবা মশক্তুবা কদাইদগী ঐনা খংগনি। অদুবু মাদি ঐবু খংবগুম্না য়াম্না লোল্লিন্নবা তৌই।”

“নোংমা ঐখোয়না, নংন পিশক-পিক্লিবৈদা ঐগা লম্লাইদ লৌশাল থোবা চৎপদা অহিং লেকউবা চাক চান্দবা ইমুংছুগী মীনিনে। লম্লাইদ লৈজে হায়বদনি শেল-থুমদি মনিং তৌনা শিজিন্নবা মীতানি। থবক নোঙবু কানশ্রেনে, ঙাইহাক্ত ছুমিম্না লৈতে।”

"মহাক ঐখোয়দ ইঙং-তজনা লাকপা উই, ইমাগা করি থবক ইনথাং হোৎনমিন্নরিবগে ?"

"নংবু ওহোক্ষ য়াম্না লুনা তৌরে নংনদি নোংমতকাও কৌদে হায়দুনা মানা য়াম্না য়ারৌই। নংবু মী-পোং লাক্লগা থন্ন কৌ-খোক্তনা তৌ। ওয়েং লন্নাইদ নোং-কাদোক চৎপা কাম্দ মখোয়দ নত্তনা কনাদন্থ চংকম নৈলেভনে।

"লন্নাই কাংবুসিদি ইম্ফাল মজ তৌজনিংঙ্গবী, করি! কৌরগা কৈদৌএগে। থংনন্নিববু থংমদে হায়বা য়াগজ্রা ?"

"তুমিন নৈয়ু! তুমিন নৈয়ু! নংসিম হায়ন ভানব' করিমস্ত্রা য়াদে। লন্নাই মচা হায়বা নৈভবনি, মী মঁনা পুবনি। লন্নাইদা নৈ হায়জবদনি. ইচু তাবা হৌন-থংবদি মখোয়নচুম হেক্কি। ইম্ফালদা নৈবনেছ ভাই। ঐখোয় মমাংগী অমুরৈখোয়গী ইমুং অসিবু য়ুম্নৌং-থুলিংবা হায়গজ্রা ? ঐখোয়দি ইমৌ থিবাগাসে লন্নাইনচুম হেন্না পামজে। কৈদৌরুগবনো ছাত্রী থবক-তুনিংদবী, মমা-মপাদ আইন তাকপি লৌরুদগী শরুকপুদি ইমুং-মচুংগী থবক শিং নাননা পুবা ওব, অশং-অশংবদা কোল শাদুনা, য়োক্তথমদুনা চাচেৎ-থুমচেৎ পুবা ভবী, হৌনথংবীচুনচুম হেন্ন কৈ। নংগী মথা থংনা তামো গোকুলগী ৎগী লাইরিক্ক হৈবী অমা লৌরুবনা মমা-মপাশু হন্ন-য়েংদে, মনাও চুপা অসিবুশু কৈত্ত য়েংবিদে, অহল অশোনবা অনিসিনা কগুনা হৈ রিনগে। নোং অমা ভানবদগী চুমিৎ অমা তাবা ফাওবা চ'ক চথোম অমা থোংলগা খুজিন য়েংদুনা নৈবিশি পামভদে! পামজদে!! নৈকাই য়াম্না হানবা ভমদনা জোরবনি, মচা-মদৌনা মতৌ ভন্নকুনি কায়দুনা তাম্নোক্লীংলবনি, নৈহন্নিংজ্রবনে, নৈহন্নিংজ্রবা।"

"অদুগী য়াদি লাইরিক হৈবা! থবক য়াম্না ওবী, হৌ থংবী য়াম্না লৈদ।"

"অদুদি কাদাজিংবনে, লাইরিক তম্লিবৈদ য়াথি ঙাংদুন মপামদ লৈরিবৈদ থবক ওবদি অমত্তা হৈহৌরে। মহৈশু হৈত থবক-ওবম্ হৈত—মখোয়নবুদি মমাই য়েকশিন্দুনা অপংবা দুপ কাবা হায়বসিনিদনা; অদুনা মযুম পান্নুরগা জুৎ চানদুনা হক্তক্নু লৈনরিবা ময়ামসিনিদনা—ঐখোয় ইবুংঙোশীদি লাইরিক হৈতবু লৌনি।"

লৈকাইগী য়াম্নী শারশ্বদগী ঐঙোন্দা তাশিন্নকপদা ঐহাক খাই লাওই। তুমিন্না লৈজরে, মরৈ য়েংচদরে। য়া অমত্ত ঙাংজরে।

অহল ওইশিন্নরুবনিনা মৈ তিক্তুনা য়ারেম ঙাংবা হায়ব অসি পান্নমারে। ইমানদি য়া যথা শমথরক্লি।

"ভসাই ঐখোয়সিদ লাক্লম্লীবা অদুগী মচাদুগী অমা লৈ ঐদি ওহোক্ত পামজরে। অত্ত শীনি হায়দুনা ঐখোয় ইবুঙে য়েংবা লাক্লম্লীবনি। ঐনা নংগী পরিক্ষাসিদ লোইরগা হায়নরি হায়দুনা থাগ্রবনি। মখোয়না ইঙ্খাল নক তৌনিংবসিম্নু করি হায়রুনি।"

"কায়দেদ মচুগী য়াহু মীতৈ মচাগী পুক্সিসে বি: এ: পাস তৌরগা এম: এ: পাস তৌরগা সরকারগী থবক অমা হেক্ত পাইরগা পুক্তিসি হেক্ত লোইশিনহল্লি। য়ামত্রবদা পোক্লকপগী মহৈ থরদি য়ালহনবা কৈ।"

"অদুবুদি চুম্মীনে। অত্তবু থম্মো নং অমুক্ত ঐনা নংবু কদাইদগী শেল লৌদুনা মীরৈবাক্ত থাদুনা লাইরিক তমহনব

শুমগনি। অদুবু ঐনা হায়রিবা দুপীমচা অসিগী মমা-মপাগী মংগী নহৈ-নশিং তৎগী চংগদবা শেল-থুমদি কৈত্ত লৈতনা পুথিনি। অদুনা হিংনবগী লম্বী লাক্লবসিদ মী অমগা মী অমগা নত্তেং পাংনদবা য়াদবনিনে।"

"দুপী মরলনগা দুচাইবা পাম্বা হায়বদুদি শুমনা চানিংবা পাম্বা কাংবুগীনি, ঐদি মদু শুকপাম পামজদে। অদুগুম্বা রাশি-রায়েম অদু খিৎ হৌদোক্লরু, কাম্নদবদা।"

"য়াদবু অসি নৈ হায়বনি, লৈথাইবুদি তাম্নখিবা নত্তেন। ঐনা অগাং মম্বা হংখিনি হায়দুনা লৈহৌবনি। লাইরিক হৈবা, গুলব চাম্বা পামজবা অসিদি লম্নাইগী মীনম্ন খিৎ হেল্লিদ।"

"গুলব চাননবা লাইরিক তম্বা নত্তেনে ইমা, জান, লৌশিং চাউখংনবনি। হিংবগী য়াদি করিস্ন থোইনা য়ানিডাই লৈতে। পোক্লক্লবদি শিক্ষকাও হিংবা তাবনি। লাইনা শাবা থায়াংগু য়াংপা হৌমত্রা, হাজিকী অমুক য়াম্না লুরবা সমাজ অসিদ থাংউথক্তা য়ুম পানশিন্দুনা পুলিসে অরেমদা লোইশিল্লগত্রা? কাম্নদে ইমা য়ুম পানবগী য়াসি হৌদোরকনু—হয়েং মত্তম্না মম্নাইনা পুজরকনি।"

অস্নুম ত্তোনা ইমাগী য়ুম-পাম্নু হায়রবা য়াকম অসিদগী উচিন নাচিম্না লৈথোকচহৌরে। শুম্না ত্তোনাম্নবা হংয়াং অসি বীনো তারবদি কঁরি কুডাইফম লৈগনি। মথোয়দগী হেনবা অমা লৈরি হায়বসে থংজিনে।

## মাপলগুবা মতাং—

উরবদা হেক-হেক খোই

"নহাক নোংমগীদো কাউথিনিকো "

চুংশি পাউ পুবিমমগী অরামম কৈদৌদৈদস্ত লৎনবা তৌরোই, মতিক চাবা মমল থরদি শোয়দনা ঐস্তু অরামম কৎকনি। চুংশি মপাউ পুবিমমগী অরামম কত্তবদি হৌন থংদবা শিংহ চরি অতুদগু নত্তনা অচৌবা কর্ম্ম তৌবদা দক্ষিনা হাপ্পবগী কল অতুপা চপ মাগৈ, হায়নৈ।

"হঃনৈ, অসি নত্ত্রনে ?"

অথংবনা মান্নি-মান্নি বা-বা হেক্ক নোকই। অসিগুম্বা মীনোকসে কয়া কুইনা থাংখিগদবনো থংজে।

মানা নিংশিংলকপসি ত্তান চায়ে হায়ত্নুনা ঐস্তু বাকম অহু হৌদোক্লে

"সিনিমা য়েংলুসি হায়বা, কিলম্ চুডাইবা তৌরিব্রনে?"

'কিলম চুডাইবা চাক্তনবু, সিনিমা য়েংবগী চুডাইব্রনে? ইপাং নৈজদবনিনা ঊপাং কংগুবা চুমিত্তা হেক্ক য়েংজগে থজৈ। অদবু ঐথোয়গদি থক য়েংমিয়সি ডায়োই। থংজেনে লাইবক কনৌ অতোপ্পা অমবু নৈরববা ? ইচিংদ চিংনজৈদ, চুপা ওইবগী পুকচেলসে খাক্তনিডাই নৈতে।"

"এঃ এঃ য়াহু য়ৌশিনখ্রেনে, কল্লিমত্তা তাথোক তাশিন হৌনবা য়াজ্রব্রা ? কন্নিনো য়া অমত্তা হায়নবা য়াজ্রিশিবু হেক্ক মাগুবা।"

"থংজয়ে, থংজয়ে, মুংশিবীগা রাংপদগী থোক্লিবা ডাক্তর মসমদু ঐনা হায়জবা থুদিংমক য়াবিরোইদ্রা ?"

"অদুগীদি বীনো, ঐগী থম্মোই অসে হেক লেপ্লাইরক্লবা য়েংহনবা তাববদি, নহাক ঐনা কদায় কাওবা মুংশিবগে হায়দুনা থংগদবনি।"

"অদু ঐখোয় অনিনা য়েংলিচৈসিদা ইবেনিগী টিকেট অদু মগা ককথোকপিহৌরবদি ফগদবা।"

"তল্লি! তল্লি! য়া-য়া লাওবা পামজদে কৈগু, ঐখোয়'নি য়েংলুসি।"

মাংদ মুংশিজবী মুপী অমা পুরগা চুংদ ঐনা ইনথনি ইশিং অমা কাই। মুংশিবা মুপা ইমাং থাদুনা লেমদুনা পুবা হায়বনি তশেংনমক ইকাইনিঙাই ওইদে, মুংশিবগী থুদমনি।

মতমদি ঙাইহাক ওল্লি, অদুবু হোল মমাংদ অকংবা লোয়োক মীনা চাবা অসি য়েংবা মুঙাইতে, পামদু-পামজদে হায়দুনা হোল মমুংদ অদুম চংশিল্লে। সিনিমা হৌগদবসু ঙাইহাক য়াংলি, অদুবু ঐখোয় অনি ওইগা-য়েংকা কম্মীমরে। মুপী অমা নাকলগা কয়া হায়বগী কোং-কোং শাবগুম্না মুঙাইবদি কাওই অদুবু ঐগী মাইদে মতাম তৌথ্রে, চিনি অঙাংবমুক ঙাংলম্লগনি।

সিনিমা হৌথ্রে, ফিলম হেক তাবগা ঐখোয় অনি সিনিমা য়েংজ্রে। সিনিমাগী য়ায়ীন অমা, ঐখোয়'নিগীনা অমা, য়ায়ী অমমম তকথনরে। হায়া শাথবা য়ায়ীসু, অনৌবা শাবা য়ায়ীসু। ফিলেকাইগী ইমায়বা কয়াগী মুংশিনবগী য়ায়ী, বীনোগী মথায়বী কয়াগী মুংশিনবগী য়ায়ী কয়া লিথোক্লে। মসিগুম্বসিদগী কনাগা কনাগা মরি

লৈনরিবা, মুংশিনরিবা হায়বা লোইনা থংনরিবা অসিনি। ইমুং-মচুংগী, লৈকাইগী, ঐখোয়গী য়ারীহুদগী হেন্দোক্লকুনা—।

—"বীনো নং করিমত্তা ইকাইজ্রা ? ঐদি য়াম্না ইকাইজে।"

"করি হংঙুনি ! ইকাইবগী য়াসিদি— অা—য়োয়বজাংনি। ঙসিগী অসুম্না ইকাইবা অমুক্তসু থেংনজদ্রে।"

"ঐদি হায়বিনা—ঙসি য়েংত্রবসু হয়েং লাকদোরিবা নোং-মাইজিং ঙুমিত্তা য়েংসি, অতুদ নংনা য়াজদবনিন'। করে, হজিক্কী হন্দোকপা য়াত্রবনিনা কমদৌনি, য়েংশ্রবদি য়েংলেদনা। সেঃ ঙসাইগী লেপসে লৌশিন্নোসে।"

ঙসাই ঐনা সিনিমা য়েংলমদাইদ ঐদি টিকেট কল্লবা লেপ য়াওদে হায়দুনা কাগী তৌরুবদা পুখোরকপা মাগী লেপ অদু ঐনা শিংজিনবিবদা মহাক লৌ হায়বা য়াখিদরে। ফগি-কাগিদগী কুপীগী মরল শোকচিনবা হৌরে। করম তৌনা শিংসিগে খল্লি, খনকম খোকয়ে, অমম্বা অমা ওইরে। খন্দোক্লে করি তৌরুগবনোদ হয়েং মুমদা লাক্লকাদ্দ সনা ওইনা খোনবীবা অচু ঙাইরে। সিনিম য়েংলিবা খুদিংমক্লা অয়েকপা লাইগুম্না তুমিম্না লৈমু হায়বগি য়াদবমিনা মহৌশানা থম্ন লেংবা, থেংনবা হায়বসিদি মশানা ঙাবনি

খংহৌদে, বীনোগী মথুং মচাশিংবু ঐনা ঙম্না পাইশিন্দুনা থনম্বী, করম্না য়োগ্রিবনো খংহৌদে। বীনোগী কা হেম্না, মক কক্লা তেকখংলবী থরকশিং অচু ঐগী পাম্বোমশিংগা থেংনবগ ইতং-ঙম্বনা ঈপোম লাংলি। অমুক্ত থেংনদবগী হৌনবা থেংমখিব মকম অচু শক্তিং হৌবগী মতৌঙম জৌং-জৌং লাওহুনা ঙংহুন লৈবগুম তৌই।

ঐহাক মাগা য়াম্না নকশিয়রে, কা হেম্না নকশিয়রে। ৗনোগী মমাইদা, মশমদা, করম-করম্বা ফুংশিবা মনম চেনবগে ৗয়বহু ঐহাক থংলে। চংনবীগী হোংলকপগী মতুংইম্না শাইনোন ৗয়দরে। বীনোন ঙসাই হায়খিবদো থংল্লিং-নিংশিংলকই।

"ফিলম ফুঙাইবা ঙাক্তনবু, সিনিমা য়েংবগী ফুঙাইব্রা?"

নাপ নাপ থেংনরে, বীনোগী ফুংশি রাখলদা লেকথরবা ঐহাক্না বীনোগী লেংবান্দা তপ্না ঙাথরুই। মী তাখিনি. থংখিনি, উখিনি হায়দুনা য়াম্না তপ্না চিরোল্লুই—

—"য়েংঙোই বীনো! নংনা পৈশাসি লৌশিল্লু হায়বা য়াক্রবনিনা ইবানি সিনিমা য়েংবা লোইরগা ইবানিগী অপুনবা কোটো অমা লৌরুসি হায়বরু ... ... ...।"

"য়াইনে, করি তৌএগে, ঐনা হেম্না পামজরিবনি, হয়েং ফুং কুইনফাও লৈহৌনবা, অদু ওইরবদি ঐগীনি হায়দুনা লৈজরিবা অসিনা মীগী ওইখিবা য়াক্রেদনা—।"

ঐনা বীনোদ হংলিবা ঙাংলিবা থুদিংমক্ত বীনোগী লিক্লানা চাযথোক্লবা থম্বালগুম্লবা মাইথোংগী তঙাংন ফজরবা মথজাইদ শুরু শুরু নৈবা অদুদি থক তোক্লমদে। সিনিমা য়েংফম্রী হায়রবা কাউথোকপা ওম্মো; তশেংনা হৈকোল-লৈকোলগী মমুল ফায়বা হৈরাং-লৈরাংগী মনমদা য়াওল্লব মেরাগী থাবলগী অহিং অমদা নাম্লিবা ফুংশিংকী ঈথক-ঈপোম অমদা, লোইননা ফুংশি-ফুংওলগী রারী কয়া শানদুনা কেনজবগী মতৌনি ঐনা থল্লিবা রাখলদি। অনুম তৌরিবৈ তাকা অসিমক্তদ হাপ থাবগী নাইট থাম্লকপা নম্বা ঐহাক ইকাইরদুনা কমকমদগী ফুক হৌগংলরুদুনা মপান্দ

অহুম থোরক্লে। মীনোগী মমামমী, ঐবু থংবা সিনিমা য়েংলম্লিবী কাংবু ঝহুনা ঐঙোন্দা হায়কেং হায়কেং য়েংহুনা মোক্লকই, ঐ ইকাইবিক্লে, মরমদি ঐদ নত্তে—মখোয়সুনি।

হাপ মতুং সিনিমা লোইরগা ঐন কমলা অমা মাবু পিক্লগে হায়হুনা লৈহুনা পুশিল্লে। ঐহাক রা অমত্তা ঙাংদে, কমলা অহু পিশিল্লি। মানা—"নংনীদি?"

"ঐনীদি ওক্লে, নংনা চাদবা য়াদ হায়রগনা ইল্লকপা ত্তারেদনা।'

"হোয়নে, পিক্লনিংঙ্ঙবা ঐনা ইক্লরকপা ত্তারেদনা।"—হায়রগা মানা ঐঙোন্দ কমলা মত্তুং অমা ইক্লক্লম্মী। ঐনা হেক চিক-শিনবদা— "অয়ো ইমা! থুং ত্তংলে।" —নাকন্দা সিনিমা য়েংলিবা মী ময়াম অহুনা অমুক্তং হুপ্তুনা য়েংলকপবু ইকাইবনা অমমহুদ ঙ্ঙং লাওই। হয়াওমনখিহুনা কমলা মহি য়োংপক্লা হাববু।

সুংশিবা হায়বা মতামনি, ওন্দোক্লা সুংঙাইক্লবা; মসিনক্লি সুংশিনবা মীনা শিদা কিনক্লিবসি।

সিনিমা অত্তগী মমাংদা চংক্লবা রারীশিং অহু লিনা ওমজ্রবদি হাংকনি হায়বদা ঐ হাংপদা য়াওক্লদবনি। করিমত্তা থংদে, সিনিমা সুংঙাইবগী মথোংসু, ঐথোয় অনিগী কম্মীক্লবগী মথোংসু।

সিনিমা য়েংবগী অর্থ য়াওদে। কাক্লক্লে থোক্লসি হায়হুনা মীনোগা ঐগা সিনিমা লোইক্লিঙৈদ অহুম থোরক্লে। সুপীগা মাং থাহুনা চংমিক্লবা হায়বসি ঐ য়ুম পাক্লবা মীওয়া অশা অমা কাওরকই। হোলদগী কুমথরক্লগা নক্লবা ফোটো নম্কম অমদা চংঙে।

ত্রেসিং ক্রমদনি।

করি করি (মেক অপ) শেমজিন শাজিনবা তৈবা য়াবমখৈ বীনোদি হুপী ওইবীগী হৌনবী শেম-শাক্নবা খোরাং পূম্মক লোইখ্রে। অদুবু ঐদি হৌজিক কাওবা করিমত্তা তৌদে, মানা তৌরিব অদুদ থব্বাই তানা মুম্না য়েংহনা লৈখদুদ বীনো ইকাইরমাক্লে ঐঙোন্দা মুম্না হায়রকই—“করিগুম্বা অমত্তা তৌবিরোইদ্রা ? শম ফাওবা হাংপিররোইদ্রা ?

“করিমত্তা তৌজররোই শম ফাওবা হাংচররোই।”

“তামোখোইদি শক ফজবনিনা করিমত্তা তৌ লাক্তুবস্তু পংকদ কৌজদ। ঐখোয়দবু শক থীবগী ফজনবা হায়হনা অদুক তৌবনি। মাইদ পক্লিবা হুমাং অত্তু পাউদর থজিক্কং শিজিন্নত্রবদি শোয়দনা কোটোদা লংখৎনা তারগনি।” হায়হনা ঐগী মাইদা পাউদর থাজিক্রম্মী, হায়জবদনি থজিক্কং, য়াওশং অবের তৈনবত্তু চাইরে, মাই-মিৎ শম পুম্নোই লোইরে। পাউদর তৈররোই, শম হাংচররোই থজ্জরিবা ঐহাক শম হাত্তবা য়ারোইদৌরে, পাউদর তৈথোক্তবা য়ারোইদৌরে। শমদা পক্লিবা অদুদি বীনোদগী ক্রমান অমা লৌহনা ফজনা শেংনা তৈথোক্লে, মাইদৈস্তু।

বীনো অমস্তুং ঐহাক পুম্না লেপমিন্নহনা মিংশেল অমত্তদা য়েংমিন্নরি। বীনোগী মিংশেলদা তারিবা মিংকা ঐগী মিংকা মিংচানৈ। মতম অদুদ হুংশিবগী হুংশি মিংয়েংনা পিক থল্লি, অতাব লৈতে, হেনগৎপদনি। ঐনা মাবু য়াম্না তম্ব-হুংশিনা কোম্মুবদা মিংচানম্বা মাইথোং ইকাইহনা লৈথোকখি।

কনাগুম্বা ডিরেক্টর অহৈবা অমনা তম্বীহুনা থোক্লবা হেরো-হেরোইন্দগী কা হেনবা এক্টিং তাকনি।

ইকাইখদ্দ থাদোক্লে ঐস্ত। কোটো নম্বরগী তৈরারী পুরমক লোইরে। মতাং অসিমক্তদ ঐখোয় অনি করম্বা মওংদা নম্বা থম কজনা তাগনি অমস্তং কুইনা লৈহৌগনি থম্বরে ঐনা হেক্ত ফজবা মওংদ তৌসি হায়বহ মহাক য়ারে। অমনা লেপ্লগা য়াম্না নকশিন্নবা অহুগা অমনা কম্লগা তৌসি। মহাক থরদি ইকাই হায়, অহুবু তশেংনা ঐবু স্তংশিবমক্তদগী স্তু অয়াম্বা মানা য়ারবনি।

কোটো নম্বমদগী থোরক্লগা ঐখোয় অনি মাগী মমুমংতোমদা অস্তুম হায়থমিন্নরক্লে।

"বীনো, করিগুম্বা ঐখোয় অনিনা লৈনরিবা মরি অসে মখোয় ইমুং-মমুংগী মী থজলক্লদি ঐ নখোয়দগা করিমত্তা চংবা য়াররোই।"

"থংনিজ থংজনস্তু, মখোয়না থংলগা কৈদৌএগে, ঐখোয় অনিগী লৈনরিবা মরি অসিদ থানত্রগা লোইরেদনা।"

"অহুনা নংগী রাখলনিদনা, যুমদা য়াদবা হায়বসিস্ত ফন লুবা তাংনি। স্তুংশিনৈ হায়রু ভাই, কোক অমদ পিথোকক্লদি"

"ঐনা য়াত্রদবু মখোয়না তমগত্রা?"

"করি তমদনি?"

"মখোয়না অহুম তৌ লাকঅদি ঐদি তামোগী নাক্ত হেক্ত চেন্নকদবনি ইশাগা য়াত্রদবু মখোয়না পিবা করি মতিক লৈহনা।"

"অহু তাকনি! হয়েং ঐতোন্দগী হেন্না কবা লাক্লবা পুকচেল তনখিনি। থাকলিতাই লৈতেদ, হজিক কানগী স্তুপীসে।"

"তুংশিনববু অশুম্বী শুমদবী পোশুম থাংদোক থাংজিন য়াব্রবে। থাজনিঙাই ওইত্রিবদি, অচৌ-অচৌবতা পাম্বা পুকচেল লেপ্পা শুমদবা তুপা ওইবগী জাৎসিনে, অদুগা ঐখোয়দ তাইশিনবিরিনে।"

"ঐদিনে হয়েং নংমা স্কুলদা ইমুংগী লাইবক কবীগা ওটপ্রবদি ইচৌমত শিজ্জগদববনি। ঐনা নহাক নোংম নখোয়দ চংলুবদো নখোয় 'মানা করি করি হায়, কদায়দগী অঙাওবনো হায়রা ?''

"হায়রিবদি হায়রুদ্রু। ওৎহাক্রা লুনা তুংশিনা শোনবে। ঐনসু ঐখোয় ইমাম্বীগী মবুংনি হায়জিনবা।"

"করিগী হায়জন্নুরিবা, ঐ মতুং মনাও অমুক চংলকপা ওম্ররোই।"

"ঐখোয় ইমানা হায়দিনে—হায়দোক্রগেদো।" অসি হায়রম্লগা পঃনোক্ক-নোকখ্রে।

"করি হায়রিবা ?"

নোক্ক নোক্ক হায়রকই - "তামোগুম্বনে, মবুক মপাউ কবা অমা, ময়াক্লুপা ওইনিংই হায়রিবা।"

"নংম, হংনবা য়ারোইদোবা রাকমদা য়াম্না হায়জঙ্গিকো, অদু হায়ম্নরুদি ঐখোয় ইমানসু নং য়াম্না য়েংনিংই অমুক পুরকউ হায়।"

"লাকেনে।"

"নং শুমজগত্রনে ?"

"করিগী শুমদনি। হয়েং চংলক্লগা নমৌনি হায়দুনা হেক পুরম্লবদি—।"

"অদুদনিনে, হজিক কালগী ছাত্রী অকাওবী হায়নরিবসে, নং' নচৌসে শুমদ শুমগদবা মাগ্নিকো।"

# তরাশুবা মতাং

"কনাগী চিঠী ?"

"নহাকী, হৌজিক্ক থনখনি।"

মতম কুইনা মীরৈবাক্ক লৈখিদুনা কাইনরবা ঐগী মরুপ তাজের প্রেমচান্দগী চিঠী অমা থংহৌদনা ডাকপিয়না থনখনি হায়বদুদ খুদক্ক চিঠী অদু পায়রম্মী, য়ারোলদি সুম্না ইরক্লম্মী।

সুংশিজরবা মরুপ।

মরুপকী মকমদা লমদম তাম্না লৈথ্রবা ঐহাক্না নিংশিংজরি। মতম খর হৌখিবা অদু ঐহাক পরিক্ষাগীদমক্ক মাইপুনরুবা মরম্না মরুপকী মফমদা চিঠী অমত্তফাওবা য়োহজরকপা ঙমখিদরে। মদু-গীদমক্ক ঐবু য়ারৌবিবা তৌবিগনু। নংগী শাওগনবা মতৌ অদুদ ঐদি তশেংনা চিঠী অসি থাজয়কপা কিজরবনি অডুবু মরুপনা চিঠী অসি ফংলগা অশাওবা পুম্নমক কাউথোকপিখিনি থৌ।

কাউথোক্রুবা অমনা, নোংম নংন চংলমদাইদ ঐডোম্দ পোং অমা তপথিবদো মহাক কাউরব্রা ? ঐহাক্কী নিংশিংলি, মরুপকী মকমদা "তাজমহল" থাবগী লমন অমা ওসি ফাওবা তোগ্লিবনি। ঐহাক নিংশিংদবা নত্তে, নিংশিংই। অদুবু য়াহং অমা নংন হংবা য়াই, মদুদি চিঠী অসিগা লোয়ননা নংন করিগী থারক্লৌবনো ?— অদুবু নহাক শাওগনু। নোংমত ফাওবা কাইথোক্কুনা কৈথেলদ চংপা ওম্মুদে। ঐগী টেষ্ট পরিক্ষা ডিসেম্বরগী সেকেন্দ য়িকুডা তোগনি। এপ্রিল মাসকী ছুটি চুমিং ওয়েংনিঙবা ফংগনি। মদুদ ঐহাক তাজমহল য়েংবা চংকনি। অদুদ শোয়র্দনা লৈরগা থারক্লগে।

করিগুম্বা মরুপ্না ঐগা নৈমিন্নবা থোক্তুনা তাজমহল অসি য়েংবা চংমীন্নগদবনি হায়রবদি ঐহাক কয়াগী মতিক মুচাইজগদবা, মচু অরেম্বনি তোক্লসি। অচুগা ইমাগী মকমদা নচা প্রেমচান্দনা খুরুমজরকই হায়ছুনা থর তম্বীয়ু।

অনা অয়েক থোরদোক্লা য়াওরম্লোই হায়না খল্লি, অচুগা ঐচোম্নম্নু য়াওজদে। করে অম্বাইদ অমুম লোইশিন্নগে।

N. B. —নহাক চিঠী অসে হেক ফংবগা য়াম্না খুনা পাউ পিরকউ।

নহাক্কী মরুপ—

প্রেমচান্দ

আগ্রা মেডিকেল কলেজ।

মতম কুইনা ফংলুত্রবা মরুপকী চিঠী অছু ফংবদা ঐহাক থংহোৎনা মুংঙাইবা অমদি তুজুংবা ফাওরম্মী। মহাক্না ঐগী ইমাবু খুরম্নকপগী মমদা ঐনা ইমাবু পাহুনা তাহল্লে। ইমানস্নু য়াম্না মুংশিনা শোক্পরম্মী। মরুপকীদমক ইমান ঈশ্বরদা খুরুমজৈ। পরিক্ষা মঙ্গল ওইননবগীদমক্তনি চাংহুনা ঈশ্বরদা লৈ-উ ক্ষেরনচিংবা কক্তুনা খুরুমই। ইমানা ঐমক্কী থন্দুনা মাগীদমক্ত শোই-ঙামদনবা পার্থনা তৌরি। অম্নুক্না ঐথোয় অনি পিশক-পিক্রিভৈদগী লোইন্ন-রকপা মরুপ্নী।

ইমানা মানা থারকপা চিঠী অছু পাহুনা তাহনবদা কপখি। নৌহৌননা মরুপপু হন্না নিংশিংলুবদা থংহোদনা ঐস্নু মিত্তা ঈরা চেনখি। মতম থর মরুপ উম্নদবদ থম্মোইদ মুচাইত্তবা থর কাওই।

খুদক্ত মরুপকী চিঠী হমবা থৌরাংখি। অছুগীসু মথক্ত ঐনা পামজবা তাজমহল থারক্লবীদমক্ত নিংশিংবা ওইনা রাপাংশনব তাবনি হায়দুনা তাইওমদনা খুদক্ত চিঠী ইবা হৌখি।

রারোলদি স্থুম্না ইখিরম্মী—

মরুপ।

লমদম তাম্না নৈলপ্রবা মরুপকী চিঠী অমা থংহৌদনা ফংবদা মরুপ ওনবমুক মুত্তাইজখি। অছুগা লোয়ননা মরুম্না হায়রকপা পুন্নমক ইমাবুসু শিং-শিংনা পাত্নুনা তাহল্লে।

ইমাবু থুক্লম্নকপগী মতাং অত্তমক্তদ ইমানা নংবু শোন্নছুনা মুত্তাইত্তবগী পিরাং শিল্পখি। নংনদি ঐগী ইমা অসে পোকবীনি থম্মুনা মীরাইরম্বা য়াই অত্তবু ইমানদি—নংগী পরিক্ষাগী মঙ্গল ওই-নবগীদমক্তনি হায়দুনা ঈশ্বরদা চিত্তি-চুমিং থুদিংগী ওমজবা নৈল-ও থরত ওইরবসু কংলি। নংগী লাক্তদৌরিবা পরিক্ষা অছুগীদমক্তসু ইমানা ঈশ্বরদা ক্ষের কত্তুনা মঙ্গল নিরি। ইমানা অসুম্না নঙোন্দা ইথো হায়দুনা ইরক্লীবসিনি। মসিন ইমাগী শরুক্তি।

ঐসু অছুমত্তাই, নংগী চিঠী অত্ত ফংবদা মিত্তগী পি তাখিবা থংহৌদে। ঐহাক্তী নংবু য়াম্না চাউথোকই হায়দুনা চৈগে খল্লম্বনি অত্তবু করিমত্তা ওমখিদে। ঐনা থাক্তৈ নচাক পরিক্ষা অত্ত শোয়দনা নিংথিজনা পাংথোক্লমগনি হায়দুনা—করিগীসু ত্তম্রোইদগে, ইমানা নংগী মঙ্গল নিবিরবদা। নংগী মঙ্গল ওইসত্তু। ঈশ্বরনা মতম চুম্নদা থৌজানবিবা ওইসত্তু। করে, মসিনা পরিক্ষাগী রানিদনা।

নংনা চংলমদাইদা ওপথিবা তাজমহল হায়বা অদু কাউদুকো য়ারিমখৈ খর থুনা থারকউ। ঐদি নংগী কাউগনবা অদুদ কাউ-রম্লগত্রা খনবনি অদুবু হৌজিক কাওবা নিংশিংলক্লা অদুদা ঐগী অংনা শোইদনা লৈরক্রগা থারকনি হায়বা থাজে। নংনা চংলমদাইদ হায়খিবদি—"থুংলুবগা থারকনি" হায়রম্বদাই। অদুবু ঐহাক শাওদে। অদুবু, হন্দকমুক্তা কয়েম্লরবদি ঐদি ককে হায়রকনু, কৌনরোইদবনি মপোকসিমগী। চিঠী অসিনা হেক ফংবগা থারকউকো।

ইমা অদু মতম খর নারুরে, অদুবু হৌজিক্কী হান্নগী মতৌগুম্না য়াম্না কয়ে। ইমানা—"নংনা ডাক্তর বাবু ওইবা য়েংনিংই" হায়। অদুনা নহাক য়াম্না থুনা ডাক্তর ওইদবা য়াদে। ঐগীসু মরুপ ডাক্তর অমা লৈ হায়বদা চাউথোকচগনিদনা। ঐসু ঈশ্বরদা নংগীদমক্ত পার্থনা তৌজরি।

য়ুমগী অনা অয়েক থোইদোকপা লৈজদে। অদুগা নংসু ডাক্তরনিনা থোইনা লৈরম্লোই হায়না নিংই। অদুগা মরুপকী য়ুমদসু থোইদোকপা অনা-অয়েক য়াওদে।

ইমা অমসুং পাবুংথোয়রন নংগীদমক্ত ঈশ্বরদা হায়জরি। করে, ঐহাক থোইনসু ইনিঙাই লৈত্রে, অখাইদ অসুম লোইখিল্লগে। অদুগা ঐনা হায়বা তাজমহল অদু কাউবা য়াদেকো।

N. B. —খর তোইনা ইরকউ কৈদোবগে, মরুপকী চিঠী থুদিংমক ইমা অমসুং হেরামনিনা খোরাংনা ভাইরি হায়রবসে কাউবিনু।

নহাক্কী মরুপ অবিরী
হেরামনি সিংহ।

ঐনা চিঠি অতুদ য়াম্না কয়া ইখিবা, হায়জনখিবা হায়বদু, তাজমহল থারকপা কাউগনি হায়বা অনিতনি।

ঐগী থাজবা অমনা মহাক্না শোইদনা 'তাজমহল' থারকনি। হায় চহি অমা-অনিগী মমাংদ কৈথেলদা কংবা তাজমহল অশাবা অসি কক্ষবগী পামজরবসু, ঐভোম্ব কা-হেন্না দরকার লৈরমদে। অদুবু হৌজিক্কী ঐভোম্ব য়াম্না দরকার ওইরক্রে। লাকদৌরিবা চহিগী অনৌবা খুদোলদা ঐনা বীনোগীদমক্ত করি পাংগনি। ঐনা পাম্ব পোত্তু করিমত্তা লৈতে। 'তাজমহল' না ঐনা বীনোদা চহিগী অনৌবা খুদোলপোৎ তম্নীংই।

চহিগী অনৌবা খুদোলদা লুংশিনবগী মরা চেৎপা ভগ্নগদবা খুদোলপোৎনি খক্তরুই ভুসিমক চত্তুনা বীনোদা লাথক্রসিন্না, অদুবু করিগুম্বা মরুপ কাউহনা থাবিরত্তু বদি উপাই লৈতে খল্লহনা হায়কস্রে।

পূকচেল অমদি শক্ষোই হোংলকপগী মতুং ইন্না অপাম্বা লুংশিবসু হোংলকই। লুংশিবনা খুতুম চনগ্রবা কনাগী হকচাংনা কৈদৌজুংদ অকল-অরিং শিংলরোই। মখোয়গী মকমদনি খোং নৌবতনা লৈতেংজবীনি।

অদুমক্না ঐনা বীনোদা তাজমহলবু চহিগী অনৌবা খুদোল-পোৎ ওইনা পিগে হায়বসে ঐনা খন্দুনা তপথিবনি।

লাংতক্নগদৌবা থক্ষোইসে, মরুপকী মতেংনা ভুসি ঐগী লুংশিজবীবু কয়াদ খোয়দানা, চান্ন-তিংনা লৈনিংবা কংগদৌরিবা, খনখিবা য়াথলনি।

পূন্নমক অরেম্বা রাথলনি, ঐগী মঙলানগী আশানি। তাজমহল ঙসি ফাওবা মাগী মকমদা লৈরি, পূন্নমক থংলবনি ঐগী খুদোল-পোৎনি, হুংশিনবগী।

অদুবু তাজমহল থারক্লনি হায়বগী ঈথক ইরাংগী পাউচনা মরুপকি চিঠীবু ঐনা হন্না হন্না চুপখি।

---

## তরামথোইগুবা মতাং

থাজদে, কংগনি হায়বা।

শক্তী মথৈ ঙাইহাক য়েংনরগা।

হুংশিবনা থল্লবা ঐগী রাথলশিংসে থংহন্দনা তাহন্দনা অশুম্বক ফুমহন্না থমজিল্লগদিয়া? ওইথোক্কে।

চিংননিঙাইনি, পাথং অমনা লৈশাবী অমগী মথুমদা ইতং-ঙণনা চংবা হায়বনি। অদুবু নহাক্‌দি চংলকে হায়দোক্লুয়ে। হোয়দ, হুংশিবগী চোঙবু ঐনা অমুক কিজরুখিগদ্রা।—থল্লহনা ঐহাক চংগে থল্লে, চংদবসু য়াদে, চংবা তারি। নিংশিংনিঙাই ওইবা থম্মোইগী য়ারী কয়াসু শানিংবদগীনি।

ওম্মোক্লা কঞ্জনা মশেক লেংনা তারগ্রে। মাগী থজায়গী নাকচেত্তা শেংফাওনা থুংবা তোমখিন ঙালহনবী, চাক্ল য়াশি লৈগনবী শমক্র অহু ফাওবা ঙারম্মী। চোয়জাইনবা লুমাংগী শম অহু কোটোদদি অমুকা হেন্না কজহল্লে। চেপ পক্ল নকশিন্ননা

লেঙ্গোম্লতুনা নম্মীম্লবা মথাঙ্গাইগী ময়াদ ঙাথতুনা নম্বা, ঙসিমক করিগী পিদনা হোকনি থনবদগী ঐহাক নাগী য়ুমদা চংবা তারম্মী।

ঙসাই কলেজদ য়েংগে, পিরো হায়রতুনা থোম্লক্লবনি, অদুবু ঐনা ঙমদুনা পিহোত্রবনি। ঐ থরম্ব চংজনিংবা হায়ত্তনি। মতম-তুদনি ঐনা থনখিবা—'চৎনবী মাংহম্লোংদবা' সোরোক লমজাওদ, মীরক্ত, ফুংসাম্বর হোনফম খাংত্রবা সিনিমা হোলদা ফুংশিনবা. কেনবগী মহুত্তা, লৈশাবী ময়ুম চংদুনা কিদা থাদুনা কোইনরিঙৈগী মতাংদু থোক্রবদি ফয়াদনো ঐনা ফুঙাইগদবা। অদুবু মতমগী ইচেলদ তাওথখি।

ফুংশিবা অমগীদমক্ত, ফুংশিবা অমনা ইফাইবা নংবা, চোপ্পা নংবা হায়বসি করিম্ব থোইনা চিংননিঙাই অমদি কিনিঙাই লৈতবা রাকমনি হায়বসি ঐহাক নিংথি। অতুনা ঈচেলনা হঙ্গৎনা চেল্লক্তবগুম, ঐগী রাখলস্থ অথিংবা লৈতনা অতুম্মক চেম্বরি।

ঐমক্লা নিঙোল মক্লানি হায়দুনা লৈরবদি, চংবদা থোইনা অকিবা অপনবা পিরম্লোইদবনি- অদুবু হজিকমক্তী থোক্তিদো হয়েং করিগুম্বা কান্দগদি ওইরকত্রা? থম্মোইফুংদা হংজবা রাকমনি, পাউথুম পিখিদে।

তাঙ্গ চাবা হায়বসিদি মীওইবগী অনিগুবা নোংদম্বনা লেপ্পা লাইবকনি। হায়নরিদনা, তাঙ্গা চাবা মতম অমুক্তংদি লাকখিনিদনা।

বীনোগী য়ুমথংনবা অতুদ ঐগী মরুপ অমা লৈ। মরুপ্তুগী মনাও থাদুনা ঐনা বীনোথোম্লগী পাবুং লৈরিত্রা য়েংহন্দুরে। লৈতে হায়। বীনোনস্থ হেক্ত চংলকউ, করিগী চিংনম্লিবনো হায়রকই হায়দুনা হায়বদুদ ঐস্থ অদুম চংলুরে।

বীনোগী মমাদ ঐ খোঃদোক্লা হজোইবা, চিংনবা লৈছে। মরমদি মানা ঐবু করিমত্তা চিংনদে। তশেংবনি, বীনো মমানা 'লাক্লিবসি খঙোই হুরানবনি' হায়বা খংদবদগীনি। খংক্লবদি হুরানবগী দগী অহুমক ঐ কংগনি।

বীনো—"তামো হেম, পুখিরক্লবা ?"

"করিবো ?"

"খংজিন্নক্লিসে, নহাক্লগী ঐখোয় অনি নম্মীন্নবা কোটোদো।

"লোইক্লি লোইক্লিহেন কদায়দগী পুরকনি।"

"হায়শিন্নইসে ঐঙোন্দ, মীনম্বা ভাংজনু, ঐদিনে য়ারোইদৌনি অমুক য়েংগেমী। কমাইভৌই ?"

"কোটোদি য়াওদনা করি য়েংগে হায়রিনো, ভু খুবাক ময়িসে হেক য়েংউ। ঐদিনে পোকপদগী মীনম্বা ভাংক্লিহৈ, নং ঐবু থাজদবা ত্তৌগনু। তশেংবনি কোটো য়াওরক্তে।"

"হক্তিক্ত নং ইমাদ মীনম্বা ভাংখিবদো থাজদে কৈঙু, জুরার শান্নবনা লাই শোনবগুম্বনি, য়াওরকঅমৃগনিয়ে, য়াওরক্তনবু লাকএরো।"

"করে, কমদৌনি—নংন য়েংদ য়াদে হায়রবনিনা ঐ কোটো অমুক্ত শাখিগে, তুমিন লৈয়ু।"

"পুদ পুথোকপিরক্লে', তুমিন্ন য়েংলমু য়েংজগে, রিজলটপু কমদৌগে ?"

"হায়া থীদ, খ বতুদ য়েংভুরমু হায়হনা পুথোরক্লবা, য়েংকুরমুদ"

"থীরববু থীজরসনু, অমুক্তদি য়েংহৌগে। কমদৌনি থীরবমু ইরাইবকনি।"

অসি হায়রম্লগা মীনো, য়াম্না খীবনি হায়বা অহুদ ভুমিম্না শুকথহুনা লৈদ্রে। ঐন' ফুরিৎখাওদগী ফোটো অহু লোথোক্তুনা মাবু য়েংহল্লি. রিজলট কজনা ত্তাবহু উবদ নঙন্দ সুম্না হায়হুনা থুং-ডুম্না শুরক্লম্মী।

"করি ত্তোরেসে অম্লুক য়াম্না ফজরিসিদি, হৈবিরেদ—মানা হেক হায়জল্লিনে থকৎনবা হায়হুনা।"

"নত্তোন্দদি য়াম্না ফজবা ঐত্তোন্দদি থিরেদ, অহু হায়বু নং য়াম্না শাওনিংলব্রা ?"

"তামোথোয়দি শক কজবনিনা, অহুগ' ঐথোয়দি শকখীবী-নিনা কোটোদসু খীরবনি।"

"কাগি ত্তোনিদ, মত্তে নংবু মাম্ন শাওনিংলব্রা ? ঐম মহাক হায়খিহুনি লোইবু লোইম্নম্মদি শোইদনা পূরকনি।"

"তামোথোয়দ ঐথোয়না শাওজবগী ইতিক লৈজদেদ শাও-রুবদি হায়রুসু ঐথোয়হুম ইথোকপিরমগত্রা মিপাইজে ফরেনে অরামলদি ইমানা চা পুথোরক্লগা থকপা হায়হুনি।"

অম্লুম্না হায়নরিবৈ তাদা অসিমক্তদ মীনোগী মমানা চা গ্লাস অনিথক পুথোরকই। হংলকই—

"ইবুত্তো, কদাই-কদাই য়োরুরে, সুম চথোরক্লিব্রা ? চহু শোৎবগী পাখবা হোৎনবদা থর থেংদোকক্রে। চাসে অমুক্ত হাওব্রা য়েংউসে. চিনি থুমত্রবসু নিংশিংলকউ। কম্মমথো, তাইহাক কাইথোক্তুনা য়ারী রাস্তাই শাবা ৬মত্রে, উয়ান চেকখাইযম্লগনি। থাও অমুক্ত ত্তোক্লখিগে।

ইকাইবনা লুকখতনা লৈদি, ঐ থাই কাওবা হন্দুনা য়েংবা ওমখিদে।

"বীনো! নখোয় পাবুংদি হল্লকখিরোইদ্রা? ঐ অমুক্তং থেংনহনা খুংখিবদি শোয়দে। হুয়ানবগী ওয়ানি, মপুগী নোংম, অমুক্তং শোইদে।"

"করি হুয়ান্দুনা মানা হেক্ত কাবা য়াবরা?"

"দগি য়ায়া চাউবা হুয়ানবা অমগী খবক ঐনা ভৌরিবসে নং খংজ্রা?"

"করি হুয়ানলিবা?"

"নংগী খম্মোই! খংউ হুয়ানবদগী খ্বাইদগী চাউবা মরালদি অসিনি।'

"অদুদি ঐস্ত তারেনে।"

"অং! হুয়ানবা মশেলদি কৈস্ত হায়নরোইরে, অদুদ মপু থেংনবা তারবদি মশানা য়াথোক্রেদনা। অদুনা মশক খংনরবদি কৈদনা, হয়েং লম্বেল লমখাংদ থেংনরবস্ত ব্যতায় মতেক অমা উত্তনা খুরুম্বা কাওবা য়াইদবা।

"মমাক ইবুঙো ওইস্ত ওইজ্রিডৈন্দ খুরুম্বা হায়ববু কাদোক তাহনা ভোকনি।"

"অদুগীস্ত কৈস্ত চিংনদেদ, নং লৈরিদনা ঐনা কাদোক তারগা নংনা য়েংহনা লৈবা ওমগজ্রা? ইকাই খংদবা খয় মখৈস্ত তম্বা কৈদনা হয়েংয়াই খুরুমগদবগী খুরুমগদবা অমহানি।"

"লৈবাকী নেত্তানিনা ওাং-শকপদি য়ায়া কবিরেনে, চাসিত্তম ইংগ্ননি, খিৎ কানবিরো কৈদোবগে। তামোসে মহালয় ইগী হোদোং লম্বোইব মানবদো, তুংশিনয়মদাই শিখশন্নরিবা ওইরে। নহাল-য়াই ভৌরম্বহুগা হজিকা ওথোক্ত খিন খেন্নখরে।"

"খেন্নদেদ, চুক্তিক্কা মুপীনা য়াবা মুপা হায়বছুদি কদাইদগী শিব-নাব কিপোত্তে।"

ইপা-পাখংনা—"পাবুং লাক্লমান্নে, চংংক্লে, ঐদি কমাই তৌনি।"

"হা—লাকতব্রা ? কমাই তৌনি, কাংখ মথা চংশ্রগে।"

"কাপী তৌনি, নত্তৌ য়েংগে হায়ত্তুনা—কৈগু লাক্কেদ।"

"অসঃ ইপা পাখংলিদ, অচুম তৌন্নু। লন্নাইলত্তোল শমগাসে চপ-চপ য়ুংইদ।"

"পুকচেল শেংদবা হায়বসে অত্তুনি। ঙসাই লম্বেল-লমথাংদ ঊন্নবদা থুক্লমগে হায়বত্তু অত্তু ওইরে। মুপামচা অমা য়েংবা ঙম্মোইদ।"

"মত্তন কোম্ন-কোন্নগী রানিদনা—"

"করেনে, চা অত্তু ইংশ্রনি, হিং ফানবিরো।"

"চা সিদি য়াম্মল্লি, ঐ ইত্তোত্তা থকপা ঙম্রোই, তঙ্খাই-তঙ্খাই থকমিন্নসি। নং হান্না থক্লক্লোদনা—সে"

'তৌথেদেদ, ওন্নরে অত্তুবু হৌনব্রা ? তামোগী লুখাক্ত নচলনা থকচগদবনে।'

'ঐদি নংন হঙ্গোইগদ্রা চায়ত্তুনা হায়বনি'

"হঙ্গোইবগী মত্তুত্তা ঐগীদি লাইবক ফবনি। পুন্য চেল্লবা অমৃত্যবু ফংজৌ হায়বসে ঐগী লাইবক ফবা নত্তুনা কল্লি ওইগদগে। হঙ্গোইজরোই কৈদোম্নুংদ, সেঃ থক্লকও-সে।'

ঐনা তঙ্খাই অমা থক্লবা লুখাক ওইরবা চা অত্তু মানা হঙ্গোইবা কৈতদা থকথিবা অত্তু উবদা ঐগী পুক্কিংগী অপেনবা

ওইখি। বীনোগা ঐগা কোটো অমমম য়েন্নরে। ঐহাক্সু থেংঙনি হায়হুনা চংনবা থৌরাং তৌরে।

'তামো, অথেংবসিদ অমুক চংখিবা মুঙাইয়রোই।'

"মতা য়েংবা হায়বহুনি, য়াক্রবদি কমদৌনি; উপাই অমা তৌহুনা য়ুম য়োৌদবদি য়াদবনি, নক্রবদি য়ুমদা পাখংনরমগনি।'

'নত্তে, ঐনা হায়বদি ঐখোয়দ লেকঙসি—চাক্সু ঐখোয় ইমাবু থোজংহল্লুগে।'

'ঐদি নিজোল মরাম্ব ওইজ্রিভৈনা।"

"অহু ঙসিদগী ওইরো কৈদৌরগে।"

ফ.গীনিদি মহায়বা, অহুবু ইচম চম্বা বীনোগী য়াখলদা কিশি থাংবা মুংশিবগী লংলা অমনা ইতং তঙনা পুল্লি। লৌন-কৈনরবা মুপা-মুপীনা ঙাংনগদবা য়াঙাং-শাঙাং ইতং ঙঙনা তৌরকই। করম্নদি কাউগনি—পাখং অমবু কৈশাবী অমগী মযুমদা অহিং অমা লেকঙসি হায়বসি, তশেংনমক মুংশিবগী ইকাই হজোইবা পুম্নমক লোইখিহুনা ইকাইখংদবগী পম্বেং অমা য়োৌরক্দৌরব্র? ইচম চম্বা য়াঙাংনা, য়াম্না লুবা অর্থ চেন্নবা য়াত্তানি।

মুংশিনবগী কাউঙমদবা হায়বা অসিমক, মুংশিনরিঙৈদ থোকখিবা থৌদোকশিংসিনি। করম্না কাউগনি মাগী অহুগুম্নবা খোইথুম্নরবা মন্নাহয়, পুন্সিসিনা হিংলিমথৈ নিংশিংখিনি, ঙসি কাওবসু নিংশিংলি।

মুংশিববু নমহংপা ঙম্বা অশাওবা, লাক্লো কৈদৌরবগে। নংগী মৈরিহুনা চাকথেক্লো ঐগী হকচাংসে তুম্না, উং ওনঙসহু।

"করিনো ইচানা নোং-কাদোক চখোরকপবনু মথাও খিঙ থইরবসু তংখো, লোনবিরুখিগে। মাই পাজিসু কজিক লৈরম্লি, অ, মথাংগী সিদ লেকা খোবা চংজমগদ্রে' থংদে। ঐ অঙাং থাহনবা কৌহল্লু'গ। ঙ'ইহাক ফমখো, ঙ'ইহাক কমখো।"

অনুম্মা হায়রম্নগা ইমাদি চা লোনবা ইমুংদ চংখ্রে তুংথ-মাংথনি অহুম পাজিসু চংলক্রে—

"ইবুঙো', কয়াম কুইরে লাকপা।"

পাজি ঐ ঙাইহাক ওইজরে। করিগীনো পাজিন হংবীরপী হায়রবনু?"

"করিগুম্বা থর হংনিংই। মাগী চাক চাক্রুক অমত্তদ' চামিন্নবা লুনা-তিন্নবা হায়রবসি নহাক নত্তনা লৈতে। ঐখোয়গদি য়াসি ঙাংনবা ইন্না ম্নাদবা, মানা থোকপা অমা হেক্কৌ থৌবা। অদুগা, নঙোন্দ করিগুম্বা থরম্ন হায়নিংবা লৈ। কুইরবনি থল্লিবা, মাগী পরিক্ষা অমিদং লোইশিল্লগা ত্তৌরসি হায়ত্তনা লৈবরা। করে, ঐনস্নু নংবু থিবনি। অত্ত, নহাক্কা উম্নত্নুনা য়ারী থর শাগে থনবসিস্নু য়াম্না লুঙাইরে নমাদি কদোমদা তমুক থোকরে?"

"হজিক্ত চাকশংদ চা লোম্নুখিনি হায়ত্নুনা চংখিবনি— ওঃ হায়রিগৈদ্র ইমাস্নু থোরক্রে"

"করে-করে চাস্নু থককো। ঙসিদি নংগী মরুপকী মরমদা য়ারী থর শাখিশি. ঐগা হংনিংবা থরস্নু লৈ, অদুনস্নু কয়াম্বা কৌবনি। হুরে, করে চাদো টেবল মথক্সিদ হেক থনম্নো।"

চা থকম্নগা ইমাদি অতুম চংখ্রে। পাজি অমস্নুং ঐহাক চা থক্ক-থক্ক—'হেরামনি. নংন থংলিবা অহুমঙাই ঐখোয়গী হায়রবনু

মহাক নহনা তুংগী ইমুং-মচুংগী যুম পুবিহৌনবা কনাক্ত কৈজ্রবনি মখাদ মচিল-মনাও অমম্বা নাংদুরে ল তাঞ্জিদবনি। অমম্বা হাই-জরবা মচাসি মমানা ঙুনিংৎ খাংগুম হেংজক্লিবনি।

"পাজি ঐখোয়গীসু অচুমগাই। মীরোল লৈঙদদা হায়বসিদি ঙদ্দোক্ক রাধ্রে।"

"অচুনি অচুনি, ইনাক খুল্লে. পৈশা লৈ হাংদুনসু পৈশাম্বা তোবা য়াদবা থবক য়াম্বা লৈ মচুদ হেক্ত রাবনিনে। নত্তে, মাগী পরিক্ষাসিনা করম কান্দ লোইরগা থোংঙদোরিবা, ঐখোয়দদি মরোল অমত্তসু থংহন্নক্কে। মাগী হায়ববু পৈশা থারমদাইদ থারকপ নত্তনে, চিঠীসু অত্তে প্লা অমত্তা থারক্ত্রবনিনে মমাসিনদি পাংথাদ পাখংলি, মাগী মরা-মপাউ হেক তাদবদা।"

'পাজি, মসি ঐখোয়গী চৈরাওবা মতুংদগা থোরকপা য়াই হায়না খল্লি। চিঠীনবু করি-কারি মরোল হায়রকপগে?"

যেংউসে, মানা নহালদা থারকপা 'চঠীনি।" হায়রগক্পা জিনা মাগী কুরিংখাওদগী চিঠী অগ্ন শীবক্লম্মী ঐহাক্কা পাহুন হেংবদা "মেগী অরোইবা হাপ্তাগী মতুংদা শোয়দন' ইন্কাল' য়োকনি হায় হায়না ইরম্মী। মচা পোকচবগী মহয় য়াম্নগনি খল্লুবদা মপানা হায়কেং নোকচরি।

"ইবুঙো মহাক্কনু পোক্তক্লবনি ঐদি রাখল অমচুম খল্লিয়ে, মসিনচুম করগনে্রা থাদ্রেনে।"

"প্রেমচান্দগীনা হয় রবসিবু পাজি।"

"মাম্রি, মাগী থবক তৌ-তৌদবদি তম্মাই খোকপ্রহনা মমুং পাজহল্লিংলবনি। ঐখোয়গীদি লাইপ্রহনা মমা অশোনবীসিগী মতৌ য়েংবা ওন্নরে। অতুদ, মাগী মতমা করি নৈরমগদবা থংদে।"

প্রেমচান্দগী মমা-মপা খর চাব থকপা য়াওবা মমুম-মকৈ হুন্তাইনা শ্যান্দুনা লৈবা মীওইনি। করিগীদমক মীওইনা পোক্লক্রিবনো হায়বগী খোয়না অর্থ লৈতে। মওু ফংনিংবগী ব'থন্দা অয়াম্বা লৈ। লয়াই শেনপাইবগী মীওইনি। ঐত চাব-থকপা য়াংত্রগা হুন্তাইরগা লোইরে থজবা মীওইনি।

ঐহাকসু মখোয়না হায়রকপা অচুদি অয়েংপা তৌদে। য়াননবা অচুম ওাংনরমই।

"মাম্ন ইমা শোক্লে হায়বসে থংলবনি মান কন য়ানিংদবা নৈহনসু ঐখোয় মমাম চংহনা হায়জল্লবদবু করিগী য়াদনি হাযবগে য়াজনিদ। ইমা মতোমতনি, য়ুমগী থবক ইনথাং পুবীনবা লৈতে হায়বসি মানচম য়েন্না থংলিবনি।

"মাগী য়াদি ইতাবু তাত্রি, মমানদি য়াম্না পামজৈ হায়হনা পিশক-পিক্লিজৈদগী হাযন-শিংনহনা থম্মা অমদি লৈ। অচুবু থংদেদ, মানা করি হায়রগদব। মশা মশানা য়ানজবা লৈরবসু ঐখোয়গীদি হায়রুগে হাযল্লিবনিদে যেন্না লৈতে।"

"মকসু কদ'য় ইদগীনো ? লাইম্লিক ওম্বৈত্রা, নত্রগা … … ।"

"কলেজ তম্মী হায়, করি ক্লাস যৌয়বনে হায়বদি থংদে, করি নৈকাই হায়বনো ঐদি থংদে, মমাদ অমুক্তং হংলবদি থংগদবা। তৌবগীবুদি মানা পামজবহু হেক খোকনিদ, নত্রনে মমা ! লম ও'প্লি,বাং-চাউই, কুচুদা বুমেন্দ করিমত্তা য়াংপা লৈতে।

য়াগী য়াদ ঙাইরবনি, ঐখোয়গী বাদি করিমত্তা থল্লুবত্ত্ব। অহনবে মান য়াননবগি মখোয় ময়াম চংহনা থম্ব হায়জিন্দবা য়াদে।"

"অহূগী ওইরদি পাজি, হয়েং মা খোল্লক্লগা লৈথাই তাম্বা হায়বত্রনি।"

হায়রল্লগা ঐহাক অহম খোয়ক্লম্মী। মুম য়োবগা ঙাইঙমদে ইমানা ঐবু লাওরক্লিবা—"

"নংগী মরুপকী চিঠী অমা হজিক্ত থুংলরিবনি, অহূগা করিনো পোৎ অমত্ত্ব থারকপনি।"

য়ারোলদি শুয়া ইরক্লম্মী—

ভুংশিজয়বা মরুপ।

মরুপ্না ঐবু ইহোকখিবা তায়ে হায়হনা মরুপকী চিঠী হেক কংবগা ফজরবা তাজমহল অমা লৈরগা অতুপ্পক থাজব্রবনি, কংলম্নগনি হায়না নিংই। অহূগীত্ত্ব মথক্ত খোইদোক হেন্দোক্লা হুঙাইরবা পাউ অমত্ত্ব য়ুমদগী তাবা কংই।

ঐগীদমক্তনি হায়হনা অহল-লময়া হূপী অমা হায়ন-শিংনহনা লৈ হায়বা তাই। অহবু, ঐহাকপু কয়া ?"

ঐগী পূজিসিবু ইশানা পামজবা হূপী ইখুংমক্লা থিজহনা, ভুংশিনহনা লোবা হূপীগাসি কংদবদা তারেনে। থল্লুবদা হুঙাইজদে. হায়নবদগী তাবনি মশা-মশা য়ানরগা লুহোংহনা লোন লৈনবা হায়বা অসিমত্ত্ব হুঙাইরমগনি। ঐখোয়দি মতমত্ত্ব কংজদে. অহূগীত্ত্ব মথক্ত হূপা-নহা অমদা পাম্বী-ভুংশি হায়বসিত্ত্ব ঙসি ফাওবা ঙমজদ্রি। মাই অসে য়োন শোনব্রবা হায়বহূয়া থংজ্রেনে।

করিগুম্বা মতম শোয়হৌরবদি, করক তাহুনা পাখং কুইনা ওইবসু কনানা খংনি। ইমা-ইপানা হাযরিবসিসু লৌগত্রা নত্রগা ইশানা পামজবসিবু থিগত্রা ? খংত্রেদ মরুপ !

করে মরুপ, খোয়দোক্ত ইনিঙাইসু লৈত্রে, অদুগা হায়জগদবা অমনা—অহল অমম্না ঐগী হায়বনি হায়রিবা অসি ঐনা খোয়রুগা ওমুক্তপদি যেংশিল্লরুস। মরুপখোয়না য়াঙাং-য়াঙাদ থর হৈবা [illegible] খোকই [illegible] ঐখোয়দি [illegible] মরমদা উদগী [illegible]।

ইমা অমগুং মরপকী মঙ্গল [illegible]।

নহাকী

প্রেমচান্দ [illegible]

মরুপ্পা মতম চানা থাববদা [illegible] ঐহাক্না হওনা [illegible] থুংলগনি গল্লুবদা হবা ওজে।

অদুনু, য়াকম অমনা চিংনবগী মথক্তু চিংনহঙ্গা খাঙথাং লো ম লোংমগী চাউশল্লক্নী। থাদথুম অমম্বদ থাঙ আন কাপ্পা হাদবগুম ঐ অমদি প্রেমচান্দ বরম লৌনা মাম্লবা য়াখলনা কুংশিবগী লম্বেল অমত্তদা চৎমিন্নরুনি। হল্লুবদা মমই।

অমম্বগী মায়ালাং আসমক্তনা কুপথিবনা মৈতেইদগী পুংকুং অসে লাংতক্নবনি।

---

খেংলবা অহিংদনি।

নিনফুং-নিনফুং ঙাংনবা তারে।

অদুগা লোয়ননা ঐহাক চংবন্দু হন্দোইরম্মী, মরমদি অওই য়ানা ফাগী তোরদা, চিংনবগী মথক্তু চিংনবা খবক্তী নোংম নোংমগী খুমাঙ চাউশিল্লক্লি।

ছোঁখিবা খংহৌদে মতম, অমুক লাকপন্দু, ভরাং হায়রিখিবনা ঙসি, ঙ'সনা হয়েং—চাকাগী ফিবানগুম থককথা ওনবা মতমগী খোঙচত্তা মীওইবনা লমথুংকম য়েৌনবা হোৎনরি।

তুংশিনবগী রারীনা কাইরবা খঙ্খোইসমা চুজিক কাওবা নিংশিংলি, নিংশিংখগনি। নৈজবা পুম্বা কথোকপগী পেনবা নাইত্রবা তুংশিবগী লিচৎনি. খরাই কাওবা কথোকপা ঙম্বা।

মিৎয়েংগী রাংমদা নৈশ্রবদি কারিনা ঐবু নিংশিংলুগদগে খল্লুবদ খুদোলপোৎ হায়রবসি তশেংমমক তুংশিবগী অনিশুবা শক্তম্রী খল্লুবদা ঐহাক খুদোলপোৎ পিদবা ঙম্রোই।

অহোবা চহিগী অহানবা তুমিত্তা খুদোলপোৎকী রাকম অসি ঐনা বীনোদা হোৎদোক্লম্মী। খংখিদে কয়ম্মা রাকম অসে নাকোংদা য়ৌখিবনো। অদুগা করিগীদমক্তম্দু ঐনা হায়রুবনো? নৈরমথিনি ঙসিকাও মানা চেৎনা থমচুন', নৈরি ঐঙোন্দমু।

নৈচিনা তুমিংকী মঙালবু থংখিবগুম ঐগী তুঙাইবা রাথল কয়া অরাবা মপেনা থংখিরম্মী। অদুবু নোংম নত্রগা নোংমদি

খোয়দনমক্তৌ কিন্থরকখিনি, তাওখিনি অমসুং লুপখিনি। অদুবু য়াইনহৌনি লৈবুং ফম্বদা, কৈথেল অকা-অকুমদা করিগীদমক্ত শাগংচক্কবা আশাগী শক্তম অমা কিন্থরক্কনা লুপথ্রিবনো হায়বদি, হায়নরোইত্রা ?

পাউ য়ৌরমগত্রা—য়ৌরক্লোইত্রা হায়বদি থংদে, ভসিদগী ঐহাক মাচোন্দগী লাপথোক্কবা চেৎনগে হায়বসে থক্লে, অদুবু বীনোগী পুক্রিংনদি সুংশিহৈত্রবা ঐগী থম্মোইসে চেৎনা কোল্লখিগনি।

ঐহাক রাকম অসিমক হায়করোই হায়বদগী অযাম্বা মাচোন্দ করিমম্বা হায়দনা চংকে তোই বীনোন এবু খামথি—

"তামো, কৈদৌরে ?

"কৈঙ্ক তৌদে।"

"মহাক ঙৈবেনিদ হায়রক্কপা পাউদুবু।"

"ওঃ! নিংশিংলে, রাকম অদু ঐ নচোম্দ হৌদোক্লে থম্লম্বনি। হায়য়ু মহাক্তৌ চহিগী অনোবা খুদোলপোৎ কারি পিগ-দৌরি, ঐগীদি লৈরে, নংনা পামগনি-পাম্লোই হায়বদি থংদে।"

"করি পামদনেগে, তামোগী থম্মোইনা অপাম্বদু ঐগীসু অপাম্বনি! ঐগীসু লৈরে, তামোগীক হায়্না হায়রো ?"

"ঐহাকীদি করিবু পিগনি লৈজদবনিনা, সুংশিজরবা রাহয়গী লৈতেংনা চেগী শেম্পাক মথক্ত লৈচন চানা লৈরাংজবা নত্তনা।"

"কবিতা পাবগী হুডাইবদা থম্মোইগী অরাবা কোজাই কাউ-খোকপঙম, ঐহাকসু অদুমডাই, চিঠীগী রাহয় লৈতেং পাহুনা লেজবহুডাইদনা।"

"করেনে, ঐহাক্তীনা অহু ওইগ্রবসু. নংগীদি করি করিনো অমুক হায়রু তাসিদনা, হায়নিংজরবো ?"

"ঐগা তাবোগা সুংশিনবা তুমিত্তগী লোজরকপা মোনথুমকি, রুমালকি থর চহিগী অনৌবা খুদোলদা খুদোলজগে হায়হুনা থমজরিয়ে, অহুবু লৌবিনিংগজ্রা নত্রগা লংনবীগজ্রা হায়রবদি থংজদে।"

"লৎনরোইদ, সুংশিহৈতবী পুকচেল নত্তেনে নংগুগী—অহুবু থক্কসু লুত্রেদ, তসি কাওবদা রুমাল অনানবা অমত্তা পাইজি, নংনা পিরকপা মোনথুমকি অহু নোং-কাদোকাদি শোইদনা কুপনিংঙকনি অহুদা ইমানা করিগুম্বা থংগ্রবদি।"

"কৈদোগ্রগে অহুবু. কৈশু হংলকওইদ, পাখং কারবনি হায়হুনা মশানা অহুম থংজনদা। কৌবিনিঙোই হায়রদি থংত্রে।"

"হোয়নে লৈশাবী! হৈবিত্রেদ, পাখং কারবনিগা হায়হুনা, নং বা হেজিল্লকইকো, হোয়দা, নংন পিরকপনি হায়রগা হেক্ত লোইরে। ইমা নত্তনা ঐগী অরুবা বা তাথোক-তাশিন তৌনজাই কনাসু লৈতে। ঐগী অপাম্বদো লোইনা হায়দোক্লগা লোইরেদনা, কৈদোনেগে।"

"করি-করি হায়রীগদবনো, অমুক তাজনিংত্রেদ।"

"অসুমহায়না হেক্ত হায়দোক্লগা লোইরেদনা—বীনোনা পিরকপা রারোইপোংকী রুমালনি। অহুগা বীনো, নংসু ইমাবু নোংমতা ওইরবসু খুরুম্মু লাও ঐগা নোংম হেক্ত চংমিন্নসি। য়ানিজ্রো ?"

"পুশিনবিবু ওথীগনি হায়রবদি ইকাই-ইকি রাংম লান্ন চংজগেনে, মথোং শোক্ল সেবা তৌজগে হায়জরিবনি, য়াবিদহুন লৈরবা।"

"থোক্লবা অমা লাকনি হায়ব্বনা কোক হেক পুশিল্লবদি কুপীমচা অমা ভান ভাগিসে। অকবা মমৌ অমা ইমানা চাকথোংবিনবা য়াম্না কম্না থিন্নিবনি।"

"অত্ত ঐনা কোক হেক ওইজবগা লেইরেদনা, অস্থ ওইরদি ইশম-শম্মেবনা।"

"অত্তবুদি নং নত্তনা কনা ওইগদৌরিষা, হা! কুমজনে বীনো?"

পুক্রি মপালগী লৈহাউ পাম্বী মথোাদর্নি ঐথোয় অনি উনথিবদো। থাশিরমদাইগী অহিং মমৈ ওইরকপগী থাবলগী মঙলনা রৈবদা নিংথিজরবী বীনো, ঐন মাবু তেক চন্দোক্লনা চৎপা ভন্নমদে লুংশিংনা রৈবদা ইংলবা মাগী হকচাংত্ত ভম্না কোনশিনবীরম্মী। ইকাই-লুংশি য়ান্নবা মাইথোংন খুবাম্ন্নংদা লোৎথিরম্মী। হায়কম থংদনা থম্মোইলুংদ লাংত্তক্লথি। ওইরবোই নিংথিমা-ঐত্তমক থাবল করবা অহিংসিদ থম্মোইগী অয়াবা কোজাই লুংশি-লাপ চিক্ল পাউদম্নরবা। থংলমগনি থাজনা লুংশি মৈনা চাক্লবা কয়াস্থ, ঐথোয়দ নত্তনা।

হায়থি ভসি ফাওবা হায়ন্নি—"পুক্সিসিমগী থাদোকপিন্থ।" —কাউত্তমদে।

কেনবদা চোকথরক্লবা ঐগী হকচাংনা তুরোই-হায়োই মাগী থোংলবা হকচাং মথক্ত ত্তরু ত্তরু নৈত্তনা নপিল্লুই। হৌহননিংক্লবা অহিং কয়া হৌথি। থাবল করবা অহিং অয়াদ কেকু লোংগী শাম্নক্লবা কোংলকথি।

পুক্সিদা মহুনা অহানবা ন্নুমিংনি, হৌপ্রসপ্থ। ঐনা বীনোদ মরুম্না পিরবপা পোং অস্থ খুদোলপোং ওইনা পিরম্মী। লৈজবা

ঐগীনা শেক্ষ, জুংশিন্দুনা থমজবা শেলনা কাইথোক্লগা শাবা সনাগী খুজি জুয়া অনি ভসি কাওবা শিরমথিগনি।

কথোকপদা হালেংবা লৈত্রবা জুংশিবা, নিংথৌরেল কয়ানা চাউরবা সিংহাসন, লৈবাক, জুংশিবগা ওয়থোকপা ঙম্মী।

জুংশিনবদা ভাওরবা মীনা জুংশিবা মশক থংলকপগুম ঐহাক জুংশিবা করিনো হায়বা থংখি, মচু মা-ঐতগী থম্মোইগী রাখলনি। রাখল অসে থম্মোইনুংদ অচম্মক লেংদনা পুন্সিবু মৈত্তালনা রাথৈত্রি মখৈ লৈরগদবসে, চৈনবাম্মোংদদি ঐনা জুংশিবা হায়বা রাহয় অসিমক সমাক্তদা চংনবী, লৈত-লাইর, অনিগী থেম্নবদা মাইখিবা কংছনা বন্দি ভারবা ঐহাক্না জুংশিজরবা জুংশিবা হায়বা রাহয় অসি হোংদোকপা ভারম্মী।

মত্তুগী মতুঙা পুন্সিবু করেম্নব', জুংশিববু লরুবা, ভাইহাকী ওইনা থনবা রাখলনি হায়না ঐহাক চেনবা ভারম্মী। হিংবা হায়বা অসিমক থম্মোইতগী রাকম নুংঙ, হিংচা য়াইতম্নগী থবকনু হিংবদা চংই।

জুংশিনরম্বা মুপা-মুপীনা জুংশিদে হেক্ত হায়দোকপা ঙম্মী। চরা হেক্লবা মুপী অমনা চাকনিংবা মুপা অমা জুংশিরুবা অচু থাদোক্লুনা, চরা হেনমিন্নরিভৈগী অয়াবা অচু কাউথোক্লুনা ইনাক খুনবা মুপা অমদা জুংশিখিবদা ভক্তিভাই লৈত্রা ? —মচু হিংবগী লানকমসিননি।

জুংশিবদা মুভাইবা য়াওই। মুভাইবা কংত্রবা জুংশিনবা অমবা ইতত্তনা মাগী থম্মোইদা জুংশিবা অমমুং মুভাইবা হায়বা র.কম

অসি চাংদম্লরকই। মবানিগী চাংয়েংবদা য়ামবা থম্মোই অমু অশিবগী মনাক্ত হেক-হেক চংশিল্লকই, ঐশুনি ঙসি।

থম্মোইমুংদ মুংশিজরবমু, মতম্মা পুরক্লিবা পুজি-কোজেংন অসে সমাজ-কৌশিংদ তাইহাক পন্দুনা লৈরম্লবসু অশুম্মক তাকখিগনি।

থম্হৱবগী তুংদ, পুম্নমক ঐনা মাঙোন্দ হায়রুরবনি। মীনোবু মুংশিবদি ঐগী থম্মোইমুংদ অতুম্মক চেৎনা লৈগনি অদুবু চীনবা-হ্নোংদদি মুংশিদে, তৌশিন্নবনি, হায় জিনবা হৌদ্রবনি।

অসিননি মীওইবনা চীনবাহ্নোংগী রাগয়না নমথাক তৌদুনা পুক্লিংগা লপ্নেল অমত্তুদা চৎশিন্নরম্বা রাহয় অসি তোথাম্লনা তাহল্লিবা।

---

## তরামরিগুবা মুতাং

মুমিদাংরাইরমনি।

অনৌবা চহিগী অহৌবা মুমিংনি।

কোম্হোং হাংদোকখিবগী মথোল অমা তাই। কনানো হায়-মুনা ঐমা থোংনাওদা য়েংথোকখিবা মতমদা মীনোনা সাইকল অমগা চংলকপা উরম্মী। ইবেনিশুনি লাকমিম্নবা, অদুবু ইবেনিদি অহুম্মক হনখিরম্মী। ঐহাক থকংলম্মী। ঐহাক শোয়দবা থংলে, মীনোবু ঐগী মুমদা থাজিনম্লিবা অসি ইবেনিবা শোয়দবা শিনবা ওইরমগনি, বরদি মা মতোমতগী য়াথলদি ওইরম্মোই।

ঐহাক মাগী মতৌ য়েংগে হায়ডুনা ইমুংদ লোণ্ডুনা লৈরে। সাইকল অডুগী নাকলদা হিগোক মচুগী খাও অমগু য়াম্লি। সাইকল অডু ইনশিল্লকপনা ওমাং মচি য়োরে। সাইকল অডু থম্লে, অদুদগী য়াম্লিবা খাও অডু লৌথোক্লুনা য়ুম য়োনবা চংশিল্লকপা অডু উরে। চংলকপা মতমদা নাকলদা হৌরিবা উ-রা, ওমাং থেলোং ইংথোল শম্বল পুম্নমক অনৌবী লাকপনা য়েংবগী মতৌঙুম্না কোইয়েং কোইয়েং য়েংই। কনামম্তা লৈতবা উবদা মহাক খরমথৈদি পাখৎপগী মওং মাঙ্লি, অডুবু থোং অডু ইহাং-হাংদোক্লুনা লৈবা অডু উবদা খরমথৈদি নোকই। মহাক পাক কোদে। য়ুমগী নাকলদা অতৈ অতৈদা কনা কনা লৈবগে হায়বসি হান্না য়েংথোকই। ডাইহাক লেপ্তুনা লৈরে, কনামম্তা থোক্লকপা উত্রবদা বীনোদো য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনা কোরকই—

"ইমুংসিবু কনা কনা লৈবিবগে, করিগুম্বা অমত্তা হংজবা য়াগত্রা ?"

করি করম তৌরকদগে হায়ডুনা ঐহাক খুমত্রে বীনো ইকাই-বনা হুমাং মরিক মরিক কারক্লম্মী, মমাই অডু ডাংশং ডাংশল্লম্মী— ইকাইবা নংলবগী মতৌগুম।

বীনোগী মতৌ উবদা ঐহাক খুম্নরোই হায়বা ওমত্রে, করি হায়না খুমসিগে, করম হায়না হায়সিগে খল্লিতৈ ডাজা অসিমক্তদা বীনোদি মমাই লৈথোক্লুনা চৎকদগী তৌরম্লে।

"বীনো!"—

মহাক ডাশিন্নদনা চৎকে তৌই। মহাক ঐগী থোজ্জেলডনি ডারিবা, কাগী তৌগে হায়ডুনা ঐগী ইশকতি উহন্দে।

"কজবা শক্তি উবা ফংজদে, খোজেলওমক তারিবা অসিবু সনামহি কাচিন্দ লোংপ্রব্রা? সনামহি অহিংববু ওইরিগজ্রা?"

অতুগুম্বা মাগী নোক্লিংবা মাঙাং অহু ভাবদা ঐহাক লোয়্‌না তুমিন্না লৈবা অঙ্গ ওন্নক্লে। মপান্দ খোক্লে, নীনোদি চুরিতাকম ময়াদ লেপ্তুনা লৈরম্মী।

"ভুগীমচা অমা মতৌ য়েংবা ঙমদেহে, হমাং অনপ্পা খর কারিংবরা করিনো, কমদৌবিগে। নংনা করিগীনো অতুক য়াম্না হন্নোইনা কিনা খল্লিবব্‌, সিম্ন নয়ুম্নে খংলব্রা? কাখৎলকওদনা।"

"খংজরে খংজরে. নয়ুমদা লাকঅগ'তুক য়াম্না চাউখোকপা, হয়োংথৈদি লাকচরোই। ঐখোয় য়ুমদা লাকঅদি খংদি দন, ঐম্নু।"

"নীনো, নং য়াম' শাওরবো। করিগীনো ভিক্ষা নিবদৌনা চুরি তাকমদা অমুক লেপ্তুনা লৈরিববু, ওইলরিবা হায়তুরো?"

"ভম্মি, চংজরোই।"

"খংজরেনে, অচৌ অশাং কোন্দ শাংশি লৈরাংনিনা, কনাবা লাইর কোন্দবুদি চংবিয়ু হায়বা য়াংগদগেদো।"

"হায়রুরগা মাইদি অম্নম' হেক্ক হায়রকই।" হায়রগা নীনো মখুং শমতুনা ঐনা ঐগী কা তাম্না চংমিন্নরম্মী। ঐখোয় অনিদা কা অমত্তদা লৈমিন্নবা অতুদ থল্লোইদবা রাখল কয়া খল্লকই। অপাম্বগী নিং-খা ভম্নীংবগী খুদমনি হায়বা ঐ খংখি। অতুদু, কাম্নদবা মত-লান্দগী ঐহাক লাপথোক্কবা হোৎনৈ।

করিগুম্বা রাগী শারিউেন্দ হৈমা চংলক্কবদি হায়তুনা ঐহাক বা অমত্তা মপুং কানা ঙাংদে। পাখৎপনা তনিকপা খোজেলনি, মাম্নুনি।

মাঙ্গা মাগী থাওদগী অরোনবা মোনথুমকি অমদি কুমালকিনচিংবা অন্থ পুথোক্লুনা ঐবু য়েংহল্লে। পুক্লিংনা পাম্বা ফুংশিংবগী থুদোল-পোৎ ওইবনরা থংদে, পুথোরক্লিবা পুন্নমক ইকদ ফৈজে। মোনথুম অমদি কুমালগী অঙোবা ফিদক্ত থাদ্রিবা, হত্তুনা লোপ্পিবা, মৎল মচু কয়-কয়াগী লংশিংগী মচু কয়াগী তিন্নবদ থোয়কপা কজরবা কুমাল অমদি মোনথুম কি লাক্তনি। ষ্টাইলদ য়েংলুরবসু থোয়না পংত্তা তদে। ল ষ্টেয়কপশিংনা কজরবা লাই অমা য়েকপদা, চংলিবা মচুগী পোংচংশিং অত্ত তোথায় তোথায়না হেক্ত কন্-থন্ চোংথোক্লুনা উবংগুম, মনিংথিজে বীনোগী মথুংনা অমদি লংগী মচু কয়াবু রাখনা শিনজ্জিল্লিবা অত্নুমক।

কুমাল অমদি মোনথুমকিদ, য়েক্লিবা লাই, অমদি থারিবা রাহয়শিংত্তুগী মক্লিক চুমই। ফুংশি-ফুংওলগী থুদম ওক্তনি। অসুম্না ই, কুমাল অমদি মোনথুমফিশিংত্তুগী মথক্তা, কাউবা য়াত্রবা রাহয়-শিংদো, “থাদোকপিম্ন্রকো ফুংশিবা, হোম্র' ফুংশি-রাম্রী, মংনা ঐগী পুজিনি; কুমালদনা নং-ঐ, ফুংশি-লৈপুন, কাউনফুসি, থম্মোইগী চাম্পবা, নভুংলাংগী” নিংশিংনিজোই ওক্তান। ওসি কাওবদা নিং-শিংলি, লৈরি অমত্তা মাংদথে। বীনোনা পিন্নকপা থুদোলপোৎশিং উক্লবদা ইমাংদ বীনোদো কেপ্লবগুম শং-শং হেক্ত উই।

হক্তিক থংই, অসি ওইরেকে, ফুংশিনবা, ফুংশিনবগী ওমথৈরা, ঐনা থজ্জিবা আশা, ঐনা নিংলিবা রাথল কাইনবা।

“বীনো — —।”

“কন্নিগীনো অত্তক কম্না-হোনা লাওরিবদি?”

“ঐ হিংবদা মত্তিক চাত্রবনি, অর্থ য়াওজবা।”

—তুমিন্না মরু লুকথহুনা, লৈখিরম্মী।

"অহুদগী মথা কমদোরে।"

শিহ্নরিবা পিরাং থৈভোক্লহুনা, নোক্ল-নোক্ল কপ্লহুনা অহুন্না হেন্নামনিনা মথা তারকখি।

"ককভাওনহুনা থম্মোই কাইরবা ঐগী রাখল লমথুংকম য়াওরবা লম্বেলদ চংলিবসিনি, মরুপ!"

উপু মচুংদ মভম কুইনা কেতুকী লৈরাং লৈনমগা য়াওন্দুনা লৈরবা ভাক্তনি। লৈনম অহুগী মনম কোক্তবা রুমাল অমদি মোন-থুমকিশিং অহুনা ভশেংনা থম্মোই অসে হুখিবগুম তৌখি। করি-গীবুদি থম্মোই হুদানিঙাই লৈনি—রুমালগী কন্নবা, লৈরাংগী লৈনম-বীমোগী থুদোলপোং।

ভাঙ্গা চাবা থুদোং চাবা কংবা হায়রবসি লাইবক কবগী অতোপ্প থুদমনি, ঐস্ন হায়রহৌরগে হায়রহুনা হায়খিরম্মী—

"চাইথাইরিবা ঐগী কমুংসে থর লোইশিন্দুনা শেমজিন শাজিন-বীরম্মু। অহুই মথক্তা নংনা ঐগীদমক্তনি হায়রহুনা রান্না পামজনা লোক্লক্লিবা মোনথুম অহুমস্ন কুপশিল্লম্মু, ককরবা য়েংসি।"

ঐনা হায়রজবা অহুদ য়ারহুনা বীনোনা চাইথাইখ্রিবা কমুং অহু নিংথিজনা শেমজিনবিরম্মী। অহুগী মথক্ত "থাদোকপিগ্নকো হুংশিবা" হায়রবা মোনথুম কি অহুনা কমুং অহুগী য়াশি হান্নগুম নিংথিহনখি।

ঐগী ইমানা লাইরিক হৈবী অমা ওইরম্লবদি ঐগী মোনথুমকি অসি উবদা য়ান্না চিংনমিঙাই ওইবনি অহুবু ঐগী লাইবক কবদগী অহুমক্তি থোক্তে।

ঋীনো—'চৎলগে' হায়,

ঐনা—'ঙাইখো' হায়, মরমদি পিদে। ইকাইখ্রে মা, অচুবগী ঐনা—"নহাক চৎখিবা কদাইদগী য়ারনি, অসুম্বক নৈরগদবনি, নংন নহাল হায়ছদি, ইতোম্বত তুঙাইতে ঐশু। কমুং অসিদ নহাক্না হিপখিরোইজ্রা ?"

"হাইমা, ইকাইদমাক্লে—লুসু-লুহোংজ্রিবৈন অসুম্না হায়রিসিবু—।"

"অচু ঙাইখোমী, চৎখিজ্'বা :"

"খেংঞ্জে চৎলগেমী, হয়েং কোম্না অমুক লাকেবা। সে খুংসে থাদোকওমী ."

"থাদোক্লোই, পুন্সি'সিমগী থাদোক্লরোই। নংনা হায়বগা শুকয়া য়াররোই।"

অসিদবু ঐহাক মৈর থী নত্রিব্রা, আশাগী নৈরিদা চোংশিন্দুনা শিরগদবা। তুঙাইবদা তাংদুনা হিংজবা মীওইবগী আশানা অর.বা ওমখৈ খ্লোরক্লবদা ঐগী নিংলিবসি করি ওইরম্লগনি।

ঐহাক তশোংনা নিংবা কাইরবা মীশক অমনি, চুংশিরুবা কনাঙগী অমগী মকমদগী, নত্রা ?

## তরানঙাশুবা মতাং

নিংহন্নখিবস্ অহনবি।

রাকম অহুমক্তা থম্মোই অসে কাইখিবনি।

খন্দুনা য়েংউ, পুন্সিগী অরা-মুক্তাই খুদিংমক্তে মাবু লোয়নগে থঞ্জবা আশা, অরেম্বদা তাখি। মুক্তাই-য়াইকন মীনা লাইরবা মীবু হন্দনা য়েংবা হায়বসি ইনৌ-নৌবা রাকম নত্তে— রাকম অসিমক ঐহাক থংলবনি। পাউ অহুমক তাবদগী ঐগী ইমান ঐগীদমক্তে দুংনাংবা হৌরবনি।

নিনিগী তাইবংদ য়ুম্নোংবা মীওইবা, লাইরবা মীবু তনাকথুনবা মীশিংনা মমল কেপ্পা হুম্মী, অদুবু রাকম অসিমক চাইহাক্তগীনি, পুন্সিমগী ওইনদি নত্তে।

মসিগী মমাংদ বীনোনা ঐপ্তোন্দ রাকম অসিমক হায়রবনি। অদুবু ঐনদি কম্মিমত্তা থওই-রাওইদনা নাচুংদমখৈ লৈখোক্লি।

বীনো, জর্জ বীজয়গী অমত্তা পোকচবী মচানুপীনি। মপাগী আশাদ মচাবু মতম চুপ্প মথুত্তা হামহনা লৈজবা য়াবা ইমুংগী মৌ ওইহল্লিংই। অত্তোংবদা লৈথোনবা মশানা তাবনি। জিপ-কার মোত্তেক মোন্দুমদা য়াওল্লবী মচাবু করম্না খুবাক কুয়োন হুবমখৈ থবক শুগদবা ইমুংগী মৌ ওইহনা থাজ-য়োঞ্জবা হায়বসি মমা-মপা ওইবগী আশাগী রাংমদা লৈবনি।

জর্জ সাহেব বীজয়না ঐগী মুংশিববু মমল পিদুনা লৈবা শমগনি হায়দুনা মত্তিকরম্মী। অদুবু ঐনা লোকমাইদা থাহুনা য়োনবা

মমল মাইবা পোংকুম্না খলহনখিদে। তশেংনমক নুংশিবা হায়বসি লৈবা কংদবা পোংশক অমনি হায়বসি খংহনখি। অঙন্বী-ঙন্মদবীগী পোঙন্না খাংদোক-খাংজিন য়াবা নুংশিবদো ঐগী খম্মোইদা লৈখিদে।

পেন্দবা অমমা ঐ ইশামক্তগী তেন্দোক্লদুনা, ঐগীদমক্ত খনবদা চীনবান খক-খা কংদুনা মক্তমচুম্মদা অয়া-মাইখোং লাংশিন্নবী ইমাবু মানা শেলগী ময়াইনা মীবু মীনি উবা ঙমক্রবা মাগী মিৎয়েংদা হদুনা উখিবা অসিমক ঐহাক নিঙমখিদে। অদুবু মীচং-সঙ লৈজত্রবা ঐহাক খা-চিঙ্কনা লৈবা নঙনা করিসু তৌবা ঙমখিদে। নুপ্পাবীনি হায়বগী উশিঙ্তবগী মওংনি। তৌরিবা খবক, পাইরিবা কম অদুগী ওইরবদি য়াম্না পুকচেল চাউখোকপা য়াবা মীশক অমনি, অদুবু নত্তে মা।

মক্তম অসিদ ঐগী লৈখিদবা অপোকপা অদুমক লৈরম্লবদি ঐহাক অসি য়োনা শোন্থদুনা রাখল অসে হল্লম্লোইদবনি। অমুক পোক্লবদি শিগনি হায়বা মীওইবনি, অদুবু শিপ্লবা ফুংদ করি ঙাং-নহৌগদগে, অমদি শাগৈ-নাতৈ পুং-পাং পন্দুনা য়ারীনগনি খল্লুবদা ঐহাক তুমিম্না লৈবা ঙাখিবনি।

ঐহাক অমসুং ঐগী মরুপ প্রেমচান্দগা ঐখোয় অনি অসি মপানগী মিৎয়েংদ, কয়াদ খেন্নবা উরিবনো ? মহাক ডাক্তরনি, ঐহাক ইচম-চম্বা বী: এস: সি: নি অদুগী মখক্ত পনেম-পম্নো ঙনা নাউয়োক নাউকোক্রবী মচা, নুপ্পাবী মচানি, লাইরসু লাইরবা অদুগা প্রেমচান্দ লৈকাই অমগী মনুংদ শিংথাবা য়াবা লৌয়াম চাবা ইনাক খুনবা ইমুংগী অমত্তা পোকচবা মচানি।

অতুবু ঐহাক-মহাক মতম অয়াম্বদা মরুপ অমা ওইনা থম্মোই অমত্তনি, য়াথল অমত্তনি। মত্তাং অসিদ হংবা য়াবা রাকম অমনা কয়িগীদমক্ত ঐনা মাঙোন্দ হায়দোক্তে। অতুগা বীনোম্বী সুংশিবত্থু ঐগী মরুপকী মকমদগী নিরম্বা য়ংম্বনি। অতুবু চঁক্লবা মীনা লাই-য়বগী খোঙজিল্ল লেপ্পদ ইকাইদে। ইনাকখুনবগী খোঙজিল্ল লেপ্লুরবদি নোংমত ওইক্ষবসু অশাওবা মীংয়েং উয়কনি। কয়িননো? হংলক্লু! অতুম্মক থল্লু।

রাকম অতুমক্তি ঐঙোন্দ হায়বা নত্তে, অতুধু চিংনবমক্তনা হাকময়গ্রবা অমদি মীয়াম মমাংদ লুহোংবা কাইহল্লিংদবগী অয়াম্বা খোকথিবনি।

তাহল্লিংদবা পাণ্ডি, থংহল্লিংদবা কয়াসে; মৈমু ফিল কুপ্তুনা থম্বা য়াদবগুম থংলকই, তারকই, তশেংবনি। উন উন উশিন্নদবা ভান-ভান তাশিন্নদবা ভাক্তনি। মচাক্লুপীগা সুংশিনব কুপা, কুপীগী মমানা থংদবা হৌনদে, ওইথোক্তবনি। মরমদি মচাক্লুপীগীদমক্ত অকব বয় থনবা, থিবা হায়বসি মমা ওইবীগী য়াথলনি।

বীনোম্বী মমানা হেন্নতুম থংলিবনি, অতুগীসু মথক্ত বীনোম্বা মমাগা থংনবা-কাগী তৌনবদা ঐগী ময়মদা হেক পন্দুনা ভাংই-শকই হায়বসি বীনোমা ঐঙোন্দ হায়রকই। মতুদগী ঐ মথোয়গী মমাদ হজোইবদি অয়ুম্মক হৌগ্রবনি।

জর্জ সাহেব বীজয়না ঐগা কয়া হজোইনদবা মী থারক্তুনা ঐঙোন্দা সুয়া হায়হল্লখি—

"হেরামনি, নহাক বীনো অমসুং প্রেমচান্দগী লুহোংবদা অকাইবা খোক্লবদি নংগী দাইত্তনি।"

"করিগী ?" ইঙক-ওক্লহনা হায়দোকখি।

"ময়মদি, নহাক মীনোগা মরি লৈনৈ হায়বসি মাগী মপাবুংনা থঙই। কায়রোই! মাগী য়াথল খদোকউ, নহাক অমসুং মহাক য়াম্না খেনৈ নহাক মীনোগী ময়দমক মতিক চাদে, নংগী অতোপ্পা অমা থিয়ু, মহুদ অচংবা শেল খরচ পুন্নমক জর্জ সাহেব মীজয়না তৌগনি হায়রকই "

"অঙকপনি! ইশাগী নিংথ তম্বা অপাম্বা সুংশিবনু, শেল খরগীদমক শিন্নবা তাররা ? হা হ —হা ... ... ...।"

মতাং অসিমক্তদ ঐঙোন্দ শেলগী দরকারসু অঙকপা ফংনা লৈরম্মী। ময়মদি ঐগীদমক্ত চরম কংলবী ইমাগী লাইয়েংনবগীদমক অহুবু ঐহাক্তী অহুগুম্বা শেল অহু কৈদোউদসু শিজিন্নরোই খনখি।

জর্জ সাহেবকী পাউ পুরক্লবা মুপা, অমদি হেনগৎনা তম্নরিবা মীশক অহুদ ঐনা ঐগী অশাওবা অহু থিংবা ওমদমথৈ সুম্না হায়-থিরম্মী—

"ঐহাক, ঐগী ইশা অসিমক কনাগুম্বা অমগী মফমদদি মমল করিসু য়াওদবা মীশক অমনি, অহুগা কনাগুম্বা অমদনা মমল নাই-দবা মীশক অমনি, কৈথেল পোল্লক্ত য়াম্না হোন ফংবা অঙাংনা শান্নবা লাই কদিবীগুম্বা পোংশক অমা নত্তে, অহুগা মচানুপীগী লুহোংবা কাইবা খোক্লবসু ঐগী দাইত ওইফম খোক্তে, ময়মদি ঐহাক লুহোংগদৌরিবা অহুগী কর্মগী ময়মদা রৈখাইবা শনি নত্তে। ঐহাক য়াম্না পুকচেল চাউবা মীশক অমনি। অহুগা নহাক্না পাউ অসিমক পুহনা লাক্লিবসি নহাকী অশোয়বা য়াম্না চাউবা ময়াল অমা লৈরবনি অহুবু পাউ পুরকপা মীবুদি ঐনা ভাকপিবা ওম্মী।

করিগুম্বা অসিগুম্বা য়াহয় অসে মংগী গুর্দ্দ সাহেব মশামক্না হায়রম্বা তারবদি মহাক করি ওইনি খংবরা ? চৎলে', ঐদোন্দ অদুগুম্বা বা অনৎপা হায়রবা নত্রগা তাহল্লকপা য়ারোই। মরমদি মহাক অসিমতমক খংউ, ঐহাক পাংদবা মীশক অমা নত্তে হায়রবসে।"

থুদক অদুমক্তদ ঐবু শেলনা থেমতুনা য়াবা অমদি মুংশিববু শাম্নপোংকুম থনবা মীশক অমা নত্তে হায়রবা মরেক শেংনা তাক-খিরম্মী। অদুদগী পাক্ত পুরক্পঃ মুপাদু অমুক পদুবা লৈহনা অদুম্মক চৎখরে।

কয়াদ ভকপ্রবা থোদোনো শেল পাইরবা, নাপলনা থুমহৎলবা মীওইবশিংসে লমচৎ য়াওরক্তে, মীমুংশি থংলক্তে, অচুম্বসু অচুম্বনি।

হৌজিক ঐহাক করম তৌবা তারি ?—মরুপকী মফমদা অমদি বীনোগী মফমদা, থনফম থোক্তে।

শেলগী মতেংনা মথোনাবু অরানবা মওংদা শিজিন্নবদা পুক্নিংগী নিং-খা তম্বা পুন্নমক য়োম্থোক্লবা মীওইশিংসিনি, সমাজ অসিগী মমাইদা হামুক তৈশিল্লিবা, মশক থিহল্লিবা।

---

## তরাতরুকশুবা মতাং

মা থোরক্লে হায়বা তারবনি।

অহুবু, অমুক্ত উমবা ওম্মুদেদ।

ঐবু শোয়দনা রাখংদবদা তারমগনি থম্মুনা লৈরিহৈদ প্রেমচন্দ চংলক্লম্মী।

লাকপা কুইত্রিবগী হৌনবী মশক-সু অদু ইথোক থোক্লমদে। থংমু থংলুদ্রে। মানা হাম্না কৌরকই। ঐশু য়ুমদা অমুক হল্লিদ্রে মাগা—ইমাবু উযদা থুরুমই, থাগৎনিঙাইনি, মাগী লমচৎ ব্যভার।

হংখি—"মরুপ! নহাক চিঠীদ ইরকপা য়ারোল অদুবু কমদোৱা তারিবগে?"

থংজিন্নদবা শাত্তনা—"হংদেদ, করম্বা অরোনবা য়ারোল ইখি-বগেনে, খোয়দোকপা ইখিদেনা, ঐনি নিংশিংবা থোক্তে।

—"তৌহৌদ মরুপ! ঐঙোন্দবু লোক্তুনা করি কায়গনি, হায়-দোক্নো। লোংলবসু লোত্রবসু থংলক্কদবা মরৈরবা।"

—"করি ইখিগেনে?"

—"কাউত্রবোইয়ে, নং হয়েং নমিং ফাও' কাউদ্রে হায়বা মীতাক্তুনি। কায়দেদ, হক্তিকপু নং কমদোৱা তারিবগে, হায়নৈ শিংনৈ হায়বা সুপীংবু য়েংলুসি হায়দুনা লাক্লিবা নত্রা? ময়ুম্বু থংলত্রানে?"

—"করি থংদনেগে, অদুবু সুপীতুবু ফজরমগত্রা নত্রগা কমদোৱা জাংনো, ফজরম্মদি কৈদো, ফজরমত্রদি ঐদি লখোইতুনা চৎখিনি।

—"অদুগী হায়রুরদি মরুপ! ইথুংমক্কা খোয়দানা থিজবা নৈরাংগবুদি কদাইদগী মায়গদগে। অদু, হক্তিক্কী কমদোনি, কদাইদগী চেনবা য়ারনি। হোরেল নংবু মসুন চংবা ঙমগত্রা নত্রগা খোঙাম্দ চারুরগা তোকদোরিবা? তাংদাংবা অমদি হায়দুনা অমুক্ত তাসি।"

—"হেরা ময়ুমদা চংবদুদি কদাইদগী, ইকাইজত্রনে।"

—"করিগী ইকাইদোরিবা?"

—"হেরা অতুমক্তি হাকমল্লেদনা।"

—"কুরিগী হাকমল্লুনেগে, অতুক লিরবা পাখং নংনবু ইকাই-রিবা, লাইরিক লাইশু তম্নিত্রিভৈগী পাখং ওইরদি নংসে পাখং শরিনি হায়রগদবনি। চুক্তিকী বরসে লিমল্লবদি কুজদে হায়নরবনি, খংঙেদন'।"

—"নংন হায়রসিনা মখোং চাবা য়া'মক্তা হায়রকওইদবনি, ঐনা খরগা ইকাই খীমনবসিদ লক্লবা য়ারনি হায়তুনা পংলক লক্লরমাগ্নে।"

"লক্লেদ, হয়েং নমুম পানগ্রদি কৌবকাও খুম্রোই। য়ারিদৈদ খর লক্লবা হায়হনি।" অতুদি তুমিং ওাশিল্লকদোরে, চৎলসিরা! অতুগা কদাইদনো তুগীচবু য়েংলুদৌরিবমু।"

—"অতগীদি, মখোয়গী মখা খংবগী অতদা ঐখোয় ইমাগী মক্তা অমা লৈ, মানা অয়াম্বা শিল্লিবনি, মখোয় ময়ুমদা।"

—"করেনে চৎলসি লাকওনে।"

—"ভাইখো', নহালগী ঐনা খাখিবা তাজমহল অতুদি, কদাইদ চৎখ্রে, কনাদ পিখোকখ্রে।"

—"অতবুয়ো, অঙাংশিংনা পামই হায়তুনা ঐনা চৎশ্রিদৈদ পুখিরম্বে।"

—"হায়জল্লিসে, শোয়দনা খুদোলপোং তৌখোক্লুগনি। হৌদোং তুমিন লৈবনা চকু ওম্মী হায়তুনি, তুমিন তুমিন কংসে য়াম্না ওকইকো। ঐম্নু মরুপ অমনি, নংগীহু অমুক্তদি মশক খংগেদমা হয়েং লম্বেল-লমখাংদ উরগা লক্লদনবা।"

—"হেরা কজাংপোক্কেদ, পংতৌ তৌশিনবা হায়বত্থনি 'শুম ইমা-মবা রারী শাম্নরকপদা সুক্তাইত্তে হায়ত্থনা থম্বিদ, কমান ঐখোয়দি যুম পানবগী আশাগাসে লৈপোক্কে। কুম্বিৎ শেগাইবা, থোজা'ও অত্তংপদা রায়কপা সুপীনবু কয়াম করম্মগনো, কয়াম কজগবনো ?"

—"অদুদি, অশেংবা সত্তীনিহে, নংগী থম্মোই চপ চানা থংলবা সুপীনি, থাদোক্লক্নুকো।"

—"হোয়, ঐগী য়োংনা চু পাইবগুম থাদোক্লরোই খল্লি, অদুবু থংদে হয়েং অকবা সুপা উরগা, পুকচেল অমুক ওনখিগনা ?"

অসুম্না লাইহাক কমত্থনা রারী-রাতাই শানরবা তুংদগী ঐহাক মরুপ প্রেমচান্দগী হায়বৈ শিংবৈ হায়বা সুপী অদু য়েংলুসি হায়ত্থনা লাকখিনরে। ঐহাক্তী অমুক তৌদবগী কোনবা থন-থন ইকাইবা পোকই। অদুবু, নাঙীদি অততাই তারবা, অদুগীসু মখক্ত মযুম পাল্লমদাই পাথং-লৈশাবীশিংসিনা ইক ই-সঙ্গোই হাংবসি ঐ, ঐগী মরুপকী মতোংদগী থংখি।

কন সুক্তাইয়ে, মযুম পাল্লমদাইগী সুপা-নহাগী রারীসিসু জাৎ-জাৎ শায়কদবনি। হৈদি-হৈমদে। অদুবু, হয়েং ঐখোয়সু শোয়দনা তৌরকনি থনবদা অদুম তাশিল্লে।

অদুবু, মরুপপ্না সুক্তাইখিরোই, চিংনখিনি থন্দুনা ঐহাক নোকখি নোকপা খুদিংগী খিংওমদবা থম্মোইগী ঈকুংকী ঈরা মিংথগী শিল্লুখি। খুদক অদুমক্ত ঐহাক হায়দোক্লসিনা থনখি, খামখি থম্মোইনা তত্থনা।

"হে মত্তম! লাক্লোগবা তাজা অদু থংলক্লনবা মানা, অদুগা করম থোক্লগবা ?" নহাক ঐতোন্দ হায়রম্নীবা রাতাদুগা, ঐহাক

ডগ্লোই, কৈদৌগুম্দ হায়দোক্লবোই। থম্মোই অসে মচেৎ-মচেৎ কাইডসন্থু। অডুবু মরুপকী মকমদা অমদি বীনোগী মমা-মপাগী আশাগা ঐগী রাখলগী থিংডমজবা ঈচেম্মা কৈদৌঙৈদম্ভু অপনবা পিরবোই।

অদুগা বীনোনা ঐবু করি থনবা, মতম অমদা, মাগা ঐগা জুলনবগী মবি কেংরবগা মতমদ মান। হায়খিবা রাহেয়শিং অদু চুপ্পা ভারক্লবা. চুমম্ম চুমগনি।

৬. নিংশিংলক্লে, মংগোন্দ নোংম ঐনা রাশক অমা নিখিগে হায়বদো, মহাক যাররড্রা? —চিংনিঙ্ডাইনি। অদু পুক্লিংনদ কেপ্লে, মতুঙনি ঐগী উপাই, নত্রবদি ঐহাক কাল্লগে, করি ওইফম থোকই, শোয়দনা হায়গনি হায়দবা য়ারোই।

অসুম্না ঐহাক রাখলনা কোক অসে ভাওরম্মী, পুক্লিং অসে লৈঙাখিদে, নংব কাইখি।

নিংবা কাইবা হায়বসন। বাখল থনবগী অহানবা মচাক্লি, ঐহাক কুমিজদগী থল থংব হৌরবম্মী। শিজিকাও অডুম থনপ্রগান।

ঐঙনা মীগী ওইপ্রবা, ঐনা করম তৌবা, অয়োংপা শক্তমদরা নত্রগা পুন্সি অসে সংসার্দগী থাব্র। লাপ্পা মকমদা, কনানম্ভু উররোই দবা মকম চেনখিমদগা, অনিসিতনি, ঐনা হিংনবগী, কাহনবগী লম্বী। নত্রবদি ঐহাক পুন্স অসে হিংবগী অর্থ রাওররোই। লম্মুক্ল-রগনি, নত্রগা শুইজবা থাদোকপা, মরুপকীদমক্ত মুংশিবগীদমক।

থল্লু থল্লু খুদিংদ মুংসাম্বর মগী ফুইন হোনখি, থম্মোই অসে তনিক তনিকই। থম্মোইগী রাখল! থম্মোইদ অডুম্মক লুপখি। রাখল থনবনা ঐগী হৈনবী ওইখিরম্মী।

ঐগী লুংশিজরবী থম্মোইলুংদ চেংম থমজরিবী। অমত্তা তাই-জরবী বীনো ঐগী মরুপ প্রেমচান্দগী হায়ন শিংনবা লুপী ওইথি-রম্মী। বীনো ঐবু উবদা করি থল্লমগদবনো থংদে।

ঐ অমসুং মরুপ প্রেমচান্দখোয়গী মমাগী মতাগী মযুমদা কম্লিইদা বীনো কনেক মমেক নাইবা অমা থিল্লকখি। ঐদি মাবু উবদা ইঙক-ঙকখি, মাসু ঙক্নমগনি। অদুগা তাইহাক লৈরগদি প্রেমচান্দনা অসিনি ঐগী হায়ন শিংনবা লুপীত্থ হায়দুনা তুমিন্না হায়রকখি।

ঐনসু—"মাগ্না কৈজে, মাইহে অসি ওইরদে লৌশিনহৌরো। হোরেল নখোয়'মাদ নংনা নশানা মারে পাম্মে হায়রগদবনি।" হায়দোকখি।

থংখি ঐহাক মতম অদুদ, লুপাইবগী তমথৈ অন্নাবা ওইরে হায়বসে। মঙগুম্বা থৌদোক তাক্ত ইমাং মক্তম মথং-মথং ওইনা থোকখি। নোকভবগী শকক্ম, অন্নাবদা হঞ্জিনবা থংহৌদে, মিৎলু ঙঙ্গা চেনখি থংনদবা, তাকথোক্লদবা থম্মোই মাতনাদি থংলম্মোই, অতুবু ঐগী থম্মোইদি অচাকপদা থী চৈবগী মতৌগুম চাকখি। মতু প্রেমচান্দ উখিদে, থংখিদে —ঐহাক কোক তাওখি, মিক্ত তন্দন পাইখি। থল্লকখি ইতোমত্ত—"ঐনা তৌরিবা থৌদৌ থুদিংমক লুংশিনবদা ম্নাওবা কাইনবগী শক্তম্ন?" তত্তনা হংবা থম্মোইলুংগী হাকন্নী, থুম্নকখিদে।

---

## তয়াতরেৎশুবা মতাং

থংলকপনা হানখ্রে।

কন য়াম্না লোৎলুহুনা কাম্নখিজ্রে।

থংহৌবে মতম, হয়েংদি প্রেমচান্দগী হৈজিংপোৎ পুগনি হায়বা তুমিন্তুদনি। মহাক ঐতোন্দ য়াম্ন শাওথি তমশ্রুং মরুপ অমগী মকমদা চৎবদবা লিচৎ চৎত্তে হায়রম্লগা মখা তারকখি—

—"হায়দোক্লিব্রা করিগীনে ?"

—"করিবো— ?"

—"নংনা লোৎলিবা, ঐনা থংলিবা য়াংখম ভাসে মচুম্বা নত্রা ?"

ঐহাক পাথংলম্মী, অদুবু ঐহাক করিনত্তা থোশদহুনা অতোপ্পা নকোইননা য়ারী অমা পুথোক্লম্মী, মহ মশাক্তু থক য়াবমদে। থম্লে, য়াকম অসে থক লোৎপা য়াররোই।

"—ওইরম্মোই, অরানবনি"

—"নত্তে, অচুম্বনি, ঐহাক য়াম্না মুম্না কুপ্না থিজিন্নবগী মতুংদ মতোন্দ হায়রক্লীবনি। নহাক্না ঐবু মরুপ অমনি থম্নবদি কৈদোকৈদেত্তু মীনখা তাংলোই।"

—"ঐহাক কৈদোকৈদেত্তু মীনখা তাংখিজ্রি, তাংগে হায়নমু থদে।"

—"অদু ওইরবদি নংনা করিগী হায়দোক্লিব্রনো ?"

"ঐহাক পুম্নক থংই।"

"কনাগী মরমদা ?"

"নংগী।"

—"ওইথোক্তবা রানি।"

—"করম্না ?"

—"থাঙ্গব ঙম্লোই, কৈদৌহুংদগ ঐহাক্তী।"

—"হান্না থিজিনহৌদবা, পুম্নমক ঐগী ইরালনি। অদুগা নহাকসু মরুপ অমা ওইবগী পুকচেল চেন্দে। মৈবু কিনা কুপ্তুম্না থম্বা য়াদবনি। অরোনবা পোৎ কোংলকপা কুইদবনি খল্লু, অদুগা হায়রক্উ—মরুপকী অশেংবা করিনো ?"

—"ঐগীদি মরুপকী অপাম্বা অদুমক ঐগীসু অপাম্বনি। মহুদ ঐহাক ঙম্মথৈ মতেং পাংজগনি।"

—"নত্তে, রাখল অদু ওয়রে। মরুপ অমগী নিংঙমদবা অদু ঐহাক্তীসু নিংঙমদবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী থম্মোই অমত্তা ওইনা তিন্নরকপনি, লোয়নরকপনি।"

—"অদুনবু ঐনা হায়বা য়াবিয়ু মরুপ। শোল্লবী প্রেমচান্দগী ইমাগী সেবাশিংদমক্ত নহাক খীনোবু লুহোংউ।"

—"হায়হৈদেনে মরুপ।"

—"চাইঙমদবা পুন্সিগী অম্না কোঙ্গাই হৌখিবা থংহৌরোই। শিবনা খীওইবগী ঙমথৈনি। তশেংনমক ইমাগী আশা, নংগী লুহোংবা ঐহাক কাইহন্নিংদে। খীনে', ডাক্তর প্রেমচান্দগী মতিক চাবী হুপীনি। কখোকপা, থাদোকপা মরুপকীদমক পুকচেল চাউবা থবক অমনি, অদুনা ঐহাক মরুপকীদমক ওইজবা থাদোকপা তাই, পুকচেল চাউবা তাই, নত্তবদি মরুপকী লমন কৈদৌঙৈ ঐহাক্না শিংবা ঙমগনি।"

"মহু ঐগী ইথৌনি, নংগী নত্তে— ঐহাক তসিমক চত্‌লো হায়রুনি, মুহোংবা অসে তোক্লনবগীদমক; নত্রগনা ঐহাক্না মফম-সিদগী য়াম্না লাপ্না চৎখিবা তাই।"

—"মরূপ! ইমুংগী ইজ্জৎ য়েংউ।"

"মুংশিবব লকোন পোংকুম থনবা নংগী থম্মোই ঐহাক তক্কবা তমদে, চীঙ্গাম্মোংগী য়াহয়না মুংশিদে হায়রবসু নংগী থম্মোইদা তমুক্ক হংউ, বীনোবু পুক্নিংগী থাদোক্পা তত্রগন্না হায়বুনা।"

"তত্রগনি, মাগুম্বী অমা থাদোকপদি কৈগু লৈতে।"

"নংগী থম্মো ইহুনসু ......।"

—মাক্নি, ঐমক্না হায়রিবশিনি। য়েংজোই মরূপ, ঐন নাংতোন্দ ক্লিগাও শানা নিকরি। কহেনব. পান্না মীওইবগী তোনশানি. ঐগুম্বা লাইরু চুংনরব, পুং-পা গুনা নাংতোব-নাংকোক্নবী অমগী মহুত্তা নংগুম্বা মরাইবক ফব অমগী লাইবক ফবী ওইবদি সুনাবু থাদোক্লগা মনিবু মখুংনা কংজবনি।"

—"ওইথোক্তব হাকমনি।"

—"ওইথে কনি, নতোন্দ নখোঙ শোক্ক হায়জরি। বীনোবু নংগী পুক্নিংগী থোংনোই ওইবিয়ু।" বীনোগী মুক্কাইবত্ত ঐগীসু মুক্কাইবানি, নহাক মাসি থংলমদবা য়াই, অদুবু ঐহাক্তৌ মুংশিনবা মীনিনা তশেংনা থংই।"

—"ঐহাক মরূপ হাংপা পাপ পুম্না তম্নোই।"

"ইশামক্না য়ারিদনা—।"

ঐহাক না মথা তাখিদে, মিত্তা ঈরা চেনখি, থম্মোই অসে নংগুম কল্লগে খনাখ। মীহুংশি থংলরোই শাহিং চাবা তীবগুম

হিংলগে লিংখি। ঐগী অহুওম্বা খুম্নকনি হায়বগী খঞ্জনিঙাই ওই-রব; য়াওং কয়া অহু তাবদা প্রেমচান্দ ইঙেক-ঙকখি। মহাক তৌকম খংখিদে, ঐসু তৌকম খংদনা অহুম্মক তুমিন্না কময়ূনা লৈহৌরে। মহাক য়াম্না ওম্বা থোকখিরম্মী। অতুবু. ঐদি নোকহৌই। নোক-নোক্ক চেন্থরক্লিবা নিংঙমদবগী পিরাংদি অতৎপা লৈখিদে।

"কখোক্রবা থম্মোই হান্নবদো ওইথ্রবাদ্রে, তুশিবগীদমক কপ্পা ঙমলক্রে? খনখি হৌজিক কপ্পি তৌগনি?

মীওইবগী পুন্সিগী ঈচেলদি অয়া-অঙাই অনিমক য়াওই। নিংবা থুংফগা কপই, অঙাইরগা নোকই। অনিমক্তা য়াওরবা হে বোংগী লংগী পুন্সিতনু ঐনা বল্লকই। তশেংনমক ঐঙোন্দদি অমখক্ত তুংশিন হাৎসবসিমক অয়ান্দগী মশাক্তা তায়বা থংখি। ঐহাক তুংশিনবা কাইনরবসু মীয়াংদ থক অরাবা মাইথোং উৎলোই, ঐনু উরগা মীশিংনা থম্মোই মরগনি।

চৎলগে হন্জিমক. বীনোদ হায়রুরগে—"কাইনরসি ঐথোয় অনি, মানা য়ারক্লা? চিংননিঙাইনি।"

তুংশিনবনা থুমকৎলবা ঐগী থম্মোইসিনা হিংবগী অশেংবা অর্থ কপ্পিনো হংলক্রে। ঐগাক শোয়দনা মতুগী পাউথুম পিগনি। ওইজবা থাদোকপনা পুক্নিংগী মঙাংবনি। তুংশিবা হায়বা অসি থম্মোইতগী য়াকম ওইরম্লবদি অসি খোনা খাংঙমদবা লৈরম্লোই। অপাম্বা,হকচাংগী মঙাইবা থিবা অসিনা পুক্নিংবু আয়াবা ঈপাক্ত হেক-হেক লংথে। মসিমক ঐহাক থাদোক্রগনি, থম্মোইতগী য়াকম ওইনা থমগে খনখি।

ঐগী মুতাইতবা, মাইথোং মকশিনবা অসি উবদা ইমানা— "কৈদোরগে, নহাকপু মুমিৎ খুদিংগী মচি-মচিদ কমছুনা য়াথলদ ভোছুনা লৈরববু, করি মুতাইতবা য়াওরবগে ? নমিং থুংদবা করি লৈরবগে ? ইমাদ হায়য়ুদনা … … ।"

খঙরবা আশানা নিংথা থুংত্রবদা, কনাদবু হায়দোক্রসিগে, হায়দোক্ররোই, কনাদসু হায়দোক্ররোই খন্দুনা ঐহাক ইমাদ অস্তোপ্পা রাকম অমদা নাকোইননা পুখোক্কুনা করিগুম্বা রাকম অমত্তা খংহনখিত্রে ।

নিংশিংবা খোক্তুবা য়াম্না কুইনা কাউথোক্কুরব রাকম অমা ঐহাক নিংশিংলকখি । বীনোদ ঐনা মিগদবা রাশক অমা লৈরি ! মহু হন্নকী মত্তাংসিদ মহাক ঐগীদমক থক্তবা রাথল খুদিংমক থা-দোকই । অদুগা মরুপ প্রেমচান্দগা লুহোংউ হায়বগী রাকম অসি হোৌদোক্রগে নিংখি ।

য়ারকত্রা মানা, হংহনজদি য়েংখিগে—য়ারক্তুগনা মরুপ অমগী-দমক্ত ঐগী পুন্সি অসে কথোকপা তাই । করম্বা মওংদা ? মতম্না শোয়দনা খংহল্লকনি, অদুগা লমজিংখিনি, শেংলবা রাথলনা কনা-গীদমক্ত থাদোকদগে ?

---

## ভরানিপালগুবা মতাং

"নংবু ভাওব্রা ?"

"ভাওদে, অছু ওইরম্ু ... ।"

"নহাক্ননা ফুংশিনব্রিৱৈদ খল্হৌবা য়াব্রা ? মীগী মচাফুপী অমা নংনা ফুংশিবা ভম্বীক্নরে অছগা ফুজিকপু ফুংশিন্নরোই হায়ব-সিবু য়াগক্রনে। কায়দে, মরুপ-মপাংগী রাগা করিমত্তা য়েংলুহু। ফুংশিনবা হায়দসি দৌন-দৈনক্রবদি কৈগু কায়দে। ফুজিক্তী নংন ফুংশিদে হায়রিদনা, হয়েং কনাগুম্বা অতোপ্পা অমগী ওইখিবা ভারবদি শিত্রিকাও নিংবা থুংদবা মীশক অমা হায়বত্থ ওইরগনি।"

—"ঐবু— ।"

—"থাজো, ঐনা হায়রিবসে। অমুক্তং হংউ, নংগী খম্মোই-ফুংম; ফুংশিনববু ক ইননবগীদমক্তর৷ ?"

—"ওইরমদবা য়াই, অছুবু ঐদি ভশেংনা থাদোক্লগে খল্লবনি।"

"নংভগী খন্দু, বীনো নংগী ফুংশিনবীনি, বীনোগীদমক নহাক খল্ল খনবা কৈফ ।"

"খল্লি অছ ওইরবসু বীনোবু থাদোক্লগে। ঐ মানা হায়বা থুদিংমক্ত য়াররোই।

—"মকু ফুংশিনবগী লিচং নত্তে ।"

—"ওইদসু ... ... ।"

ইবেনিনা মাগী য়াঙাং থুদিংদ ঐবু চপথংলক্তুনা কাউওমজবা হৌথিবা থোদোক কয়া নিংশিংহল্লকপদ ঐহাক বীনোবু ভশেংন

হন্দোকে খনবা অমদি ইশক কাওবা উন্নয়রোই খনবা অহু ঙম্লক্তে। ইবেনি লাক্তি ৈঙবী মমাংদ মানা ঐবু উন্নসি, অমুক্তা লাকউ হায়রুনা পাঙখাং কয় খারক্লবনি, অহুবু ঐনা ঙমহুনা চৎখিদে অহুবু ঙসিদি চত্তবা য়ারোইদোরি নত্নবদি বীনো ঐখোয় য়ুমদা লাকনি হায়রকই হায়।

উন্নবগী খুজিল খোয়াং পুন্নমক ইবেনিমা শিনবা ঙাকনি। ফুমিদাংয়াইরমনি। অমম-অঙান শিন্নরকপা ভাঙ্গা অদয়াইনি। লুহাংগদবা মতমস্থ খজিক ঙাইশিল্লবনি। হৈজিংপোৎ পুখিবগী ফুমিৎ নিনি চনবা ফুমিত্তনি। মশানা য়াদে, লুহোংখিরোই হায়রুনা কপ্পগী য়া ইতৎ-তশুনা তাবা কংই। মাগীদমক্ত ঐহাক খন্দবা ঙমদে মরমদি বীনো ঐগীনি, ঐনা মাবু হন্দোকপা ঙম্লোই খল্লহনঃ ঐহাক মাবু উনবা চৎখি।

মহাক ঐবু উবমকুন অতৈ হায়খিদে "ঙসিমক ঐবু পুবিয়ু।" ঐহাক কায়কম খংদে, মঙোন্দ হায়গে হায়বা ঙমখিদে অহুবু ঐহাক খম্মোই অসে নুংগুয়: কনগে খঙ্গ্রবনি। অহুনা মানা কায়রিবা খুদিংমক ঐহাক মাঙোন্দগী নৈখোক্লবা হোৎনগনি।

অসুম্না হেক খল্লুবদা ইতোম্মত্তা হংকৈ

"ঙম্লগত্রা পুন্সিসিমগী ?"

—"ঙম্লগনি, ঙঃক্রবস্থ ঙম্নবা হোৎনগনি, মরমদি ঐহাক মরুপকীদমক্ত খাংোকপা ঙাই, অহুগা হান্নস্থ কায়গ্রবনি।

—"করিগীনো নং অহুক ভাহরিবা, ঐহাক নংবু পুত্রিঙৈগী মমাংদ নঙোন্দ য়া অমা নিংশিংখিগে, নহাক মহু নিংশিংলমগনি, অহুগা য়াকমস্থ খোকই।"

—"য়ারোই ঐদি নংনগা হায়বা'মন্তা, ঙসিমক ঐসে নংগা চৎখিন্নসি, নত্রবদি ঐহাক নংগী পেন্নবা ইতোম্মত শিজগদবনি ।"

–"হায়রৈদে, মমল য়াম্নবা মীওইবগী পুন্সিনি হায়বসে নহাক খংউ ।"

—"খংই, অদু ওইরবসু নিংবা থুংত্রবী অমনা হিংঙ্ৰবগী কায়বা করিসু লৈতে । নহাক য়াওরোইদবা পুন্সিদি শিখিবনা হেন্না কৈ ।"

—"করে, ঐ নংনা হায়বা থুদিংমক য়ারগে । অদুগা নংনা মহালয়াই নুংশিনবা হৌগৎলকপদা শকখিবা য়াশক অদু নহাক নিংশিংলিবরা ? মদু ঐ ঙসিদি নংগী নকমদগী নিরগে । হায়মু নহাক মদু পিরোইজ্রা ?"

মহাক খুমদে, তুমিন্না লৈখি । ঐতোম্দ য়েংলগা মদিং ঈন্না চেনবদি খক লেপখিদে, ঐসু তোকম খংখিদে । ঙাইহাক ঐখোয় না অমত্তা ঙাংনদনা তুমিন্না লৈনখি । মতম অদুদ খীনোম্নী থম্মোই-দুংদ ঐনা ত্তাবা কংত্রবা মরোল কয়ামুক্রমসু লোন্নমখিনি, ঐগীসু থম্মোইদুংদ হায়দোক্লসিন্না—হায়ওমসিন্না হায়বা য়াথলগী ঈথক কয়া ঈহৌরক্লি ।

খোংলবা চুগীগী থম্মোইদ, কয়বা ঐগী কাইনবগী লাংবন চুংশা-ঙুবা মৈচাক অসিবু করম তৌনা মাগী মকমদা ... । ওইথোক্তে, হায়ররোই । —অদুবু নহাক মরুপকী মকমদদি ওইজবা থাদোক্লগে হায়খি, নিংশিংলুবদা ঐহাক হায়দবা ঙম্রোইদোক্রি ।

—"খীনো, নহাক ঐনা হায়বদু য়াগত্রা ?"

মহাক মহাক্না চৎসি হায়বা য়াকম অদু ওইরমাম্লে হায়দুনা নোককেং তৌনা খুয়কখি— ।

—"করিগী য়াদগনি হায়বগে, করম্বা মতমদা তামোনা হায়বদ হিক্কোকখিবা, য়াদবা য়াওথরবগে। করি য়াশক্লো হায়রো ? অদুগা ঐদিনে করিগুম্ব তামোনা পুখিরোই হায়রবা অদু ওইরবদি ঐদি হায়জরি'সনি— তামোগী মাং থাদুনা ইত্তোমক্তা শিখিনি।"

খনথি, ঐহাকপু থাজসিন্না ! মহাক অসিমক লুংশিবগীদমক্ত থরাই থাদোকপা ওসী মীশক অমা ওইরমগত্রা ? মমাংদৈগী হৌখিবা য়ারী কয়াদ লুংশিবগীদবক্ত থরাই থাদোকপা ওবা মীশক য়ায়া তাথি। মহাক্না শিত্রিকাওদি ঐগীদমক্ত মানা শিবা ওসী হায়বসি থংত্রি। শিনমবগীদমক্ত লুংশিনবদি নত্তে। অদুনা ঐহাক মাগী য়াকম অসিদ কৈদোঙ্গুংদত্ত থাজবা ওল্লোই।

—"তশেংবদি বীনো, লৌন-লৈনবা ওাক্তমা লুংশিনবা নত্তে। লুংশিবা হায়বসি থম্মোইত্তগী য়াকল্লী, মপাম্বোংগী হকচাংগী নত্তে। কনানা তম্বা ওয়ী মীওইবগী লাইবক নহাক অমসুং ঐহাক অহান অকোনভনি। সংসারদগী নংন হান্না চৎথরবসু ঐগী লুংশিবদি কৈদোঙ্গুংদত্ত মাংলোই, থম্মোইসিনা লৈরিমখৈ, নহাক্সু অদুমত্তাই।"

"চেৎনা থমজগেনা নাক্ত, লুংশিজরবনি অদুগা কাইনমবগীদমক্ত থম্মোই মৈচাক লৈমবরগীদমক্ত লুংশিবদি ঐদি নত্তে, লৈমিন্নবগী লুত্তাইবা অদুম্মক ঐহাক পামই। কাইনবগী থাংওমদবগী লুংশি মৈচাক্কো পামজদে।"

—"হোই, মহুসু চুম্মী অদুবুনে বীনো ... ... ।"

ঐহাক রা মথা তাবা ওমথিদে, ঐনা হায়গদৌরিবা অসিমক লুংশিনবগী মকমদা হায়দোকপদা মরাল লৈয়বা য়াকম অমনি। অদুবু ঐহাক হায়দবদি য়াদে, মরমদি ওসিমক ঐহাক মাবু

থাদোক্লগে, পুন্সিসিমগী উমরগুমসি হায়গে হায়না খল্লি। মরমদি ঐনা ঐগী মরুপকী মকমদা ঐগী ওইজবা থুদিংমক থাদোকুনি হায়রবনি॥

—"বীবো নংগুম্বী পুকচেল চাউবীদি, মমা-মপানা হায়বা ইনবী হায়বচু ওইহল্লিংই, অচুনা নহাক ঐগী অমত্তা ওইজরবা মরুপ লেৌমচান্নগা লুহোংউ। মসিনি ঐনা নত্তোন্দ নিগে থল্লিবা রাশক॥ হায়রু নহাক নংগী রাশক অচু ওক্রয়োইজ্রা ?

—"কাইরসমু রাশক, তাব্রসমু নোয়োক্ত শাগে নাতে, ইপাইপু পুন্নমক। অচুবু ঐগী কাইরবা, নিত্তমত্রবা থম্মোইসিনা নংবু পুন্সিসিমগী থাদোকপা ওয়োই। অচুম্না চুপা ওইবগী পুকচেল।"

—"চুম্মী! অচুবু নহাক্না থংদবা থম্মোইগী কিজং মকমদা রাকম কয়ামরুম লৈরি। নংগী অপোকপনা নোংমা ঐত্তোন্দ কক্থুম্বা লুহোংবা অসি কাইরবদি ঐননি হায়না লৌগনি, মত্তমচুদগী ঐহাক্কী থম্মোই অসে কাইব্রবনি। থম্মোইগী রাকম, থংলমগনি থম্মোইতনা।"

—"হায়খিবদাই—চুংশিবগী মকমদা লাইরু-ইনাকথুনবা অচৌ পিশক থাইদে। চৎপ্রসি ঐথোয় অনি লাম্না, মথোয়না উদবা মকম অমদা।"

অসি হায়রম্লগা মহাক হিক হিক তৌচুনা কপ্লকই। থল্লকই—মৈশা কংলবদা নুং কাওবা পেৎথরকই, থাইন মৈশা লাংজনি থম্নুবদা কনাগী থম্মোইনা পেৎলোইগে। ঐগী নুংগুম কনগে থনম্বা রাখল, হিনথিদোয়ে মাগী ঈপাক্ত, উদবগী উদবা, য়েংদবগী য়েংদবা থাদোকপগী থাদোকপা, মাগী নাকথিদ লাক্লমত্রবদি, বীবোগী থম্মোইদগী থোয়কপা চুংশিবগী তেংথা-ঈশৈবু, কাইরবগী শাংলক্ত পুন্সি কোজাই মাগী ঈশৈ তাচুনা লেপ্পগত্রা ?"

—"বীনো, হৌখিবা মমাংগী চুংশি রারী পুন্নমক কাউরো। মচুগী মমক ঐবু রারোল্লুকো! মতম অমদা ঐনা নংবু চুংশিন্নরবা। মচু চুংশিবা নত্তে, ডাইহাক রারী-রাত্তাই শাতুনা লক্লবনি থম্মোকউ নহাক ঐবু চুংশিরম্বা য়াই। অদুবু ঐদি নংবু চুংশিবা অচু থাদোকপা ঙম্লগনি।"

—"ত্তাবো।"

—"ওইনরক্লগদু অমুক, নংগুম্বী রাশক চেত্তবী অমদা ঐনা থাজবা চুংশিবা খুদিংমক লৈকম থোক্তে।"

—"অচু ওইরেকো চুপা ওইবগী পুকচেল।"

—"মাম্নি, নং মচু খংন-খংনা চুংশিন্নিবা নত্রা? অচু ওইরবনি কাইনবগী মৈচাক অচুসু নংনা পুবা তাই।"

—"ফরে, অমুক থম্বিয়ু। মঙাল য়াওত্রবা থাবল কৈদৌনি খোক্লবগী, লৈনম য়াওত্রবা লৈরাং, শাংলুম্বনা কৈদৌনি, নহাক য়াওত্রবা পুন্সি ... ...। কাইরবী ঐগী থম্মোইসিদ কনাবা হায়রিবগনি, চুংশিবী, থম্মোইগী চান্নবী, অমুক হায়রমখো নংগী মীথেম রাহয়রদো, খঙগে পুন্সিগী অরোইবনি।"

অচু হায়রগা মহাক হিক-হিক কপখিরম্মী, মহাক কম্বা লোয়ননা নোক্লম্মী, অতুদগী অমুক শাওরক্লম্মী। অচুগা রা মখা তারকখি—"মাম্নি, ঐহাক ভশেংনা চুপী ওইবীগী লিচং, রাশক অদো ঙাকনি। কপ্পরোই, অমুক কপ্পরোই নহাক্না হায়রবসু ঐহাক খংই, ঐহাক ইমা ইপাগী'মচা ঙাইজরবী হায়বা ইনবী মশানি। ঐ রাশক অঙম্মক কারিমত্তা হিক্লোকহল্লোই। চংশ্রো নহাক মকম অসিদগী লাপ্না, করিগী কাইরবা থম্মোইগী মনাক্ত অমুক লেপ্পীররি?"

থংহৌদনা মহাক্কী হোংখিবা রাজাং অহু তাবদা ঐহাক ওকখি। মহাক অশেংনা শাওরে। মকুপ-মপাং শাগৈ নাতৈ ইকুং পুরমক মাংশ্রসনু। খাদোকপা ওয়োই, বীনোবু ঐনা কৈদৌদৈদৈ খাদোকপা ওয়োই। ঐহাক মহাকপু মকম অসিদগী খাপ্প পুত্না চৎশ্রগনি।

—"লাকও বীনো! চৎলমি লাকও, ঐহাক নংবু পুক্সিসিমগী অরা মুওাই কয়াদগী খাদোক্লরোই। শিমিন্নসি, হিংমিন্নদি।" হায়দুনা ঐনা মাগী খুদাং পাইদুনা চিংখি, অদুবু মহাক শাওমন-খিবনা অতোপ্পা রা 'মত্তা হায়বা য়াখিদে, খুদাং কয়ত্তুনা মথা তারকখি—

—"হাইমা ইকাইদমাদে, শিত্তোকশ্রবা তিল্লাংবু কয়ম তৌনা র্তনগনি।" —করেম্নবা রাজাংনা ঐবু লকরক্লি, অশাওবগী ওমথৈ-বগী কুমথরকুবা ঐগী খংমোইমা মাবু কয়য়া ইদোক্লগনি।

—"করেম্নগনু বীনো', ঐনা হায়রিবসি অশেংবমি। হৈকমক চৎলসি লাকও! করিগীনো নংনা ঐবু শাওরিবা? পুক্সিসিমগী মনা ঐবু ইদোকপা, চুংশিদবা ওয়গত্রা?

—"ঙ্গ্রগনি— ।"

—"করি হায়রা! ওয়গনি হায়রা— ।"

—"ওইখোক্কবনি— ।"

—"চুংশিবনু লকবা, শামপোৎকুম খনবা পাংদবা চুপাদ ঐগী খংলোই অসে কখোকপা পাম্মুই। নংগুবা লাইরবা, চুৎ-চাজর মীশাক অমদা ঐগী চুংশিবা খক লৈতে। চৎপিয়ো, য়েংক-নিংদ্রে নশাক্লা —রাশক ওাক্লকাওর করি অমুক পান্নীবগে। চুং-শিদবা মীগী নাক্ত করিগী 'মুক লেপ্তুনা লৈরিবনো, চৎম্নো।"

—"বীনো ! নংগী মুপী ওইবীগী পুকচেল অহুনমু অহু য়োরবা, অতুক তথিনা হায়বা ঙম্রবা, ঐঙোন্দ, অতৈদগু নঙনা।"

—"নহাক মশক থংদে, হৈজিক নহাক্না ঐঙোন্দা নিবা পাম্বা পোৎ খুদিংমক ঐহাক পিবা ঙমগনি নিঙু— চাক্লীবগুম পাম্নীবঙ্ লাইরবী নমানা ... ...।"

—"করি হায়বা, নংগুম্বনমু— ।"

ঐহাক, ঐগী লাইররবী ইমা পল্লকপদনা, থংহোদনা সুংশিবা চাম কাইনঞ্জবমু অপোকপী ইমাদি কৈদৌঙুংদগু হুন্দোক্লোই খনথিবদগী অশাওবনা থুমহৎখিহুনা বীনোগী থোংলবা থজাই থুবাকী থুংশা মকম তাবমথৈ ফুথিবা থংহোদে।

—"ঙাযো ... ... !"

বীনো মপিঙ্ ঈরা চেনখি, নিংঙম্লঙবন ঐগী মরান লৈরবা থুংশা অাসি করি সুংগীনো হায়বা য়োখি। ঐসু র মথা তাখিজে, মহাকসু তুমিন্ন লৈখি।

অসুম তৌরিবৈগী তঙ্গা অসিমক্ত বীনোগী মপাবুং বীজয় চংলকই। মতম অহুদ ঐদি শিবা শিজবা থোনা লৈরি। বীনোগী মপাবুং শিংই, লৌশিং লৈ, লৈকাই তানি মতাংগুম মচাকুপীবু করিমতা হায়দনা মথুদাং লাকুনা চিংখি। বীনোনা ফন স্রাম্না কম্না চঙনবা স্রামতনা হোৎনজৈ, ঙমখিদে। হুইগং থাংহনা চিংবগুম ঐগী সুংশি মাংদগী পুখি।

ঐঙোন্দসু মুম্নবগী পাক্কল লৈখিদে, মরমদি মতম অহুদ মাদি মপামদা, পদ্মৌ কোন্দ শাংলিবী লৈরাংনি। তৌকম থংথিদে, ঐ ইকক-ঙক য়েংখি। বীনোনা ফন লাওজৈ, চোংজৈ কৈদৌরি ?

লৈবাক মিংথৌ পান্নবা লৈবাক্ত লাওজরুবগা চপ মান্নৈ, কনানসু ভাবিদে। পান্নল থোকপা য়াবা মতাং ওইদবনা ঐহাক তুমিন্না য়েংবদগী হেন্না গতি লৈখিদে।

মপাগী অথাবা মিংয়েং, বীনোগী সুংশিবা মিংয়েং, মিংয়েং অনিগী কারক্ত ঐগী কাইরবা থম্মোইগী ঈচেল, খিংজমদনা চেম্বখি।

ভিন্নুগনি কনাদ ঐগী সুংশি ঈচেল, তাবিগনি কন্নানা ঐগী থম্মোই পাউদম—থংহৌদে বীনোগী পুকচেন্না খুদক্ত হোংখিবা। থংই, সুংশিবগী য়াথন্না চামথোক্রবা থম্মোইদা অশাওবগী মৈখু লাংশিনবদা, মৈত্তালবু ঈশিংনা চাম্বদা কোকউ য়াদবগুম বীনোগী থম্মোইদো ... ... ... ... ...। পুন্নমক ঐগী হৌরালনি—থংদবা নত্তে, থংন-থংন ঐনা লংশিজরুরবা পাপকি মহয়দি ঈশ্বরনগু ভাকপিররোই।

---

## তরামাপলগুবা মতাং

তাঙ্গা অমত্তা কংত্রে।

হয়েংসি মাগী লুহোংবা লুমিংনি।

থাজবগী য়াংমদা লৈগ্রে, মাবু ঐনা কংগনি হায়বসে। ওই- ররোই, হন্দক মপোকসিনবী। স্বর্গ অমসুং মালেম অসিগী ভিন্নফম লৈতবগুম্বনি। ঐহাক হৌজিক করম তৌবা তারি, থনক্ম থোকখিদে।

খংনিং নিংশিংলকই, হৌখিবা মমাংদগী রাকম অমা। মতম অদো ঐনা হায়স্কুলদ তম্লিরিবগী রানি। খোংনাঙদগী সোরোক্ত মীয়মাশিংনা পরেং-পরেং চংলিবা অতু উবদা অমদি লৈবাক্কীদমক্ত শিবা নাবা নোংজু-ফুংশা খাক্তনা অরাবা কয়া অসি উবদা, মতম অতুদ ঐগী থম্মোইদা ঈরৈবাক্কীদনক্ত হিংবা পাম্বা পুক্নি অমা লৈরম্মী। অদুবু, থুমহৎখি মতম থর থম্মোইঙুংদ থম্মোইতগী ফুংশি রারীনা।

মিংবা থুংজরবসু মীপইবনা শিনা শিদবা খৌনা লাকই খৌনা অতুম্মক ঐঙোম্ন খংহৌদনা লাকখি।

মতুনা ইহান হানবসুনি, ঐগী পুক্নিদা মীমাং খোক্তনা রা-ঙাংবা হায়বসি। ঐখোয়গী লৈবাক্কী নিংথা তম্বগী ফুমিত্তনি, ঐখোয়গী স্কুলগী শৈরেং খিবদা ঐহাক্না অহানবা মনা ফংতুনা ইমাদ পিখি। ইমানা ঐবু উবদা কনাদ হরাওখি অমসুং লৈবাক্কীদমক্ত থরাই থারবসু থাগদবনি হায়খ।

ফুমিৎ অতুদ ঐহাক্না খিখিবা শৈরেং অতু "ঈরৈবাক্কীদমক্ত" নিংশিংলকপগা লোইননা ঐগী মপুরবা বয় থক্কম কা অদুদ থিখি। ইমানা পিশক পিক্তিরিবদগী, লাইরিক তম্বা হেক হৌগৎলকপদগী করিগুম্বা লাইরিক অমনবা, বয় অমনবা অমত্ত: য়োম্হোকখিদে মাং-হনখিদে, মুংশি থমখিনি হায়তুনা লোইনমক থমজিল্লি।

ফুমিৎ অতুমক্তদ ঐহাক রাখল অমা হোংখিতুনা, ঐগী বয় অমনবা ইখ্রিবা শৈরেং অতু খিগে খল্লে। চহি ১৪ | ১৫ মুক লিয়রবা বয় অতুদি লকাং চুবনে, খিরুবদা তিল্লাইখোম্বী চুহন কয়াদ হাক-

ঃথিবা, উচিন নাচিন্না থেংনয়ে। অচুবু, অরোইবগী পরেং ১—২ শুম্বদি পাবা থোক্কে, মতং-মতং তৌরগনি।

মন্নবা চের্থক্ক ইবা শৈরেং অতু উরুবদা ঐহাক থ'হোৌদনা চবাগু তুজুংনখি অমমুং থৌনা লাকখি। অমুম্ন ইথিবনি অচুবু অহুম্মক শৈরম্মী—

ঈরৈবাকীদমক্ত

পোক্লবদি শিগনি।
শিরবদি পোকনি॥
শিবা করি কিরুনি ?
ঈরৈবাক ! ঈরৈবাক !!
নত্তবাক্ত চাউজবা, মতবাক্ত শিজগে।
চৈরে মাহোং হোংলসি
অমন' কিক্তোন তোক্লসি ;
অন্না মাইথোং নোক্লসি॥
লৈরি নপান্নী-নামোম, চাউথোক্লিজাই ওইজবদ ;
পাজল ফবা, থোনাফবা অন্নাংপাদ লৈজব।
লমদম লমদি লন্নুংশি, হুংশিদকো ঈরৈবাক।
পিনখিমু ঐতোন্দ—
থোজাল ঈঙ্কিক থৌদাগী
ইমা নংদি ঈরৈবাক!
নংগী থৌদাং ভাকপদা
থন্নাই নোক্ল-নোক্ল থা
অকিবদি লৈহন্দ—
সনা লৈবাক ঈরৈবাক, ঈরৈবাকীদমক্ত ;

নাউরা হকচাং থরাইদ
থৌনাদদি হাপ্পীয়ু ।।
ঈরৈবাক ! ঈরৈবাক !!
ইমা লৈবাক ঈরৈবাক !!
মুংশিদকো ঈরৈবাক !!

ঐহাক বীনোবু কংলরোই হায়বা ৱাখলসিদগী ইশামক হিংখগী অর্থ য়াওরক্লবগুম ত্তোরকই। তশেংনমক হিংনিংদে। ইবেনিনা হায়রকপা ৱাকম অদু ঐহাক খংনিং নিংশিংলকখি—"হয়েং কনা-গুম্বা অত্তোপ্পা অমগী ওইখিবা তারবদি শিত্রিক্কাও নিংবা থুংবা মীশক অমা হায়বদু ওইরগনি।"

অচুম্বমক্ত অচুম্বনি। মীওইবা হায়বা অসিমক্তবু ঐত্তোম্পা লৈরিবৈদ পোৎ থুংহিংমক মমল য়াওদবা, মমল হম্বগুম থ'ল্ল। ঐত্তোম্পগী চংথ্রবা, মীখুৎ চনথ্রবা মতমদদা পোৎ থুদিংমক্কুগী মমল লেপ্পকই, খংলকই।

কিম্বক্লবা, মম্বক্লবা শক্তম অমা উবদা মীপুম থুদিংনা, অউবশিংনা মমাংদৈগী লৈরম্বা শক্তমগা থেন্নবা অদু উবদা মুত্তাইত্তবা অয়াবা মশক্তি হায়নুনা ইত্তৎ-তত্তনা শোয়ৈ। অচুম্বমুনি, ঐগী হান্নগী মতংদগী থেন্নরকপা অমদি উরকপা শক্তম অদু উবদা ইমানা করিগীদমক্ত মচাগী নিংবা কাইরবা শক্তম অসি উরিবনো খিজিনখি অমসুং হংখি।

খংলক্লে ইমানা, ঐগী অসিগুম্বা থৌদোক অসে, মরমদি মখোয়মু নহা ওইরিবৈগী পুক্তি য় ওক্লক্লিবনি। ইমানা ঐত্তোম্প

থিবনি। অদুবু, ঐহাক্কা ইমাগী মকমদগী পুন্সিসিমগী ওইনা থা-য়োকপা তারবদি মহাক করম তৌনি ? থনকম থোক্কে।

অদুবু, করম তৌনা হয়েং ঐনা বীনো অমসুং প্রেমচান্দগী লুহোংবসি ইমিৎ-মক্কা য়েংগনি ? য়েংকমসু থোক্কে, ঐনা ঐগী মকুপ্তা ঐগী লৈজবা, ওইজবা খুদিংমক থাদোক্রগনি হায়রিবনি।

নিংথা কাইরবা মীশক অমনা য়ুগী নেশাদ পুক্সিবু অরানবা মওংদ লমজিংথিবা অমদি অরেম্বদা মাংহনবা ঐহাক পামদে। অদুনা শিবা তারবসু ইরৈবাকীদমক্ক শিগে খল্লক্রে।

খল্লে, ঙসদি ইমা কাইনবনি। পুন্সি অসে চংশ্রগে লমথুংঝম য়াওজবা লম্বেল অমদা। মচোয় তারবা রাখল অদুনা অসুম অসুম লাকশিল্লক চপ য়ুংনা খল্লক্রে, থাদোক্রগে। ইমা কাইনবদা ইমানা মচা উগবগী, কাইনবগী থাংজমদবা মকুনা থরাই পাথিবা য়াই, অদুবু ঐনা মীয়ামগী কান্নবা তৌরবদি পাপ অমত্তা পুরোই হায়না থাজে থাজবদা লাম্নবা মীওইবনি।

ইঙ্গোক শম্বন্দা থারিবা মনা-মশিং পুমকক চাইহোবা, মল্লবা থাংপোকশং, ঐনা চংলমদাইগী মতমদা, রাখলনা থুমহংলবা, ইমাবু থাদোক্কনি হায়বগী কপ্পমকুনা মোনথুনকি মচি অমা পুম্নপ লুপথি।

হৌগংলে, তুম্বা য়াত্রবা রাখল—ইমানা হেক তুমথখিবগা তুম্নমদাই খুদিংগী ইমানা ঐবু শোইনি-ভামনি মতাংগুম থুমিং খুদিংগী য়েংবনি অদুবু থুমিং অদুমদি থবক ওবগী রামনখিবনা ঐগী নাক্ত চংলকখিজে, কারিগুম্বা মা থেংনবা থোক্লবদি, ইমানা ঐবু থাম্নমগনি। ইশি-শিনা তু'ম্নব ইমাগী মাইথোং য়েংবদা ঐগী মিত্তগী পি তাখিবা থংহোদে, হয়েং নোংছাল্লগা ঐগী ইমানা করম

তৌনা ... ... ? ঙগ্গা মখোঙ শোক্ক থুক্লয়ে অঙু কাওবা ইমাদি হুঙাইনা তুমথুন হল্লি। তাখিনি মতাগুম থোঙবা ঙগ্গা শক্তোক্লে। থোরক্লে, থুনিং কাংন-কাংন মাঙোল য়ৌরকখি।

ঐগী লমথুংকমদি ইমা কাইনবগী পিগী চহুম, হুংশিনবা কাইনবগী থাংঙমদবা, মিঙমদবা রাখলমা থোঙ্গুল লিরি। থোঙ্গাল য়ৌরে, ইমাহুবু কয়ম তৌরমগনি থল্লুবদ অমুক চেনশিন্দুনা য়েংলুই হাম্নগী মতৌগুম মুশি-মুশি ঙাল্লবা মৈরিগী মৈঙান্দা থুইরবী মাইথোং অহল ওইশিল্লকপগী শক্লদ মতোংনা কুপ্নগী চাইক্লং তোংলবা, পোক্লা ঙম্লপ তৌরবী শম্লাং, ফিজু-মঙুনরী কাম্ব অমগা মচাগীদমক অরবা খংদমখৈ নোমজবী ইমাবু থ দোক্লনি থল্লুবদা ঐমুক চাউবা মরাল তৌবা ঙাইবং মালং পানসিদা লৈরমখিগক্লনে মরুপ। নোংব ইমাগী চীঙাহোংদগী নোকফেং তৌনা হায়খিবা—"ঈচা চাউরক্লে হঙ্কিক্কী ইমা হুঙাইরগনি। মচা পোকপগী মহৈ য়াল্লমনি, কদায়! ঐগুম্বা অয়বা মচা পোকপগী মহৈ ... ... ?

ঐ ইমাগী মকমদা য়াম্ন লানক্লে। ঐবু ঙাইবং মীদি হায়রুহু, লাইরৈবাক্কাও ঙাকপিরোই। থম্মোই অসে কাজিনবা ঙমদরে, কাইখিদৌরে। কাঙমক্রবা পুকচেল, থিংঙমক্রবা রাথলনা—ঙাইহাক নিংবা থুংদবগীদমক ইমাবু হন্দোক্লম্বা অসি ঐগী, য়াম্না লানবা রাথলনি।

হুযিদাং চেন্নকখি—অপোকপী ইমা হন্দোক্লম্লে। হুংশিনবা ওহোক্লমু ওম্মীদ। উচিন নাচিম্না চীংলোন অমা লান্দুনা চেন্নক্লে। ইমানা কয়ম তৌরমগদবা, বীনোনা ঐগীদমক শিবা ঙম্লমগক্রা নত্রগা কয়ম তৌনা হিংলিবনো? —ঐহাক থনকম থোক্কে।

পাউ অসি অচুম্বা মরুপ! মতম খর ইমানা মচাগীদমক খুদাং পিকম কংগনা সোরোক য়াংবী খক্তা কপ্পা-কপ্পা চৎখিবা, ঐগীদমককনি মরুপ! হায়য়ু চুক্তিক ঐগী ইমা হিংলিব্রা নত্রগা শিগ্রবরা ?

"মতুগী পাউথুম ঐহাক পিবা ওয়ে ই।"

— 'করিগী ?"

—"য়াম্না লুবা য়াহংনি, মতুগী মমাংদা অহিং অমগী য়ারী, নংন খংদ্রবা অমা লৈরি, মতু হাম্না ভাখো।"

—"য়ারী তামা লৈরি হায়রবা ঐনা খংদনা', হায়য়ু—ঐগী ইম না কদায়দা, অতুপা খীনোনা করম তৌনা লৈরিবা, চুক্তিক হিংলিবরা নত্রগা শিগ্রবরা ?"

লাংতক্লবা হেরামনিগী য়াহংগী পাউথুম খুদক অহমক্তদা মাগী মরুপ্না পিখিদে। মরমদি হেরামনি নিংবা কাইবগী মথক্ত অমুক হেন্না নিংঙমদবা মৈরিনা চাক্কুনা শিখিবা য়াই হায়না চিংনবদগীনি।

---

## কুনভবা মতাং

নহাক চৎরে।

ইকুই কুইদনা নহাক লাকখি।

মীওইবগী মতম, তাঞ্জা হায়বসি খাইদগী অকুবা য়াকম অমনি! চাইহাক্কং পহদুনা নহাক্না লৈরম্বা তায়বদি ওসিগী নিংবা কাইবগী

রাকম অসি নত্তোন্দগী য়াম্না লাপ্না লৈখিগনি। হৃজিক্তী পূম্নিচুম্না নিংবা কাইবগী আশা লৈরে হায়বা ঐহাক থংলে।

চুম্ভাইবগী তাঙা, অয়াবগী মিৎকুপ কাইনবগী মতম হায়বসি পুম্নিগী শাংলবা ঈচেন্দা লমথুংকম য়োনা লাকপদা হিদেনত্তাকম কয়া থেংনবগুম্মী। অদুবু, ওসিদি কুমগীনোং লাকখিদ্রে কাইনবগী ঈরেন্দ লুপ্তুনা লৈদ্রে। লাকখিনি নংসু নোংম, ঈপাল লাংন চেল্লক্কুনা পুম্নিগী লমথুংকম য়োয়কখিনি চিংনরুসু করিমত্তা!

অদুবু মরূপ! পুম্নমক থাজবগী য়াংমদা লৈরবা ওাক্তনি। লৈখোক লোইরবা থগ্নালহনা কুমগী নোংহৌ লাকপদা অনৌবা আশাগী ময়োল চোংবনি ঐদি কনাগী য়াথন্দা পুম্নিগী কংলবা থুইরবা থম্মোই অসে অনৌবা আশাগী ময়োল চোংলকখিগদ্রা? থাজবগী য়াংমদা লৈরবা রাকম ওাক্তনি। হায়দু—"বীনো করম তৌদ্রে, হৃজিকপু মহাক লৈরব্রা নত্রগা ... ... ...?"

থেংলবা অহিংগী মীচিক মীথোল তাদ্রবা মতমদসু মপাং কাইনবগী চেক্লাগী অহিরবা খোঙ্গেন্দি অদুমক তাবা ফংগনি। ঙুংশিনবা কাইনবগী ঈশৈদি অহিং ঙুংখিল নাইদে, থম্মোইঙ্গাদ লকপা ঈশৈনি।

ঙুংশিনবা, য়াহয় অসিমক অত্তকপনি, ঐহাক নংগী হৌখিবা য়াম্নী, অমসুং বীনোগী ঙমিত্তুগী থোওং কয়া অত্তদগী থংখি। তশেংনমক ঐহাক য়াকমসিমগা হায়নিংই, ঙুংশিনগীদমক ইকাইইকি য়াংম লানবা, শিব কিদবা হায়বা অসিমক ঙুংশিনবগী থাজবা চেৎশিন্নবগী মরি অত্ত য়াম্না নক্লনা লৈবদগীনি অশাওবগী য়াখল

অসিমক্না মীওইববু মাংহল্লি, অদুগা পুক্নিংগী অচুম্বা লম্বেলস্তু মহাক্না তাকই।

সুংশি রাখলনা লাইওইরবা মীশিংসে শিবা কিদে। কাইনবা চায়বা অসিমক সুংশিনবগীদমক শেম শাবনি। থেংলবা অহিং অতুদা বীনো কনামত্ত কিদনা ময়ুমদগী নংগী নয়ুম্ তাম্না চেল্লকখি। অদুবু মতম অদুদ নহাক চৎশ্রবনি মাগী সুংশিবগী রারী থুদিংমক মানা নংগী অপোকপীদা শিন্থন তাহল্লি। রাকম অদুমক তাবদা নংগী অপোকপীবা মাগা কপমিন্নখি। অদুবু, অপোকপীনদি বীনোবু নহাক হাওদনা করম্না খাঙ্বা ঙম্মুগনি। অপোকপীনা নংবু উদবদা, লৈরমদবদা, খুদক্তু বীনো অমস্তুং অপোকপীনা থিনবগী থোরাং তৌখি।

থংহোদে, খুদক্ত বীমোগী মপাবুং থুংলখি। য়াম্না শাওবা বীনোগী মপাবুংনা নোংমৈ ঙক্ক্ননা অশাওবা হাঙাংনা লাইররবী নমাবু চৈথুন। অমদি নংগী সুংশিববু ওইরোইদবা রাখলনি হায়না শিংনখি। বীনোনা নংগী নয়ুমদগী চৎলরোই হায়না শিখাং খাংখি। য়ুম্রোমবা, য়ুমথংনবা মীশিংনা তাম্নকতুনা য়েংনখি, হংনখি থোদোক অদু করম তৌনা থোক্লিবনো হায়দুনা—অদুবু চৈরাক কনবা পম্বোনা বীনোগী মনমদা চৈকম নাইনা কুবিখি। মহাক চত্তবা য়াখিদে। চৎখি—অদুবু, বীনো ঙসি কাওবা মাগী নিংছম্ম-কুবগী পিদি মিংলুদগী কংত্রি তশেংবনি হেন্নামনি। নহাক মুগী-মচা অদুবু সুংশিরুবা নংগী খম্নোইগী মরালনি।

—"ঙাইখো, ঐগী ইমানদি জর্জ সাহেব বীজরগী মকমদা কন্নিমত্তা থুমখিদ্রব্রা?"

—"মাগী অচুগুম্বা তুকংচবা রাজং অচুগী পাউথুম অপোকপীগী থুনাক্ক থুমখি।"

—"সাবাশ! মচুমক্রি। ইনাক কৈরাক থুনবা নাপলমা লাইরবা মীবু মীনি হায়রবা ওমদবশিংসিগী মতিক চাবা পাউথুমদি ঐগী ইমানা তৌরিবত্নি। হায়মু মরুপ! অদুদগী ঐগী ইমানা কম-দোৌথরে, বীনোদি ছুজিক ফাওবা কপ্পুনা লেপ্লিবরা মাগী পুজিদো।"

—"হেরামনি, ঐহাক নভোম্দা অপোকপীগী রাকম মখা তাবা ওল্লরোই, হায়দোক্লরোই।"

—"করিগী?"

—"মরমদি, রারী অতনা বসন্তগী শনৌবা য়েনিংদ কল্লবা লেন মতুম্না হাকথেংনবগুম থোক্লগনি।"

—"থোক্লগু, মচুনা ঐগীদমক্ত মতিক চাবা ওইগনি। নংগী রাজাং খুদিংদ ঐগী চিংনবা রাকম অম্নুম অম্নুম হেনগৎলক্লি। লাং-তক্লবা থম্মোইসিনা থংনিংঙি—ঐগী ইমা করম তৌথরে। কৈদোরে অমুক কপ্পদি? হায়মু ঐগী ইমা করম তৌথরে হায়মু?"

—"মতম থর নংবু উরখিনি হায়বগী আশাদ নংগী অপোকপী হিংলম্মী। কৈনমগী মপাল তাংজনা কৈরাংনা হিংবগুম, কৈনম রাওত্রে-কৈমাইদ কেল্লে। চৎনবীনি. হিংলিব থুদিংমকী রাকমনি। পোক্লবদি শিগনি। অচুগুম্বা নংতগী আশানা হিংজরম্বা মমা ওইবী অচু মচাগী চেংলৌ শক্তম উদবা, মিংকুপ, পুংজা, চুমিৎ, লোইথাম কুইশল্লক্লবদ আশাগী মৈরি অচু মুংথিরম্মী। অপোকপী ইকুই কুহদনা মতম থর কৈরম্লগা অচুম্বক ঈশ্বরনা মাগী অরাবা মতৌ অচু য়েংবা ওমক্রমাল্লে, লোশিনখিরম্মী।"

"করি হায়রবা ? পাউ অদু অচুম্বরা ? ঐগী ইমা সংসারগী থিং-য়েংগী রাংমদা লৈরবা, ঐগীদমক্তা হিংজরম্মী, ঐহাক লৈত্ত্রবদা ... ... ... ?"

পিক্লিবা জীবনগী অচৌবা কাওবা মমা দুংশিদবা য়াওদে। কনাগুম্বা কনানা মমা কাইনবগী মৈচাকী থাংডদবদগী তেংথাবা অসিদি করিবু হায়না পান্দম্লসিগে। তশেংনমক হেরামনি মমা কাইনবগী মৈচাক্লা মমাবু নিংশিংলুবদ নিংডমদবগী পিগী চহুম অতৎপ লৈতরি। মথা তারকথি—

"ইমা! লাইরৈবাক্তগী নচাবু রারোনা য়েংলমগনি, দুংশিবা কাইনবগী মৈচাকী মথক্তু ইমা কাইনবগী অরাবা, কনানা হায়বিগনি ইমা নত্তনা ঐগী অরাবা মতমদা নোক্লনবগীদমক অবাবা কোক্লবগী-দমক, কনাদ ইমা কৌরুখিনি। ইমা লৈরি হায়দুনা হিংলুবনি। অদুবু ইমা লৈত্ত্রবদা হিংলুবগী অর্থ য়াওরিব্রা ? ঐহাক হিংনিংদ্রে, শিনিংলে।"

"ভাইথে মরূপ! মতুনা ইমাগী রানি, বীনোগী অমুক তন্নক-খিগে। বীখিনা তমদবা হায়বা অসিমশুনি, নহাক অমসুং মহাক খুংনৌ হায়বা তন্নমদতুনা তৌরিবনি। মীওইবগী লাইবক হায়বসি হৌথিবা মপোক কয়াগী হোৎনবগী ফলনি। নোংচাপ্লে, ভসিদি বীনোগী লুহোংগনি হায়বা তুমিন্তুদা বীনো হু থক্কুনা শিগে থো-রাংলম্মী, মমানা উরকপদগী কনদি কনখিরম্মী। বীমো অমদি নংগী অমত্তা ভাইজরবা, লুনা চান্নুনা তিম্রজবা প্রেমচান্দন নহাকপু মকম থংদনা সংসারগী রাংমদা লৈদ্রে, অমুক লাক্লরোইদবা হায়না হাক্ত নথি। অরাম্বা নংবু থংবা মীনদি শিদ্রে হায়না লৌনদ্রে। ঐমক নংনা লৈরম্লোবা কিতম অসি উবদা তকই"

—"ভক্তিংজোইনি, কনাগুম্বা ঐবু উদখনদি য়াম্না ওকপা য়াই। ঐসু খাক্তে, পোৎ অমত্তু নৈত্রবদি পোত্তুগী য়ায়ৌমু মাংখিনি। ঐহাক উত্রবদি ঐগী য়ায়ৌশু খম্মোইগী কিজংদগী তম্না হায়দোকখিনি, উমগা কাউগনবা মীওইবনি। বীনোগী মুহোংবা অমত্তু নিংখিনা পাংথোকখ্রবা? নত্রগা বীনোমু ... ...।"

—"বীনো কৈদৌনি, চোংক্তে, কন লাওক্তে হায়বত্তু মঙাই। মমা-মপা ওইবা অমুনা করিমু নাচুংবিদে। মীওইবসিদি কায়বা কংত্রবদি শিনিংই, কচুম্বনি। বীনো মতম অমদা নাঙোন্দগী করি-মক্তা কায়বা কংক্রিক্তেদ শিগে হায়বসি মাগী য়াখলনি। নংনমু হায়রিবত্তুমঙাই বীনোনা নংগীদমক্তু শিক্রিফাও মানা নংগী দমক্তু শিনি হায়বসে থাজবা ওমদে, মহাক শিখিত্রে, মুহোংব্রে।"

—"কনাগা — ?"

—"নংগী মক্কপ প্রেমচান্দগা।"

—"ঈশ্বরন মাগী মঙ্গল পিসত্তু। ঐহাক মাগী মুঙাইবত্তু ঐগীমু মুঙাইবনি মাবু মুংশিরুবদগী ঐনদি সংসার অসি থাদোকখিবনি অত্তুগা ঐগী ইমানমু সংসারদগী য়ায়া ওমা চৎখিবা অসি ঐগী থোদোক্কী য়ায়ৌননি।

—"মীওইবনা মুঙাইবগী ওমখৈ অয়াবনা লোইবশুম, বীনোগী পিরা তনা মুপ্পা পুন্সি অত্ত মচাগী বোক-খেবা মতৌ উয়গা পুম্নমক কাউত্রে। নৈশারিক্তেদ মুপা-মহা মুংশিনয়ম্বগী য়াকৌদি মরা চেত্তে, কুংদে, ফজ্জবা শক, অপাম্বা খম্মোইনা মুংগ্রগা লোইখি অত্তুম্বক, অত্তুবু মচা মুংশিনবগী মৈদ খক লেংঙরোই। বীনো মমা ওইব্রবনি।"

"করে, মহাকস্তু মাবা থোকপা, অদুবু মরূপ ঙুংশিনবদা থোকখিবা থৌদোক কয়া অদুদি ঐগী থম্মোইদগী কৈদৌউঙ্গু মুৎপা লৈররোই, শিজ্রিমখৈ। ঙুংশিনবগীদমক থম্মোই মনব হায়বসি ঐহাক তোক্লগে। অদুমু ঙসিদি মীনো কাইনবদা লৈবাকী-দমক্ত হিংবা ঙম্বা, মীয়ামদা ঙুংশিবগী পুকচেল চেনবা ঙমা থৌনা অমা লাকপ্রবনি। হৃজিক ঐহাকীদমক্ত কনা লৈরি, কনাসু লৈত্রে ইমা ঙুংশিবা কাইনরে, মীনো থুংনরে।"

— "পম্লুরস্তু মাগী মমিংদো, থক নিংশিংলুরস্তু মাগী রাখল, কৈ-দৌরুমি হৃজিকপু – হেৎপ্রবা ঙা চাওই হায়বতুনি।"

"করে, খল্লরোই। কৈদৌঙুংদ খল্লরোই—ঐগী রাখল হোং-প্রবনি। ঐহাক শিরবসু ঈবৈরবাকীদমক, হিংলবসু ঈবৈরবাকীদমক্ত নিংশিংলরোই, কনামক্তগী রাখল নিংশিংলরোই।"

তাওথখি, মতমগী ঈচেলদা হেরামনিংগী ঙুংশি রারী কয়া, লুপাগ্রে ঈরোল্লুংদ নিংঙমদবা থম্মোই। থনখি—কাইনবা হায়বসি মী থুদিংমক্তি, মতম খেন্নবগী রাদনি, মীওইনা পোক্লরবা কনানা অশিবগী তম্পাক্ত হিগুবা কনা য়াওখিবগে? য়াওদে, কাইনরকদবা ঙাক্তনি।

থাবলগী মেংলবা মঙালনু, অমংবা লোংনা থংখিবদা কল্লিসু ঙক্লঙাই লৈত্তে। বসন্ত ঋতু লোইখিদুনা হেমন্ত চংলকপদি মতমগী অহোংবনি, মীওইবসু অদুমঙাই। হেমন্ত ঋতু চংলরবদা বসন্ত ঋতুগী রারী ঙাইহাক নিংশিংলুবতনি।

লোইরবা